# শায়োক-শঙ

( ৱারী মচা ময়াম )

অইবা :
চোংথাম নরেন্দ্র সিংহ

**থোংজবী ঃ**
শ্রীমতী চোংথাম সুবদনী দেবী
কৈশামথোং তোপ লৈরক
ইম্ফাল

**লাইরিক মখুম ঃ**
শ্রীনিংথৌজম বসন্ত সিংহ

**ব্লোক ঃ**
এন মঙ্গি এণ্ড সন্স
ইমেজ গ্রাফিক্স
এলাংবম লৈকাই ইম্ফাল

**ফোঙবা নুমিৎ ঃ**
তাং ২৩–১০–৯১
য়ুমশকৈশা নুমিৎ মেরাগী পুনিমা

**মমল ঃ** লুপা ২০.

**নম্ফম ঃ**
ডি প্রোগ্রেস প্রিন্টর্স
খুরায় লম্নোং বাজার



( স্বর্গীয় থোকচোম শীজখোম্বী দেবী )

উচান পাম্বীগী চীঙ্গোন্দা  
ইম্ফাল তুরেম্মা তিংবা  
চীংক্রবা খুঙ্গং অমদা  
সোরোক্কী চিদাইদা ফমদুনা  
কৈশামথোংগী ইচাশিং লাকপরা  
ঙাইদুনতা লেনখ্রবী  
খোঙহামপাৎকি ইমাবোক  
নচানা হৈতনা ইজবা  
ৱারীমচা ‘শায়োকশঙ’  
নংগী চরন্দা কৎচরি।

—চোংথাম নরেন্দ্র সিংহ

# ৱাহৈ অম্ননিদং

মহৌশা লাইরেম্মগী তম্পাক অসিদা থোক্লিবা থৌদৌকশিংসি য়েংবা হৈরবদি কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাক্ননি. লৌখৎপা হৈরবদি ৱারীগী ৱারী মঙ্গনি। ৱারীগী মচাক্না মরাঙ কায়রবসু ঐগী পূক্নিংগী ঈপাক্কা ইপোম হৌতনবা ঙম্বা ৱারীদি য়াম্না মশীং য়ামদে। মসিমক ঐগী লৈক্তরিবা ৱারী ইথোকপা ঙম্নগী বিদা অসি ৱাৎপনসু ওইবা য়াই। ইমাঙদা থোক্লিবা শং শঙনা উরবা কুম্মৈ কয়া ফনা নাথেক্তুনা চংলবসু ৱারী থরদি কাওবা য়াদনা মঙ ফাওবদা মহুতা মঙ্হনা ঐগী বাখল সিদগী মৃৎখ্রা য়াদ্রবা ৱারী থরদি কুইনা লীদনা লৈরক্লে। ঐগী ইকোন কোনবা ৱারী মচাগী লাইরিক 'শামু ময়াগী কংক্র ঙাংক' ফোঙ্খিবা চহী অহুম মপূং ফাগ্রবনি। চহী অহুমসিদা মহৌশা লাইরেম্মগী দান ওইনা ৱারী মচা কুনথক অমগা ইথোকপা ঙমজরে। লাংতক্লবদুম ফাওই চহী অহুমগী মতুংদা ৱারীমচা কুনথক্তং অতুবু পূক্নিংদি ৱাই শংবঙুম তৌই লীদনা লৈরবা ঐগী ৱারী থরা অতোপ্পদা লীথোকচনবগী খুদোংচাবা ঈশ্বরনা পীবিরে। মসিসু হায়নৈ, পূক্নিংদা ফুমতুনা থম্বা ৱারী কয়া লীথোক্লগসু পূক্নিং য়াংই। ৱাফমতু নীংশিংজরগা ময়ামগী মফমদা লানথোকচরি ঐগী ৱারীমচাগী লাইরিক 'শায়োকশঙ'।

অইবা—

চোংথাম নরেন্দ্র সিংহ

# য়াওফম তাকপা

# বস অমগী পেসেঞ্জর

মীগী মপৈনা নম্বো পোরবা লেঙম শাঙমদ্রবা বস অতুদি নোংমগী শোয়দনবা পংচেন্দা চেল্লি, লেপ্পা লৈতে পোখাবা লৈতে। কয়া অমা তোংলকই কয়া অমস্তু কুম্মহৌই অত্তুবু হাঙবদি লৈতে। লুম্নবা পোৎলুমস্তু পুহল্লি অত্তুবু চৎপদি লেপ্পা য়াদে। লৈরক-কোল্লাং কয়া লাম্থোক্লুনা চেল্লকপদা লাওরবা মমৈং অনিতুনা মীওইবগী পুন্সিগী মথল মথাগী বুম্মেস্তু মশিং নাইদনা থেংনতুনা লাকখ্রবনি. পুক্লিং শোকপা, নোক্লিংবা কোঙ্গায় অমা, লেপ্তুনা মতেং পাংনীংবা মতাংস্তু লৈরম্বা য়াই অত্তুবু, মাদি মপুকচেল চেংলি, ৱাকৎপা লৈতে পংয়েংদা য়েংই, পংতাদা তাশিল্লি থাঙবা কনবনা মাগী মগুননি।

লমজাও শোরোক চীংমান কয়া লাম্থোক্লুনা লমতুপ লমতুপ থাম্লতুনা চৎলিবা লমকোয়বা বস অতু ঙসিদ চাকা অমা মুংশিং তারে। ময়াম পুম্নমক কুমথনৈ, চীংখোঙনি। কৈথেলনি। এস্তু কুমথরে।

শজিবু থাগী তোপ তোপ্পা শক্তম, হানৌনা লেঙ লেঙ চৎপা চীংমায়তুদা নোবাপ মপাল মনম্মা শাদোং ওইরবা কঙাওনরবা মুংশিং অমনা হুম্নকপদা হানৌগী ঈপোম অমস্তু হৌহল্লি।

চীংমায়-হুদগী কোক্তা সম পুরিবী চীংমী মুপী কয়া অমত্থ কমুকই ইঙ্গাং নাপী পুরহুনা।

চৈরাওবা ময়ানি হাপ্তা কৈথেল অমস্থ কারমই। পুক্লিংবু ইনৌ নৌই, অহুইঙেদা আসামগী মঙ্গুং চঙশিল্লা লৈবা খুঙ্গং কয়াদা হাপ্তা কৈথেল কাবা উখ্রে। অরাপ্পদগী শলগাড়ী ময়াম অমা থাংনৈ মচা ময়াম পারেং শানা থাল্লহুনা লমহাঙ অমদা নোং ঙাক্লিইঙেদা পৈবনি, মীনা ফীঙৌ ফৌবনি। ঙসিগী কৈথেলসিদি ঐনা উখি-বহুগা মাম্নদে। পোৎ য়োল্লিবীশিংহু কুপ্রামুঙনি। গাড়ী থ'ফম ওইহুনা মীদি য়াম্না চৎথোক চৎশিন তৌই। লোয়নমক, লৈবা লৈদবা কৈথেলহুদা চঙহুনা মমল অমুক অমুক্তি হুল্লমই। পোৎচৈবু ইয়াও য়াওনদে, কনা অমনা উয়েন থাংজিয়েন খরা কনা অমনা চেঙ লাইতং অমা, থামেন অশিনবা খরা য়োনবস্থ য়াওই, অম-রোমদা পান মঙ্গা খরস্থ য়োম্নরি। কৈথেল ওইজরবস্থ স্থপ্পগী মসিংতা ওইনা ফম্বা কৈথেলদা তারে। চীংমী মুপী অমখক্লা ফজখ্রবা য়েম্বারাবা অমা পুথোরকই। কৈথেলহু য়ৌদ্রিইঙেদা অমনা তাপ লাকই। মমল কয়া লৌগনি হায়বা ফাওবা হংবিবা নত্তে। মপুনা লেপচগদবা মমলহু হায়জনবগী খুদোংচাবকা পীদে। লৈগদৌরিবা কাংবুহুনা য়াম্না তাথনা হুনবী। অনংবগী শাফুনা য়ৈরবা লমদমহুগী মীওই ওইরমাল্লে য়াই য়াদে হায়বা ঙমজদে অপীবা মমল খরহু য়েৎচবা ঙমদনা লৌই। অফংবা পৈশাহু কীজিনা চেৎনা পুনশিল্লগা চৎখি। মমায়দদি মুংঙাইবগী মমিহুম

তাই, ঙসিগী চরা ইঙ্গ্লাংদি কোম্নরনি হায়বগী মতৌনি। ঙাইহাক ঙাইনবা ওইনা ঐস্ন কৈথেলচুদা চঙলুই।

কৈথেলগী মচি অমদা অমোংপা ফি মচা অমা ইল্লহনা চাজেনবী মৌ অমদি মমাঙদা করিনো থরা থারদুনা পোং য়োম্লি। মীস্ন ইচঙ চঙবিদে। চংলিবহুগী মপা থোকপহুদা ঐস্ন হাইফেং নোম্ভরুই। মোনশাওবী, ইরুম কৈরুম, ফুনীল অমদি তন্দন মনা ইয়ান য়ানশিম্নরহুনা থাবা মথা অমা, অতোপ্পা মথা অমদনা কুস্নমলৈ, লৈরি, কোম্বীরৈ অমদি লৈবাকলৈনা পুনশিল্লগা শেম্বা লৈপুল অহুমথক্তুংগনি। মাগীহু মী অমত্তদা লৈয়ুস্ন হায়দে, ময়াম্না লাংবস্ন য়াওদে, কৈথেলদি ফম্মী। পুংকক চাওরবী মচাম্নপী অমা অহুরাইদা চেন্দুনা শাম্নরি।

মমল হংলুবদা পোং অহু লোইনমক লুপা অনি লৌনি হায়রকই। লৈশিংহুমক্তি চৈরাওবগী কংনবদা য়াম্না তাঙনা ফংবা লৈচল ঙাক্তনি। মনামশিং থরহুস্ন চমথোং চাবদা অহুম মহাওবনি খন্দুনা পোংচৈশিংহু লোইনা ঐগী থাওদা হাপচিলহল্লে। লুপা মঙাচংপী অমা থাথরগা অরেম্বহু হন্দোরক্লবা হায়রগা অকোয়বদা লাঙইবহু য়েংহুনা ঐবু ঙাইহাক লৈথোক্লুরে। পোং য়োনবীহুগী মচাম্নপীহুনা পায়রকপদা থংপ্রেক থংই। মঙোন্দা য়েংথোক্লুবদদি ঐনা পীখিবা লুপা মঙাচংপী অহু ঐঙোন্দা অমুক হন্দোরকপা ওইরম্মে।

*ঐনা হংলুই, লুপা অহুম হল্লক্লবা অচোইবা লৈত্রবরো?* অঙাংতুনদি খুম্নক্লনা পোৎয়োনবীতুনা ওইনা খুম্নকই, পৈশা লৌর-রোইদা তাদা ! মনা মশিং খরতুদবু ····· ।

—করিগীনোনে, ঐগী চীন্দগী বাহৈ অসিমবুদি হায়দে'কখি অতুগা খল্লকই, শেল লৌরোই হায়বগী আর্থ করিনো ! মুপী অতু য়াম্না নংনসু উই অতুগা মাগী লুকমায়তুদগী অরৈবমখে লোয়নসু পীথোরক্লবা অতুগা পৈশাসু লৌরোই হায়রিবা !

পৈশাতু অঙাংতুদা নমতুনা পীশিল্লগা অরেম্বতু মঙোন্দা লৌ-জরো হায়রমই । অঙাংতুনা হরাওনা ইমা মপী লাইরিক লৈরুরগে-কো হায়রম্নগা হম্না কাওবা য়েংলমদনা চেনখিরমই । মমাতুনদি, বাবুদা পীথোকখোনহৈ মসিগী অঙাংসিদি হায়তুনা লাওরি ।

মুপীতু কনানো হায়বা ঐ তশেংনা নিংশিংবা থোক্লে অতুবু অখঙবা শারতুনা হংজিল্লি, নংনা সিদা করমহায়না লৈরমইবা, অঙাংদি সিমত্তা ঙায়রিবরা ?

—উং ! য়াম্না ইকাইনা বাহৈসিমক্তং খুমই ।

অমুক্তা হংজিল্লি, —নংগীসি খরা চাওবা কৈথেলদা ওইনা লুকমায় পানবদি কমদোই ? অঙাংসু অমত্তা ঙায়রবদি করি বা-নীংঙাই লৈ । অঙাংসিদি লাইরিক তমহল্লিদনা ?

পাওখুমকা ঙাইদনা ঐনা মথং মথং হংখিবা বাহংশিংনি । অরোইবা বাহংসিগীদি পাওখুম তপ্পা পীরকই,

—উং এল পি অমদা অয়ুক অয়ুক কাহল্লি ।

ডাইহাক বারী শারক্ষা ওবদস্থ মুপীসি কনানো হায়বা খঙবা ঙমদ্রি। অঙাংমুবীশিংগা খঙনবা ওইরম্ব্র য়াই। ঐখোয়গী তাদা মান্দুনা ঐভোন্দা কৌরকখিবা মীস্থ ফনা য়াম্লে। মানা খঙনা তৌরকপা মতৌসিদা ইখঙ খঙদনা হংল্লুবস্থ ঙমদ্রে।

মুপী অতুনা অমুক হায়রকই,— লফোয় লফাং ফজবা অমত্রা পুথোরক্লবদি অমত্তা হাপকে তৌববু অমত্তবু পুথোরক্লেনে। অকোয়বদা কোয়য়েং য়েংই। ঐনা হায়রমই,— করিগী হাপক-দৌরিবনো? নংগী পোৎ লৈ পৈশা লো য়াদে, অতুগা ঐঙোন্দা অমুক্কা পোৎ হাপকনি হায়রিসিবো।

মুপীতুনা হায়রকই,— তাদসি ঐবু নিংশিংবিদ্রমালে, নোংমা লম্ফেলদা ঐগী শাক্ষী ওইবিখিবদো। ঐদি নিংশিংবিরমগদবোই নীংলুরে।

হৈমা! হোয়নহৈ। নংগী মুপাতু মোতিলাল সোনার হায়বা নত্রা? চুমইনহৈ।

খঙনিং নিংশিংলকই,— নোংমা লম্ফেল রেজিষ্ট্রেসন ওফিসতা মৈতৈমুপী অমগা নেপালি নিপা অমগা লুহোংবা রেজিষ্টার তৌগ-দৌরিবনি হায়না লৈরমই। শাক্ষী ওইবিনবা লৈতবদগী ঐনা শাক্ষী ওইবিখিবনি। পোৎ য়োনবী অসি মতুগী মুপী অতুনি।

ঐনা হংজিল্লি,— অঙাং মপাতুদি কমদৌরে?

—লৈখিদ্রে! অঙ্গুঙৈ মৈতৈগা ময়াংগা য়েংথীনবদগী ময়াং তাল্লু হায়না ইরাং হৌরকপদা মাইগৈ অনি খুৎ থোক্করদগী লৈখিদ্রে।

ঐনা মাগী মুপী ঐদি মৈতৈনি হায়না ফনা খাংজবনি অদুবু, করিমত্তা কান্নখিদে। ইমা ইপানা হায়বা ইনখিদবনিনা ইপামদা হৌজিনগদবস্থ হঙোইরে।

রারী অদু তাশিনবা নত্তনা ঐনা পাংবা য়াবা মতেংদি অমত্তবু লৈতে। ঙাইহাক রারী শানরগা অদুম থোরক্লে। মুপী অসি লাইরিক লাইশুদা মাঙজিন থাজবা অঙাং অমস্থ ওইরম্বা জাংনি। মমা মপানা অরাংবা রাখল অমদি আশাগা লোয়ননা অফবা স্কুল কলেজ কয়াদা তমহঞ্জরকখিবা অঙাংনি। অদুবু মপানা হায়বা ইন্দনা মন্নুং মতম চাদনা জাৎ তিম্নদবা নিপা অমদা ওঙউবনি।

কৈথেলগী নাকল অমদা শা অশেম্বা য়োনফম মাইগৈ অমা লৈবহুস্থ মী ফনা য়াম্না ওমশিন্নরি, লাওরি, ওকশা, মন্নুংশা সেরদা লুপা কুন্নিথোই কুন্নিথোই। কয়া কয়াস্থ লৈর লৈরহুনা চংনখ্রি। মনাক্তা লেপ্লিবা কনাগুম্বা খরস্থ ঙাইনরি ঙসিদি নহা-রোলশিংনা স্পেসিয়েল চুইশাস্থ য়োনগনি হায়রগা পুথোরক্লে হায়দুনা।

কদোমদগীনো লাওনরকই, নহারোল কুনমুক অমনা মীয়ায় চল্লবা নিপা অমগা। মপোৎ হাইফেৎ থম্না য়াওরবা বোরা অমথক নহারোলশিংদুনা পায়রি অত্তগা মীয়ায়চল্লবা নিপাদুনা মুন্ননবা কম্না হোৎনরি। ময়াম ওমশিন্দুনা য়েংনরি, ঐস্থ চঙদুনা য়েংলুরে।

বোরা চিংনবত্থু মপাঙ্গলস্থু হেন্না ফবা মশিংস্থু য়াম্বা নহা-রোলশিংত্থুনা ঙমগ্রবত্থুদা মীয়ায়চল্লবা নিপাত্থুনা নহারোলশিংত্থুদা তিঙক তিঙক য়েংলত্থুনা অমুক্তদি য়েংহৌগে হায়রি নহারোলশিং-ত্থুনা য়াবা কৌবা লৈতে।

নহা অমনা করেম্মনা হায়রকই,— তাচৌগী হূইসি অঙাং শোক্লবনিনে অত্থুগী ফারিবনি, ওন্থোক্লা রানা ফারপোংনি অমুক্ নান্থোকগ্রবদি ঐখোয় অমুক ফাক্লবা ঙম্মরোই, শাওস্থু তাচৌ, তাচৌনা লোইশিনবা ঙমদ্রবা হূইসি ননাও ঐখোয় ময়াম লোইশিঙ্গরগে।

মীয়ায়চল্লবা নিপাত্থুনা খুম্মকই,— অঙাংত্থুনা লক্লরুত্থুনা তৌবা নদ্রনে ? নহানমথৈ করিস্থু তৌদবনিনে, খোংবা ফাওবা খোংদবনি।

মাগী মখোল অত্থু খরা খরা অস্থুম শোম্বরকপদৌনা তৌই মখা অমুক তারকই,— অঙাংত্থুস্থু থীনা শোকপা নত্তে, য়াকম অমা অনিদনি তাম্নিবা, অত্থুবু, ইয়াম্বস্থু হায়রিদনা ভাক্তরদা পুরগা অঙাংত্থু লায়েংসি, অচঙবা খরচ ইয়াম্বা তৌগে, হূইত্থু হাৎলগবু করি কান্নগদৌরিবনো ? ইয়াম্বা চেকশিন্না শেন্নরগে মত্থুং থোকহল্লরোই হায়রেদনা। ইয়াম্বগী থমোই কায়হল্লগা নখোয়গী করি কান্নগ-দৌরিবনো ?

নহা অমনা মুংশিদ্রবা খোল অমনা অমুক খুম্মকই'— হূইসি হাৎতবদি য়ারোইবো !

হূইবুতুনা হায়জমনবদগী হূইদু অমুক্তং বোরা মমুংদগী লৌ-থোক্লমই। মতু পোল্লবা ফজপ্রবা হূইনি হাংখিগদবা পাম্মুই। মপুত্ত উবদগী বোরা মনুংদগী থবায় হিংলনি হায়রগী আশা অমদা মমৈ ফেং ফেং হাইরদুনা মমীংতু তুকথরদুনা লৈরি, মপুদুনা জেকি হায়না কৌরদুনা মনমদা পোপ্‌ পোপ ফুরি। তাঙ্গাদুদা নাকন্দগী চক্লী য়াখৈদগী পংতা তারম্লরোহিদবা নিপা অনিথক্লা হংলরি,— হূই-দুবু কিলোদা কয়া তৌদোইনো ? তৌদৌ ওইরগা তৌরসিদনা ঐখোয়ম্ব খরা লোগে।

নহারোলশিংদুনা হূইদু পুরসি হায়না ইঙ্গিং তৌনরকই। মপুদুনা হূইদুগী সেগা অনিত্তু চিংশিল্লগা মখজায়দুনা মমায়দা শুরু শুরু নৈরগা হায়,— জেকি চৎলোকো।

বোরা মহুংদুদগী নাক্লোকপম্ব ফংলবা, মপুদুম্ব মনাক্তা লৈরবা হূইদু 'চৎলো' হায়বা রাফমতু খঙবগুম তৌই মমীংতু তুকথনা মকোক্ত লুকথদুনা লৈ।

নহারোলশিংদুনা মপু অদুগী মথুংতগী হূইদু মুল্লগা বোরা মনুংদা অমুক নমশিনবিরমই ! অদুগা শায়োনফমলোম তম্না চিং-বোই থাংবোই তৌদুনা পুখ্রে। শা লৌগদবা ময়ামম্ব ফনা য়াম্না ইম্নখ্রে। মপুদুদি লেপ্পনা লৈহৌই। নহা অমনা লাংই বোরা মচিন্দু পুনশিল্লগা ঈশিংদা হেক্তা থাদশি হূইদি মনাকোংদা ঈশিং হেক চঙবগা হেক্তা শিবনি।

ওন্থোকপা নিয়ম য়াওদবা শা ডাগী জাৎ ওইনা তৌই। অদুক য়ানথ্রবা মীশিংছুদগী অমত্তনফাওবা হুইবুদুগী অদোম। থমোই অদু মচেং অমত্তা ফাওবা শককয়াবিদে। হুইপুদুনা, কুম্মে য়েংলিবা ময়ামদা কুনগংলবা খোঙ্থোক অমনা শাকংলি,— য়েংউনে তৌ-রিসে, মখোয়না লক্কবদগী চীক্লগা হুই হাংকনি হায়রিবসে, ঐস্থ লায়েংগেদি হায়রিদনা, কয়াদা কংখিদবা অহাংশিংনো।

হুই পুখিবা মাইকৈছুদা মনিং কুপ্পুমখৈ য়েংদুনা লাল অমত্তা ছাদুদনা লৈরম্বা হুইপুদ ময়েক থানা খোঙথাং অদুম-গুম্বদং তাল্লগদবা মানবা মওংতুদ চেংরগা চপ লেঙ্গী। মাগী থুদৈ ফারৈদগী কবোক খেংতুম অনিথক্তা শৎ লৌথোরকই, মখুং ওইনা পায়হুনা ছাইহাক মমীং কুপ্পুনা য়েংলগা তপ্পা লৈবাক্তা থাদখ্রে, কাল্লররোই খল্লনাল্লে। মপা তরং তরং চেল্লদুনা পংহৌদি তৌদনা হায়রকই,— 'ইবুংঙো নখোয় নুংছাইদ ফজনা মাইংগনিকো'।

নুংশিং তাত্তুনা ছাইহাক পোত্থারকবা বস অদু ছাইহাক চঙনা শেমজিল্লবা মতুংদা অমুক খোঙচৎ হৌখিগদৌরে। অরাওবা মমীং অনিহুনা ছাইমখৈ মান্থ কুম্মহু উহৌবনি। অদুবু মাগী শক্তমহু করিন্থ হোংবা লৈতে। অদুবু, হুইপুদুগী রাফমতুদি কৈগী থমোয় খরা শোকহনখিবগুম তৌই। মহাক অশোনবা মী ওইরকবনি। অশোনবা হায়বসিন্থ পাপ অমনি। নহারোলশিংদুস্ত ধন লৈনন্দে। অদুগা ইরেকায়ন্থ নত্তবা অরাপ্পা মফমতুদা মীচং লৈজরব। হুই-পুদুগী ফনা তৌনীংলবস্থ ঐন্থ করিন্থ তৌবা ঙমখিদে।

চিল্লবা মীরক অদুদা চীংমী মুপী অনিখক্কা, অমনা মখুৎনা যিশুখুইংগী অয়েকপা লাই অমা তিংথোক্লি অমনা ময়াম তানবা লাওরি,— 'শিরবা মতমদা ঐখোয় নরক্তা চৎকদ্রা স্বর্গদা কাগদ্রা, স্বর্গ কাগে হায়রবদি প্রভু যিশুদা চঙজৌ মাদি মপাল নাইদবনি'।

বস অদু ষ্টাট তৌরকই। অমুবা মৈথু অমনা লৈচিন থাহল্লদুনা চেনগদবগী শেম শারকই। ময়ামসু কাখৎনৈ, ঐসু কাখৎলে। নুংভাইবা অরাবগী শক্তম অমত্তা উৎতনা তপ্পা তপ্পা চেনবা হৌখি মাংভলেমদা খরা অমুক কুমহৌই খরা অমুক কারকই। ঐসু বস অদুদা ভাইহাক তোংবা পেসেঞ্জর অমনি।

# তম্নবমক্তি নৎলমদ্রে

নোংঙানখিববু কুইদ্রি! ইতৈমাতোম্নীদু পোৎ য়োমদুনা হেক লাকই। মাগীসি তামনীগা খাইনরকইব্রা করিনো অমা তৌই।

পুক্লিং শান্ত্রী লৈনা হিংবা হায়বসে হন্দক মপোকসিগী ওইগ-দৌমান্দ্র, হায়দুনতা লৈ ইতৈমা তোম্বী। মাগী পেনবসে কৈদৌঙৈ ওইগদগে হায়বসি খনফম খঙদ্রে। তা মনীদুস্থ ইতৈমগী পেন্ন-নবসি ফনা মতৌই অদুবু, নুংঙাইরে পেল্লে হায়বসে অমুক্তা হায়দে। অঙাওবগা কুইনা লোয়নরবদি ঙাওরকই হায়বদু চুম্বা তাই, তামনীস্থ মীগা ফনা মীমান্নদ্রে। মচাস্থ পংয়াম য়াম্বা নত্তে অদুবু নুংঙাইবা হায়বসে ইফং ফংজদ্রবা মতৈ মনাওনি।

হন্দক্তা য়ুম হোংইবনি হায়দুনা তৌবনি অমুক্তবু হংলুবা ঙমদে। য়ুমদুস্থ ইতৈমাতোম্বীনা হোংসি হায়দুনা হোংবনি। নহারোলগী ঈরাং কনখৎনরকপসিদা ইতৈমখোয়গী শঙ্গোয়দু নহা-রোলশিংগী অরোনবা থুন্দিন্নফম ওই, তৌম্নু হায়রুবস্থ য়াদে হায়। ঈরাং নমথনবা লৈরিবা পুলিস অমদি সিফাইশিংনস্থ থিঙেন্দা তাই-নবা ঙমদ্রগা নাশিখোংদা তাইনৈ হায়দুনা তা মনীদু ফাদুনা হেলি-কোপ্তরদা হাপ্তুনা কুইনা পুরুরে ইতৈমস্থ পাথৎতুনা অমুক্তং নারুবস্থ হোংৎকদবা মাদুদ্রে। উচিন নাচিম্না ইতৈমস্থ খরা

ফরক্লে অতুগা শিরে শোরাৎ শোল্লনি হায়তুনা তৌরুরবা তামনীস্থ নোংমদি সিফাইশিংনা থাদোরক্লে হায়তুনা লাকখি। ঈরাংনা কল্লিবস্থ ফাবু ফাগ্রবদি মী অমা হিংনা হল্লকপসি ওইদবা য়াই। মরাল লৈতবা মীস্থ ফনা য়াম্না শিনখ্রে। ইতৈমস্থ হান্ননা তুম্বা য়াদবগী লায়না অমা লৈবগা হন্দক্কি খোৌদোক অদ্গা হেন্না অনা লোয়রবনি। মখোয় খুল হোংনবা হায়না লেপ্পরে। ঐস্থ অতুম তৌনবা কন্না ইনশিল্লমই। ঈরাং কনবদগী য়ুম হোংবা হায়বতু তারে। তামনীস্থ খুদক্তা হোৎনতুনা লমমচেৎ অমা লৈরে। মাগী হান্নগী য়ুমতুগা ইংখোলগতুনা থংনবতুনা লৌহৌরে।

অনৌবা য়ুমতুস্থ ফক্লাংকা রাই তৈবা নত্তে, রাফক্লা হেক্তা চপ্পগা পুল্লবজাৎনি। য়ুমশাবকা অমত্তা য়াওবপোৎ নত্তে, তামনীগা ঐগনি। হন্দক্কি য়ুমসি য়াম্না চীকখ্রে, লৈকাইতুস্থ য়াম্না চম্বা মীওই শূরগা চাজবা ঙাক্তা ওইনা তৌই। ইতৈমগী অনাবা অসি শোয়-দনা ফরনি খল্লুবদা মুংঙাইবা অমা ফাওখি।

লাক্লিবা ইতৈমতু, ঐনা রা অমত্তা হংদনা ইমুংদা চঙহল্লি। অঙাংমমাগস্থ উন্নখ্রে। খল্লকই, হন্দক্কিসিনা করি অমুক তৌরবা জাৎনো, মাগীসি থাইনরকপস্থ মাল্লি অতুবু, ঐস্থ হংলুদ্রে। ইংখোল শূতুনা লৈরিঙৈদা ইতৈমতু ফি অমা হোংদোল্লতুনা ঐগী ইনাক্তা চঙলকই, হায়রকই, য়াহৌ ঙল্লকপসিদা অঙাংগী চানবকা অমত্তা পুরক্কেনহে ইতৈমদি।

থবক শূনা শূনা থুমই,— করি পুরকউগদগেনে। ঙসি য়াহৌ ঙল্লকইবসিবু করিগীনো, অঙাংশিং নায়েক্লেকো।

মানা থুম্লকই,— না য়েক্তবকা হায়রম্লু শিদৌরপোৎপো। ঐনা হংই,— কৈনোনে হায়রিসিবো কনা কৈদৌবা য়াওগেনে?

—নখোয়গী হন্দক্কি য়ুমসিদি তৱৈনে ইতৈমদি লৈবা ঙম-মোইবো, হান্নগী য়ুমদুস্তু য়োম্বোকউ ইতৈমবু কমদৌসিগেনে, ইতৈমবু অমুক্তা তুম্বা য়াহল্লুনে।

ঐনা নোক্লুনা থুমই,— ও সিদস্তু অনুক হৌরক্লবা, করিনোনে তম্নবকা হায়রিবদুবো, ওম্মোক্লা তানীংদ্রেদকো?

ইতৈমনা হায়রকই,— তুমদবনা কোক অসে লুমই, করিগুম্বা য়োপীগুম্বা অমনা কোকসি হুংলগা মহী খরা চিংথোকপা য়ারবদি খরা ঈংগদবা মাল্লি। অহিং চুপ্পা মোনসি খ্রো খ্রো খোৎলি। জিল্ব মথকসিদা কনানো অমা চৎপগুমস্তু তৌই ধং ধং ধং! মনীংথোঙলোমদা কনানো খরা শ্রু শ্রু ৱারী শাই! অমম্বসিনা থবাক্তা নম্বরকপদৌনা তৌই শোরসি ফুল্লি। মৈ অমত্তা খিৎতা ঙান্না থানগে হায়রবস্তু নঙ তাদনা য়াদে তুম্বা হৈনদে হায়। লৈকাইনস্তু ঐখোয়গী অনৌবা ইংখোলসি সোরেন যুম্ফমনিস্তু হায়। ইবুঙো শনম মিনম খরা তাবা মফম অমদা খরা হোংনবা তৌসিনে।

মখোয় মতৈ মনাওসি খারেদকো, পুক্নিংদা শোল্লি। অমা ঙাওবা ফানবা ঙমদ্রিবৈদা অমসুং অমুক ঙাওখৎলক্লে। হন্দক্কি তামনীস্তু য়াওরক্লে, য়ুমদু তম্নে হায়রি। মমা মপাহু লোইনা

ভাওরবনিনা অভাংশিংদুসু ইভাও ভাওরে। তামনীগী মচানিপা অহলত্নদংদি বা ভাওনবা য়াই। অদুবু, মাসু অদুম হায়রকই, য়ুমদু অহিংচুপ্পা থাংদুনা পুরবদোনা দোল মোল হাই। সুম খরগী ঐগু ভাওরক্কদোরে। তৌবগীদি তম্নবগী রারীসি হৈরে লৈত্তবা নত্তে। অথেংবা অহিংদা মীগী শক্তম ওইনা থোরকপা নম্রগা করিগুম্বা খোংনাং মখোঙ অমদা মুপীনা কপ্পগী মখোল তাবা নম্রগা নাহেবগী মখোল তাবা অসিনচিংবা। অদুবু, কনাগুম্বা অমত্তনদি তশেংনা উরুবা নম্রগা তাবা নত্তে, চীপ্পাং য়ৈমরকপা ওইনস, তৌই। অদু ওইরবদি তামনীগা ইতৈমা তোম্বীগগী অনৌবা য়ুম অসিস্তু অসিগুম্বা করিনো খঙদনা লৈখিবা তাররা? য়াম্না হেম্না থাজদবা অমদি অথেংবদা য়ুমদুগী অরাংলোম থংবা থোঙনাওদু লোল্লগা তুনখিবদা মথস্তা হাদুনা লৈরমইস্নু হায়রি।

পুম্নমকসিগী অশেংবা অমা ইমীংনা উরুরগ ইনামক্কা তারুরগে হায়দুনা, ইতৈমগা তাদগস্ত ঐগীদা লৈহল্লগা মখোয়গী মচানিপা অহলত্নগা ঐগা ভসি অহিং অসি য়ুমদুদা লেকপা তারি।

য়াচঙবত্র রাওথাংনবা আতিয়ারক্কগী তুফক তুষাই চম্না শনদোরকই। ইংখোলদুগী নোংপোক্তা লৈরিবা শানৈবী রাপল অদুদগী তোয়না তোয়না উরেংকোম্বৌ খোংবা তারকই। চাওরবা ইংখোলনি! মদুগী ময়ায়দা রাফক্কা থারবা ফক্লাং রাই তৈদ্রবা য়ুমদু তুম্পক তাশিন্না কন্দুনা লৈবগুমই। অকোয়বদা রাচেৎ খায়খিবগী বা মকুম চাইরি। মুংশিং অমা হাইফেৎ লুম্নকই, রারক

অচুদা রা অমগা অমগা ইহৎগী কুক কুক লাওই। য়ুমদুগী শম্বল মপান্দা মনাংলোমদা হৈবোং পাম্বী অচৌবা অমম্ভু হৌরি। য়েংথৌ পাম্বী ময়াম অমম্ভু ফক্লাং থেংনা হৌরি। হাম্নদগী লৈরম্বা পুম্রি অদু হুপ্না থম্মা হৌরি। মকুম মথা ওইবগী হৌনবা হওোইম্ভু থোঙ্গৎ-লকই অচৌকপদু থুগাইদুনা। য়ুম কুওনা তাম্রবা লৈকাইদুদা লৈরিবা য়ুম্নৈ কৈরৈদু তাশংনা চীকই। হূই অমম্ভু মথৌ ইরৈ লৈতমখৈ মীগী ময়ুমদুদা লাক্লগা খোংলরি।

মুংদাংগী চাক চারক্লে। য়ুমদুদা মৈ চুথংলে ইলেক্ট্রিক্কা অমত্তা য়োংপোং নত্তে। কাখল য়াওব্রবা য়ুমদু পোং চৈম্ভু য়াম্না চাইরি। পংডান ডান্দবা লালটেনগী মৈডান্দা কাদু বাওরি বাওরি ডাল্লি। চাকশঙ হায়বা অমত্তা লৈপোং নত্রি।

তাননীগী মচানিপা অহন্দু ফমুং অমদা হীপহল্লে, কাংখল থাবিরে। অঙাং অদো ঙাইহক্কী মনুংদা ইশি শিনা তুমথোকপ্রে। ঐম্ভু রাখল খনবা হৌরকই, ইতৈমগা তাদগসি অমুক্তংদি চিংনবা কোকহনবা তাই। ঐম্ভু ইকাও কাওবা অমা থাঙশাং অমম্ভু পায়রক্তে অদুবু খুংলাই ওইবা য়াবদি কাদুদা শীঙজং, থাংজৌ য়োপাক, বেরচান্দ শুনা লৈ। ঙসাই মুংথিলদি পুক্লিংসি ইচঙ য়াম্না থোই অদুবু, মীরৈবাকম্ভু ওইরবা চীকম্ভু চীকইবা অদুগীস মথক্তা তম্নৈ হায়রিবা মফমসিদা অহিং লৈনবসি, ইনাক্তা অঙাং অমদি তুম্মী হায়ববু পুক্লিংসি খরা নিনকোক নিনকোক তৌই। অদুবু, থাঙজৌ অথৌবা অমা লৈরম্মীবদুগা বেট্রি অমগদি পায়রে।

লালটেন অত্থু লৈখৎলগা লাইরিক অমা ফাক্তোক্লগা য়েংই। থোঙজাও অনি থোঙনাও অহুম লোইনা লোনশিল্লে। অরাংথংবা থোঙনাওহুনি মথন্তা হাংই হায়রিবসে। ঙসাই য়াচঙবদা উহৌবা ইংথোল অরাংথংবদা লৈরিবা পাৎ কোম ভাক্তা ভায়বা লম্পাক অমা লৈরিবহু অঙাংশিরগা ফুম্ফমমিস হায়। ফরে, লাই লাক্কেরা মী লাক্কেরা ঐগী তৈয়ারিদি লোইরে।

জিন্থহু অওইবমকস তান্থা নাইনা গ্রং গ্রং লাওবা মথোল অমা মরক মরক্তা থোকই। মসিবু তশেংনা মী চৎপা জাৎলনে! ওইথোকপা য়াবা অমা লৈ লৈকাইসিগী মী ফত্তবশিংনা মীনৌ লাকপসিদা মুংশিদহুনা য়ুমথক্তা কারগা লক্লবা ওইরম্বস য়াই। তাদা তাশিল্লক্লগদি পুক্লিংগী চিংনবসি অসুম হেনগৎলক্লমই। টুপি অমা উপশিল্লগা থোঙজাওহু তপ্পা হাংলমই খুৎতদি থৌরবা খুৎলাইনি।

থামম্বা অহিংহু শূক শুনা মমই! থরান লাংবনগী মুংথিল শারম্বা মুংশাহু অহিংহুদদি নোংপুবা অইংবা মুংশিং অমদি হুমলি। য়ুমথক্তা বেটি কাপ্পুনা য়েংই, কনাসু লৈতে! অরাংথংবা ফক্লাং-সিদি য়েংদ্রি, চঙবদা হঙ্গোইবা অমা পোকই। ইমুংদা অমুক চঙলে। অমুকসু জিজ্বগী মথোলহু তারকই। কান্নদে জিজ্বদা কারগা হেক্তা য়েংলগে। ঈশিং য়ানবা দরম অমা লৈরিবহু মথক মথা ওহ্মোক্লে, মহুদা কাখৎলগা য়ুমথক্তা কারমই। ভাইহাক কমহুনা লৈরমই। মথোল অহু হন্দকসু মফম থরদা থোক্লমই অহুবু

কনাম্ন মশক উদে। মুন্না য়েংবদা হন্দক্তদা খঙই মুংখিলগী মুংশানা কন্না য়ৈখিবা জিস্বত্তুদা অহিংগী অইংবা মুংশিংনা য়ৈবদা জিস্বত্তু ফাবা মরৈশিংতু শারিডৈদা হন্দোক্লবত্তু মথন্তা লৈশিল্লকপদা থোকপা ওইরম্লে।

অমুক ইমুংদা হপ্তিল্লক্লে। লাইরিক অদু কনা য়াম্না চঙশিল্লে। অচিকপা কাত্তুদা খঙহৌদনা ক্রোক লাওবা মখোল অমা তাখি। অরাংথংবা থোঙনাওদু খংহাং হাংদোরকই। য়েংই অঙাংদুবু হৌগৎপ্রানে! মাম্নু হৌগৎতে ইশি শিনা ভূম্নি। চঙশিন্দুনা য়েংগদবস্নু থৌনা অমা মাঙখি কোকচাওবীতুম কায়।

মপাল্লোমদা চেপ্তাক্লনা অরাংথংবা ফক্লাংলোমদা হোং-চিল্লমই। থোঙনাওদু মপাল্লোমদগী হাংবস্তুম তৌই। মহাক অদু চেল্লম্বস্নু য়াম্না নক্কা লৈরমখিনি। বেটিদু কাপ্পমই. ইংখোল থুংনা য়েংলমই অদুবু, কনাম্নু উদে। অদু ওইরবদি থোঙনাওদি কনানা হাংইবা।

থুনা ইমুংদা চঙলকই, চঙগদববু হঙোইরুরবনি অদুবু চঙদবদি য়াদে। থোঙনাওদু অমুক তপ্পা লোনশিল্লমই অমস্নুং কাচিন অমদা অমুক পাকথত্তুনা লৈরমই। ঙাইহাক পুমচীক চীক্লবদগী মপান্দা শ্যাও শ্যাও লাওবা মখোল অমা থোরকই। মসিনা অমুক করম্বা মিত্রংনো! থোঙনাওগী কুম্মে অমা লোইদ্রিডৈদা শ্যাও শ্যাও লাওবা মখোল অমা অমুক!

খুদক্কা মপান্দা থোরকই। অমুকস্থু শ্যাও! শ্যাও! মখোল অত্থু মখাথংবা ফক্লাংদা থোকই। অত্থুগদি য়েংথোগী মপাল ময়ামত্থুনা মুংশিংনা হুম্বদা ফক্লাংদা খেংপা ওইরম্লে। খিংতং শোর হোন্দোকই, ইমুংদা থুনা চংলকই।

ইমাইপেম্মা! মীনা পুথাং ঙম্পোৎ নহেনে!

ইথা হেক থাজদনা হন্দকস্থু থোংনাওত্থু হাংত্থুনা লৈরম্লে। করিনোনে তৌরিসিবো, ঙাইহাক ফমুংদা ফমই, থোঙনাওত্থুদা মুম্না য়েংই। ফনবু মুংঙাইরক্লে অহানবদদি য়াম্না হংঙাইরমই, হন্দকস্থু য়েংবা তারেদনা। অমুকস্থু থোঙনাওত্থু লোনশিল্লমই। ইকুই হেক কুইদনা অমুকস্থু মথন্তা হাংদোকখিরমই। তশেংনা মিত্রংনি কনাস্থু য়াওদে মথন্তা হাংই।

চংশিন্দুনা য়েংই, থোঙনাওত্থু য়াম্না হোংবা তেরা নত্রগা তাইরেন উপাক্লা চনবা ওইরম্বা তাই। থোঙনাওত্থু থোঙনা অমত্তমক পাল্লি। অত্থুগা থোংবারোমদগী উনা শাবা লৈখংপী পুনা অমা পাল্লি। থোঙনাওত্থু চিংশিল্লগা অমুক লোনশিল্লগা পুনাদি পান্দনা য়েংই। খুংহেক থাদোকপগা মথন্তা হাংদোকখি। হৌজিক্কদা খঙলে, থোঙনাওত্থু হাথু হাথু শাবা য়ুমত্থুদা উলুম চুম্না থাহৌদবনা মথন্তা হাংদোকই। ভাব তারে ঙসাই মুংশাদা য়াম্না শাগংলম্বা মতমদা থোঙনাগী উপাক্তু কোনতক তৌক্লবত্থু মুংদাং ইংথরকপা মতমদা চুমথোরকপা জাংনি। অত্থুগা উপাক্লা কোল্লিঙৈ মতমদা য়াম্না চিল্লম্বা পুনাত্থু চুমথোরকপা মতমদা পুনাত্থু কোমথোরক্তুনা মথন্তা লৈথরগা হাংদোকপা ওইরম্লে।

ইস! ছুমাং তানপ্পা কাংলমালে।

য়ুম্নি ছায়হুনা তৌরিসিস্থ ঈশিং খজিক্কফাওবা লৈবা উদে, খন্না খক্লিংবনি। কাচিন্দা পুন অমগী মনীংদা খন্না য়াওরমই মহু চিরগা খরা থকচিল্লে। ছকাম অমা মথস্তা চল্লকই, কমুংদা ঙারহুনা ঙাইছাক শোর হোন্দোকই।

ফদ্রৎ! ফদ্রৎ! ফদ্রৎ! খংপ্রেক খংই তুমথক্করমালে। করিনো মায় মপাদা শোরনা কাম্লকপগুম তৌই। কাহু মৈ পূম্মম মম্লমই, লালটেনকাস্থ লোইনা মুংলম্লে। ফুক ছৌগৎলি, কোন লীক খরা কাওখায়রুরে। ফুরিংখাওদগী বেট্রি লোথোক্ত্না কাপ্পী। তামনীগী মচানিপাহু মীকপ খংথোক থোকমালে, কাকা ছায়না ফিংনা কৌরকই।

—ঙসাই নঙোন্দা মৈথেৎ য়াওখিবদাই, অমুক্তা পীরকউ অহুগা নঙ তুম্মুচো চৎলো।

লালটেন চমথৎকে তৌক্কবদদি খাও লোইরম্লে— ফদ্রৎ! ফদ্রৎ! ফদ্রৎ!

অমুকস্থ মায় মপাদা শকথঙদবা শাহুম অহু! ইস করি-নোনে।

বেট্রিহু কাপ্পুনা য়েংলমই করিমত্তা ভাব তাদে। অঙাং অহুস্থ ইঙাও ঙাওনা হৌগৎলক্লে, করিনো কাকা ছায়না কিনা হৃংলরি।

ঐনা অঙাং অহুদা তুম্লনবা ছায়রগা মখোল অহুগী মতুংইন্না বেট্রি কাপ্পমই। কাচিন লোমদা শাহুমহু অমুক তারক্লে। ছাইকেৎ

চঙশিন্নি, পোৎচৈদা পংকাওদা কাওখায়গ্রে শাহুমত্তু মায় মপান্দা অমুক্কা হুমকই। খুৎতা পায়বা চৈহুনা খংহাই হাইবদা পোৎ অমদা পান্দুনা করিনো অমা কাচিন্দা ফদ্রৎ ফদ্রৎ তোই।

বেটিদু কাপ্লহুনা চেকশিন্না চঙশিল্লমই।

ইস! তম্নবমক্তি নৎলমত্রেদনা অহুবু, কোক্কী শমদি চপ চপ য়ুংখৎখিবা হুম্বিদ্রি।

মপান্দা য়েন খোংবা তারক্কে নোংদি ভানগদোরমালে। মখোল নীরহুনা কিনা অভাংহুনা হংলকই,— কাকা হৌজিক্কিদুবু করিনো?

—শেকপীনিনেহে! মপানগী হৈবোংপাম্বীদগী পাইশিল্লকই- মানে।

# মীরেনশঙ

ইশাঙ শোঙবা শম্বৈল্লেতনা ইকোয় কোয়না হৌড়িল্লবা মীপোংস্থ ইচঙ চঙনদবা মেডিকেল কলেজগী কাচিন অমদা লৈরিবা শঙ, অচৎ অংকপা য়েংগদবা ফাংবা হঙোইনবা শঙ ঐনি মীরেনশঙ! মী অশিবা থম্ফম, মীরেনশঙ!

অচৌ অচৌবা অশি অনা কয়া থোক্লবদা, ঐগী ইশাইকোন্দা অমুক্তং পুরক্তুনা ডাক্তর অমনা লেন্দুনা শিবগী মরম থিবদি শোয়দবনি। অদুদেদা লৈশাবী মচা অমা অয়ুক তুরেন্দা শিরগা তাংদুনা লৈরমই হায়দুনা লৈবাক বাথোক ওইনখিবা, লৈবাক্কী অঙম্বা কয়াগী মচা মশু চেন্নবা থোদোক অদুস্থ ঐগী ইশাইগোন্দা য়োরকখিবনি। বায়েনশঙ য়োরবদা ডাক্তর অদুনা ইরাক্লদুনা শিবনি হায়। চিংনবা কনানা মুপী মচা অদু ইক্কং মাঙহনবীরগা হাংতোক্লগা ঈশিংদা থাদবনিস্থ হায়নৈ। অদুবু, অশিবা হকচাংদু লেন্দুনা য়েংবদা মুপী অদু করম হায়না শিবনো হায়বদুগী অশেংবা বাফম অদুদি ঐাদ খঙই।

অসিগুম্বা বারী য়াম্না লৈখি অদুবু, ওসিগী মতাং অমা থোক্লিবসিস্থ তাশিনবা য়াম্না বারীনি।

হৌথিবা অহিং রেডিও পাওদা লাওথোকখিবা হৈরোকলোমদা থুংলাই পায়বা লাম্মীগা কাপ্পবদা নহা অমা গুলিনা পান্দুনা শিরে

হায়বত্থ ঐগীদা তাত্থনা লৈরিবসি নুমিৎ মঙানি পুরা ফারে। কনা-মক্তনা মচা মশ্ মাঙখি হায়ত্থনা হংবা ফাওবা লাকপিদ্রবদা ঙরাং রেডিওদা পাও চেল্লুবদগী ঙসিগী লৈচিল থারবা ভয়ুক অসিদা ঐগী অকোয়বদা মীনা ফাঁউ ফোররবনি।

ঐবু থম্মোইপান্দবী হিংচাবীগুম উবী মীশিংনা। মসিনি ঐনা খ্বায়দগী মুংঙাইত্রিবসে। মপাম্ভোংগী শক্তমতনা পোৎ অমগী মন্নুংফাওনা চেল্লিবা শক্তম অমা শেংনা উৎপা ঙমদবনি। থম্মোই পান্দবী নত্তে খাঙবা কনবীনি, খাঙবা কন্দবা য়াদে। থম্মোই কায়নীংঙাই ওইবা শক্তম কয়া কয়ানি ঐগী নাক্তা পুরকইবা। হকচাংনা মিহুল হুল্লিঙৈ পোকচবী মমাগী তম্পাক্তা ওয়া থোইনা লৈভক্করবসু ঙসি থব্বায়না হকচাংদগী খাইনথ্রবদা ঐনা মমশক্তা ইতম্পাক্তা কোনবনি। অহিংনা থেংজিল্লক্রবা মীচিক মীরা ওখোল তাদ্রবা মতমদা ঐস্তু কপ্পুনতা লেনবা ঙাক্তনি। তানৌ তনৌখ্রবা, ফজখ্রবা লৌশিংশিংবা, তুংগী য়ুম্বী ওইগদবা নহারোল কয়া কয়া গুলিনা পান্দুনা শিরে হায়তুনা পংপুদা পুরকই। অতুগা ঐগী ইনাক্তা পুরক্তবসু য়াম্না য়াওখি। লৈকাই লৈকাই খুদিংগী, ইরাংহোই, নোংমৈ পায় হায়তুনা নহারোল কয়া কয়া সিফাইশিংনা ফাগৎখি। কনাগুম্বগী ইমুংদদি ফাত্থনা পুখিবদগী থাদোকখি থঙদে, হাংতোকখি থঙদে হজিল্লক্তনা মফম মরাং থঙদনা অত্থম মাঙনখি লৈবাকসি খুঞ্জাই লৈচাইবা মতমনি, থব্বায়গী মমল লৈতে। ফাত্থনা পুরকপা কয়া অমদি, পুলিসতগী নাম্ভোক্তনা

চেনগে তৌই হায়দুনা কাপ্পুনা ফনা য়াম্না হাৎপিশ্রে। অহিংদা শেকপী, মকু ফাওবা পাইখিশ্রে।

অশিবগী পাওনা খরা কুণ্ডলবসিদা মচা মশূ য়ুমদা হজিন্নরক্ত-বশিংনা ঐগী ইনাক্তা থিবা লাকপদা মী খরদি শদৌ থোংলবনি। ঐগী চৌকিদার ওইরম্বা কয়া অমা হোংশ্রে। চংলমদাইদা অমুক হললহনবিনরক্লু হায়দুনা অথুম অহাও কৎলম্বা ভাক্তনি। হৌজিক হৌজিকি অঙাংহলনা ওইরি। মাসু চংনবা কম্না ব্রানোম্বা তৌরবনি। মাগী মখৌ হায়ববু অশিবগী মমায়দা কুপ্লিবা ফি হাইদোক্তুনা অরাকপদা য়েংহনবা। চুম্নরম্নগা অশিবা হকচাংদু পুখিনবা থাঙ্গৎ খোংকৎপগী থৌরমদা খরা মতেং পাংবা অদুগা থবক মওম লেইরবদা অশিবা থম্ফম কাসি শো লোনশিনবা অসিদনি। হন্দক মরক্তি অঙাংহলসু মখৌ খরা চিল্লে। অসুক পাঙদবা!

ঐগী ইনাক্তা থবক তৌগে হায়দুনা লাক্লগা অশিবগী মমায় অমুক্তা য়েংদেনে। অদুবু, মাসু খরা নৌরিদুনা তৌরিবনি খরা লৈরগা মরাইনা ফজরকনি।

লোম্নোক্তবী ঐদি য়েংবা, তাবা নক্তবা করিসু ঙমদ্রে। ওরাংগী রেডিও পাওদগী ঙসিদি মী ফনা য়াম্না লাক্লে অশিবা হকচাং অমা তাদুনা লৈরিবদু মচা মশূরা য়েংলনবা।

মুপী অমনা মপূক্তিংদা খনবদু চীনবানথোঙদা থোরকই,—থাদি থাজদে, অদুবু অমুক্তা য়েংগে হায়দুনা লাকপনি। লাইরিক

তম্ম্চো হায়রজুনা মাবু হোষ্টেলদা থম্বনি, ঙসি ফাওবা ঐগোন্দা ব্রাফম অমত্তা লোৎতবনি ।

থরা অহল ওইরূপ তৌবা অশিবা য়েংবা লাকপা নিপা অমস্থু য়াওরকই,— ইবেমা শিবা চঙবা হায়বসে মাগী লিলানি, পুম্নমক মাগী মপোৎ মরলনি, মানা লৌশিল্লগে হায়বদা কনানা থিংবা ঙমই । মচীন্দা অমুক্তং রাধেশ্যাম হায়না শোল্লি ।

অমমস্থু শোম্বাংননা থুম্নকই,— মপু মাগী মরলনি, ইদাইরেম ইরৈচা খ্রায় পুম্নমক নোংমদি লৈরাংগী লৈনম ওইনা মপুগী লৈ-কোন্দা তিনথ্রগদবনি, মানা মানা তৌরুবজুগী মহৈ ওইনা খুৎচৎ খেন্নবগী ব্রানি । নিপা অজুনা শাংলবা লেংপাক্তা লৈবা মশম অজু ওইথংবা লেংজুমলোমদা মংঙক্ত্ নীক্ত্না থৈজিল্লগা নোংথক-লোমদা য়েংখৎলজুনা হয়ুম-শিদবা হায়না শোল্লি ।

অশিবজু য়েংলম্বা মী ফনা য়াম্না চঙলকপদি মায়থোঙ লাং-লাংশিন্না চঙলক্লগা ব্রাই ইশং শংনা থোক্লবা ফনা য়াম্না য়াওনব্রে । মীয়াম চল্লবী মুপী অমস্থু অশিবজুদা অমুক্তং য়েংলুরগা লাই শোল্ল শোল্লজুনা লাইবক্তা মখুৎনা নানখৎ নানখৎলজুনা থোকব্রে । তিল্লম্বা ময়ামস্থু ফনা য়াম্না হুম্নব্রে মীস্থু ইতাক তাকব্রে । তাঙ্গাসিদা পাথং অমদি হাথু হাথু চেনশিল্লকই অঙাংহলগা ব্রারী শানৈ । মাম্নু অশিবজু য়েংবা লাকপনি । মাস্থ কা মম্নুংজুদা থরা চঙশিল্লগা অশিবজুদা থুনীং কাংখৎলগা য়েংই । মথস্তা চঙবজুদা হুঙ্গোইর-মালে অশিবজু মমায় হাইদোক্লগা য়েংবা ঙমব্রে । মাগী পাঙদবা

মতৌত্নুদা অঙাংহলনা মত্তেং পাংননবা খোঙনাওত্নুন্সু হাংদোকপিরে। খোংঙনাও মনাক্তা ঙারিবা চৈশাং লমনা অশিবত্নুগী মমায় হাই-দোক্লমই। থংনবা মিকুপ্তা কায়রবা খোঙ্গোক অমনা হৌনা ল ওরত্নুনা অঙাংহল তুথখিরমই। থবক তৌবা মী অনি অত্নুমন্সু চেনশিল্লকই। অঙাংহলগী ৱাগ্ররবা হকচাংত্নু মাগী য়ুমতম্না থাংদোক খিরমই। অঙাংহল করিগী ৱাম্বরিবনো কনাস্থু খংনদে অত্নুবু, খংদি খংনরক্কনি অত্নুগা ঐদি খঙই। ঐ হায়গে তাও।

মত্নুম্না ফংলক্লবসিদা শোয়দ্রগা লোইরে হায়তনা অঙাংহলনা মাগী মচানিপাত্নু, লৈবা লৈতবা থিদনা মপান্দা থাদোকখিত্নুনা লাইরিক তমহন্দুনা থমই। য়ুমদা লৈরবদি মমান কৈমাম্নবশিংনা অমনা অমা খন্না হায়জিন নত্তবা লম্বীদা চৎখিবা য়াই হায়ত্নুনা থাদোকখিবনি। অত্নুবু, অঙাংহলনা মসিমদি খল্লদবনি হৌজিক কালগী অঙাংশিংসি অয়াম্বনা মমা মপাদা ভক্তি লৈত্রবনি মাগী মচাস্থু ভক্তি লৈরমদবা য়াই হায়বসে। মাদি থা থাগী শেল লেপ্তুনা থাজিনখিবনি।

নহান হৈরোক্লা সিফাইগা কাপ্পবদা শিবা নহা অসিনি অঙাংহলগী মচা অহলদো। মানা অশিবগী মমায় য়েংগনবা ওইর-বদি নহান্না পুরকপদা খঙবা য়ারবনি অত্নুবু, ঙসি মুমিৎ মরি মঙা-নিসি মপানা থবক তৌরিবা মফমসিমক্তা তাত্নুনা লৈবদা মপামক্লা খঙদ্রবনি। ঐদি নহান্না খঙলবনি।

অসিগুম্বা ৱারী ময়াম অমা থোকখ্রে, ৱারী ময়াম অমসু লাক-খিনি মসিদি লীবগী লোইবা নাইবা ৱারি নত্তে মীওইবগী পুন্সিনা লৈরিমখৈ ৱারীসিগী লোইবা নাইরোইদৌরি মসিদি মতাং অমত্তংনি। অদুবু, ৱাফম অমদি ঐবু হাম্না নাংবা কাইহল্লু। থোকখিবা থোদোকশিংসিদা ঐগী ইৱালদি অমত্তা য়াওদবনি। অদু ওইরবদি ঐবু মীয়াম্না কি তুকচ্চরিবা কৰিগীনো, মসিমদি ঐসু খঙহন্নিংই মীওইবশিংদা। ঐসু মীওইবগী অৱাবা কয়াদা লোন-থোক্লুনা, মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা মতমদা কপ্লুনা লেংবনি। ছুমিন লৈবসিমক ঐগী ৱাকৎনি।

# য়াকৈরোল

ঙসিদি ঐকোইরবনো থংদে অমুবগী লাই হরাওবগী য়াকৈরোল শরক্লে। ঙরাংদি মীনা হঁয়াংথাং বরন্থ ঙাইয়বনি। নুমিৎ তরানিথাই হন্দোক্নি ফাওরক্লে।

কালেনথা য়োরক্লে, শরাঙ্ নতোনগী ইহৌ পাম্পীহু তেকথনখে পাক্লি। লৈমায় লৈক্রুক চংতুনা শ্রক শ্রক কংবা মতম্নি। কবি কয়ানা হায়নরিবনি থা অসি হেক য়োরকপগা কন্নবা মালেম লৈমায়বু থিনগায়তুনা থোৎলবা লৈপাকলৈনা ফুগাইনা শাৎলি হায়তুনা। অদুবু, কুমশিদি নোং থরা থরা তাতুনা লৈমায়মক্তি লৈক্রুক চংতে। চীংথেনা ফীতুপ লুপ্পকপা মতম নোংঙাল্লমলাইগী অইংবা মুংশিৎনা লুপ্পকপদা মৈশানা থুইথরুরবা উপালশিংদা থবায় হাপ্পিরিবা মতম। য়াহৌ ঙনবা কয়াগী মফমদনা অয়ুক্কী পুম্লিং হূরবা শক্তমদা মহৌশাগী মচুনা শঙ্হুনা হেন্না মচু তারবা নিংথিবগী ঈনোং অমা হাপ্পিরিবা। অইংবা মুংশিৎনা কঙাওমনা লুপ্পকপা, উনা থানা ময়াম্মা অনৌবা য়েনীং হুন্দুনা ইশং শংবা কান্নি। লৈচিল নোংফায়স্থু হাইরপ থাংবা অভিয়ারোমদগী য়াহৌঙমবা উচেকশিংনা মুংশিৎকি ইপোমদা লুই থোংলহুন। মালেমদা য়াতাম্নিবা মীওইববু মীকপ থোক্লো হায়তুনা কৌবা মতমসিদা মাইক্লা তাম্না তাপকপা মুংশিরবা পেনাগী শৈহেক্তে, হোঃহয়ুম হয়া হে লাইনিংথৌ ইবুঙো…

হায়তুনা। য়াকৈরোলনি ! তুমখুন তাল্লুবা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনিবু য়াকায়রিবনি। মফম অমা অনিতগী রাফম নত্তে লৈকাই খুদিং য়ুমথোঙ খুদিং উমং লাইগী উমংলাইতনি।

লাইনীং পোরম্মা চুম্লব্রা মতমসিদা উমং লাইকাসি লাইশঙদকা অমত্তা লৈবা ঙমদ্রবজাৎনি অতুনা, মনাই অচানবা য়েং য়েংহুনা য়ুম্লক্তা পংকাওদা ফাওগ্রবজাৎনি।

ফত্ত লৌশিংগী লায়না কয়া কম্মা শন্দোক্লিব্রা, শিংলিবা ম্নুংশিং অমদি ম্নুংশাস্থ অশেংবা শক্তম মাঙদনা পাক্লবা লৌবুক লমহাঙ তম্মা নোংচুপ হারমগী চাংলক্তগী নাংতম্মা হুম্লিনা খুঙ্গং অমগী রারীনি। মফমসিদস্থ লাই হরাওরমই। ইরাৎ খোনিগী থৌরম পাঙথোক্লুনা লমথোক্লুই হাযনস্থ তাথি। অয়েবী-অখোংবী, ধুলোক-পেনা, মাইবা-মাইবী, পাখং লৈশাবী অমুক্তোইবা সনা লুপা শিরতুনা চাক্তান ফিদাম্নরতুনা ইবুধো অতুগী হরাও মথোই কাবদা মখে লাংনরি। কনানা হায়নৈ ইবুধৌ পাখংবামক্লা শংশংনা থোরক্লুনা খুঙ্গংহু কুবিগে হায়না ফাওবিরক্লবনি।

অথেনপোৎনা মরোল মরোল, লৈচলতনা মখল মথেল শুমাঙ থেলোংদা শাংলিবা অতোরগুলাব, উগী কাচি কারোংদা শাংলিবা খুঙ্গুল মেলৈ, লৈহাও, খাগী লৈহাও শংব্রেমনা, লৈপাকলৈ কোম্বীরৈনি কৎনবা চৎনরিবা মুপী অঙাংশিংনা। লৈকাইগী ঙাওপ্রবা পাখং ফাওবা ইবুধোগী মমাঙদা রাহৈ কারন চনবা ঙম্পোৎ নত্তে। মী কয়ানা হায়নৈ মতীক মগুন লৈপ্রবা ইবুধোনি।

খুল অদুদা লৌস্লু উনিংদবা, শীনমীস্তু ওইদবা, লাইরিকস্তু তমহৌদ্রবা ফমজা চাবা পাম্বা মীয়াম্না তমুবা হায়না খঙনবা নিপা অমা লৈ। মাগী মখৌ হায়ববু লৈপুং ফম্বা, খোংবান ঈশিংপা, ঙাপ্রুম ফাবা, নহারোল খরা খোমজিল্লগা চাক চানবা অসিনি। মী ওইবগী পুন্সিদা লনগী মবেমা ইমোইস্নুনা কুবিবা মতাং অমা অমুক্তুংদি লাকই হায়নৈ। লৈকাই রাথোক্তা ওইরবা অমুবগী পুন্সিদস্তু মুনিং অদু লাকখিবা জাংনি। কনাগুম্বনস্তু হায়নৈ খোঙ চোংলগা চীন চোংলি হায়দুনা। অমুবনা চীংদা খোইমচা লোকপা চংলুবদা লাইরেন অমা লমখাঙদা কোক হেক থেংনরুবা জাংনি।

কনাগুম্বনদি লাইরেন থেংনরুরবদি পূক কংখৎতুনা শি-কাস্তু হায়নবনি, অদুবু, অমুবগী মফমদদি পুংওন হেক ওন্নবদা য়াই থেংনরুবা ওইনা থোক্লে। চহী কয়া তকনবা থবক মনা অমা ফাওবা শূদমথৈ তুংশিল্লম্বা হকচাং পাঙ্গলদু লাইরেন অদু ফাবদা শিজিংথোক্লুরে। মগুন ডাকপদা লক্ফুৎতা কাদুনা শি হায়নরিবা লাইরেন অদু অমুবগী পাঙ্গলনা হেনগ্রবদা অমুবগী লেংবান্দা তোং-লদুনা মায়থীরবা শঙ্গমদা খুল তানা অদুম খোঙদাইরক্লে। খুদক্তা মাগী ইংখোল চীংথৈ পাংবদা লোইশং অমা তনশা শাদুনা লাইরেন অদু থম্লে। মচিঞ্জাক করম্মা পীজনি হায়না খঞ্জানরুবা অমুবদি রাবদি লায়রদুনা লল্লেবা অমা ওইখৎলক্লে। খুলগী মী ময়াম অমা অমগী মথং অমা শন্দোকখিদুনা মীনা চীক্না চায়নবা

ভমদমখৈ তিল্লরে। ইবুধৌ পাখংবমক্কা অমুবগী ময়ুমদা ভাম্ভোইররে। খুলগী মী ময়াম লাক্লুনা পৈশা কয়া কংনৈ, অথেনপোৎ কয়া পুনরকই লৈশূ কয়াম্ব কংনরি। খুল অমদগী খুল অমদা চীঙ্গাং য়ৈখিতুনা সহর ফাওবা শন্দোকখিতুনা ইবুধৌ দশন তৌবা লাকপা মীতনা চীক্লা চায়নবা ভম্মখিদ্রে।

ইবুধৌদি অচৌবা থরায়পান্দবা য়াম্না খোয়দাজৈ অহুনা ভক্ত-শিংনা য়ুম য়ুমদা লোইবা য়েন ভাম্বু খুম্বু ইবুধৌগী লাইশঙ মম্মুংদা হিংনা থাজিল্লি, ইবুধৌনা হরাওনা ফা ফাহুনা পুম্না পুম্না য়োংলি। পুরক্লিবা মনাইশিংদুনা ইবুধৌনা শা ভাহু য়োৎপা উবদা লঙজখিবা খাবিক কোক্লবগুম পুক্লিং পোখাজৈ। উনং ব্রামংনা কোকশিল্লক্লব-সদা মোংশোঙ মোংশোঙদা চংহুনা হভোই অমত্তা ওইরবস্থ ফংনবা হুমাং কাবমখৈ থিখিবা ঈপাক কয়াদা নৈহুনা থিবদস্থ মুকাভা অমত্তফাওবা থিবা ফংদনা লোক্ক ঈশিং থক্লুনা কয়া অমা লেনখ্রবা ইবুধৌগীদি ভসি অতোভবদা খন্দুনা চাবা ফংলকপাসদা অমুবগী য়ুমদগী হেন্দোক্লিংবগী বা লৈত্রে।

নোংমা মতু পোল্লবা লশিং মফোনগুম ভৌরবা হমেং অমা পুহুনা মপু অমা লাকখি ইবুধৌগী চাকথাক পীননবা। হমেং মচা অহু পোকপা মুমিংত্তা মমাদা 'ইমা দুর্গাপুজা কয়াম ব্রাংলিবগে' হংজখিবনি। মচাগীদমক্লনিকো হায়হুনা মপুহুদা কেথ-মৌথ তৌ-হুনা মচাগী ময়াদা ভাগদবা শঙ্গোমহু অরৎপা লৈতনা থোকহনবহু-দদি উচিন নাচিন্ন দুর্গাপুজা অমুক্লক্তি লাল্লে চাওরক্লুনা মমাদগী

মখোম থাইরে মমাগী য়েংবগী পেনবা নাইদরে। অসিগুম্বা তাম্বা অসিদা শঙলিংবগী মখুৎতা লংশিন্নবা মুংশিহৈত্রবা মপু অহুনা মমাগী মথাদগী শেংতুনা পুরকপনি। লাইবকথীবী মমাহু মে মে খোং-হোবনি অহুবু কনাম্ব তাবিদে অতোনবগী বাকৎতা।

মপাপ চেনবহু কোক্লগনি হায়না খল্লরবা মপু অহুনা পমহুনা পুরক্লিবা মুংঙাইবা ফংজদ্রিবা হমেংমচা অহু ইবুধৌগী লাইশঙ মমুংদা ইনশিনখিরমই। হমেংমচা অহুদি মহুমক্তি খল্লমদবনি। নিতৌগী য়াচঙলকপা মতমদা মপু অহুনা অনৌবা মনামশিং ইনবি-বনি অহুকলুনা তৌবা মপুমক য়াঙরিঙৈদা লাইরেন মানা করি তৌজরদগে খল্লা মিপাইরবা পুক্লিংহু ফাজিন্দুনা মপুহুদা য়েংহুনা লৈ ইবুধৌদি নকশিল্লকই। হমেংমচা অহু মমৈরোমদগী য়োংশিনখি। নাম্থোকক্কম লৈত্রবা খয়াং অহুদগী হমেংমচা অহু ঙম্নি ফাওবা খোংলমই মে মে লাওনচ ময়াম্না কুম্মে ওইনা য়েংনৈ মোমোন নোক্লা। অস্লুম্না খুঙ্গংগী শাঙাম্ব ফনা য়াম্না তাকশিল্লক্রবনি। শা ঙাহু য়োংলুরবা মতুংদা ইবুধৌনা লাইশঙগী উখোকতেন্দা য়েংতুনা লৈ। উমংগী শা ঙা থিবদা ফংদহুনা চম্না কয়ামক্লম হেল্লরবা লাইরেন অদো ঙসিদি লাইশঙদা ঙাম্থোইবদা নতনা হাওবম্ব হেল্লবা মীগী ইজ্জৎ সনমানম্ব ফংবাচ মুকহেনবু হেন্দোক্লিংত্রব জাংনি।

অমরোমদা মীনা কৎলবা পৈশাতনা লুপা লিশিং তরাগী মথক্তা লোকপা ঙমগ্রে অমদি লাইদা কৎলবা অথেনপোৎতনা চাক ইঙ্খাংম্ব মতা অমা ওইনা হাওগৎলক্লি। অমুবগী ফিরাল মমায় চুমকপা

মতমনি হায়না লৈকাইনা কল্লক্না ঙাঙনরি। কনা অমনদি কানা কানি ঙাঙনৈ লাইরেন অদু অমুবগী মঙদা লাকপনি অদুগা কারনবা হায়রম্বনি অদুদগী অমুবনা মঙতাক য়াল্লা তুংইন্না চংতুনা লাইদু ফারুবনি, অসিনচিংবা।

অহুবু, ঙসিদি করি তৌরবনো খংদ্রে য়াবৈরেংদস্ম শক্লাক্ত্রে, লাইমাঙস্সু ফমদ্রে মীস্সু অমত্তা লাকখিদ্রে। নিতৈগী ওইরবদি 'হায় হায় তাইবঙও ইম্মুংয়ায় চাওদবী' হায়দুনা মাইবী খোল্লোবী কয়ানা লাইবাও লাওথরকপদা মুপী অচাংশিং য়ুমদা অনত্তা লৈন-ব্রোইদবা মতম্মি। মুশুক মুশুক ঙাংনৈ। লাইপুদু থানানা ফাখ্রে।

অতোপ্পা খুলগী মীওই ওইরমালে ফাওবা শেংপা মুপী খরা অথেনপোৎ পুরদুনা লাক্লি। নহরোল খরা অনম্ম হমেং মচা অমা পুরদুনা লাক্লি। লাইশংদু মাইবা মাইবী কনাস্ত্রে লৈত্রে ঙসিদি। লাইবুংদুগী থংনবা ইংখোলদা শৃমাঙ ব্রাই শাংলিবা খুঙ্গংগী লাইরিক লাইশু হৈবা মীরক তিনবা য়াইস্কুলদ্র কৌরদুনা মুপীশিংদুনা লাইশঙ মপু মাইবা মাইবী কদায়দা চৎখ্রবগে হায়না হেক হংল্লুরে।

শুমজিৎ অদু থম্মদুনা য়াইস্কুলনা খুম্মকই,—

ইতৈমখোয়, ইবুঙোখোয়, লাইথুরুম্বা লাকপিবা ওইরবদি লেংঙো, ঙরাং লাইরেন্দুনা নাম্মোকথ্রগা ঙাংবমগী অসি শনবীদু মচাপোক্তুনা লৈবদু য়োৎলুবদগী ব্রারু-মুংজু থোরুদুনা ঙাংবম ইমুংনা হাংথ্রে। অমুবনা থানা লাক্তুনা পুথ্রে।

নুপী অমনা খুমকই, শিদবা! শিদবা! ইবুংঙোবু হাৎপ্রবা মথুং পাপী অদো লাইদা লঙজবদগী দোষ পুরোহিতা মখোয়না তৌরিগদবো। ইবুংঙোনা মখোয়গী শন্নাওদু ফংবিখিবহুদি মখোয়গী মরায়দক ফবা নত্রা?

য়াইস্কুলনা খুমকই,— ইবুংঙো নখোয়নে, লাইরেম্মিনে উমং রাংমংদা পংলে লৈজনি, কলিসিদবু লাইবু অস্টক লায়না উবা য়াব্রো? লাইরেম্মে, য়েংনৌংলগা জুদস্তু লাইরেন অনিথক লৈবনি, চাবা ফংদতুনা শিবা ঙাইরিবনি। অথেনপোৎশিংদু লাইরেন্দা কৎতবা য়াদে হায়রগদি জুদা চৎলগা কৎপিরুচো। চাবা ফংদ্রবা জিবশিংদা চিঙ্গাক পীজবদি জিবগী সেবানি ঈশ্বরনস্তু শোয়দনা চানগনি-মৈহেস্তু চাওরনি।

মচিন্দা ওঃ হায়না শোল্লগা নুপী অমনা হায়রকই,— অশিবা মশা অতুদি কদায়দা চৎগ্রে অমুক্তং দর্শন তৌজবা য়ারোইদ্রা?

—ঙসাই অংুক চরোয়বুঙগী খুল্লাকপা লাক্তুনা পুগ্রে, কিলোদা তরানিপান তরানিপান্দা য়োনগনি হায়রম্বনি মশীঙ্খাতুদি চান্মদগী তারোইকাস্তু হায়রম্বনি।

ঙসাইমখৈ করিমত্তা ঙাঙবা তৌদনা তারম্বা নহারোলশিংদু হমেং অতু নাল্ল নাল্লহুনা থোকখি। মখোয় ময়াম মরক্তগী অমনা ময়ামদা হায়, ভাই হমেংসি মপুদুদা অমুক হন্দোক্রুবগা পৈশাহুনা ইচে তেম্বীদা হায়নরবদি মিলিগ্রাম অহুম ফাওবদি কোহনি।

ময়ামন্থ হোয় হোয় হায়না খুমজনা প্রপ প্রপ থোকখি। মৌবহাশিংঙুস্থ মচীন্দা মুক্কম মুক্কম শোন্দুনা থোকখি।

যনগী খয়াৎতগী নাম্থোকপা ফংবহুদা মুংশা শোর অমত্তং হোন্দোকপা ওইরমালে হমেং অহু মে লাওনা অমুক্তং খোংখি।

# মাওথ্রবা শক্তম অমা

পাখং ওইরিঙৈ মুমিৎ অসিমক্তা পাং অসিদা খুঙ্গংগী পাখং লৈশাবীশিংগা থরো থমচেং হেক্তুনা পুক্নিংগী হরাও তয়ামবু থিং-ঙমদনা হন্নফম থঙদনা কোয়বমখৈ কোয়রুম্বগা মুংদাংদনা কারোংবম মনখোয়গী মমাঙ শঙ্গোয়দা লিক্নোন শান্নখিবনি। থঙই ময়তমক্তু হৌত্রে অওনবা কয়ামরুমস্থ লৈরম্মনি অহুগা পাংয়াহুদা চংলুদবস্থু চহী মশিং লাকঙমদ্রবনি। কৈনাহনবী, লৈয়েনতোম্বী, তমুবী-হোয়স্থু লোইনা ময়ুম পান্নরম্মনি, মচা মশূফাওবা লৈনরম্মনি উম্নবগী আশাস্থু লৈতে। অত্তুবু, কুইরবা মতুংসিদা চংনীংবা ৱাখল অমনা ঙসি পাংয়াসিদা লাক্লিবনি পাখং লৈশাবী কান্নবশিং কুম্মৈদস্থু য়েংলুনি হায়বগী আশানি। কৃষ্ণজন্ম মুমিংনি।

পাংয়াসি, অত্তুঙৈদদি পাখং লৈশাবীতনা নিনবনি। হিহোনব-শিংতনা হি অমমমদা ঙাইরহুনা পাখং লৈশাবী ময়াম তোংলনবা খোৎনি। পাখংশিংস্থু মানা মানা তুংশিঞ্জবা পৈশা পুনরক্তুনা হি অহোনমন পীনবনি। হান্না থঙনখিবা লৈবশিংনা থোরকপা ঙাইনৈ, থঙনবা লৈজদবশিংনা অতোপ্পা থঙনবা লৈজদবশিং থির-হুনা মপাং শেম্নগা হিবোং হিবোং হোন্দোক্নখিবনি, ঐস্থু কয়ারক য়াঙখিবনি। তমুবীগা লৈয়েনতোম্বীগা ঐগা ইবোম্বীশকা হি অমদা নোংমদি খোংবু ওইখিবনি। মুমিং অহুমক্তা থঙনখিবনি

তমুবীগা লৈরেনতোম্বীগা। থরো থমচেৎ থাংজিং হেবপা য়াবমখৈ হেকখি।

ঙসিদি কনাস্থ লৈরমদে পাং অসে, য়াম্না চি ক্লা উই। লীক্লোন শান্নবা লাকপদা খুঙ্গংগী লম্বীথোং লৈখোম লৈনাং থোক্লম্বদু ঙসিদি কোয়লাশ থারক্লনা তক্ল তনাল্লে। শীংনাং কপ্পোং অমাদ তৌ লাংতনা ইশোঙ শোঙলম্বা মফমদু ইকোক কোক্লহুনা লৌ উনরল্লে। পাংকি শক্লক্তি লম্বেলদগী ফনা তাম্না লৈরল্লে। পাংয়াগী চীংথমদু ইমং মংহুনা লৈরম্বদুগী মল্হংতা ঙসিদি ভিজ্যগী য়ুম ময়াম অমস্থ উরে ইকোক কোক্লে। লোয়নরক্লিবা মরূপ শ্যামদি পাখং ওইরবৈগী পাংকি থরো থমচেং চাবগী মুংডাইবা ফংহৌদে অদুনা অওনবা অদু মাদি করিস্থ খঙদে।

পূক্লিংদি ফাৎজরমই, অওনবা হায়বসে পূন্সি হায়বসিগী মওং মতৌ অমনি। মুংশিৎ-মুংশা, উ-ব্রা, নাপীশীংবী পূম্বা লোইনা ওল্লে। নোংমদি পাৎয়াসে লৈহাও লৈরেন পাম্বী অরাংবা য়াম্না হৌরমই। অঙাংবা অশংবা মচুতনা লৈতেংবা মুংশিনা হুইখোংনা উচিন্নাও উচেকশিংনা লৈহাও মহৈহু চাক্লহুনা হুই খোংলহুনা মহৌশাগী শুরদা খোম্থাং অমস্থ হাপ্লধ্বনি। শীংনাংলক্তা উরিৎ মকোল শারহুনা মুংশিংনা হুয়কপদা বা বা লাওবা শীংনাংগী জগোইদা উথুমগী ভাম্থাস্থ তাবা ফংলমই। তুরেল লৈনাসি হায়দুনা হৌবদা য়াখিদবদগী তুরেনপাংকি ঈশিং থকপা ফংদ্রবা নোংগৌবীনা গু গু খৌগংননা খোংলহুনা অরা মৈচাক পুরবা

খোম্থোক্না তেংথারকপদা পম্বা লৈতনা হৈথরকপা নোংলীক্লা য়েথরকপদা শীংনাং কম্বোংশিংদুনা লিংজেন মাংনা ঙাকথোকচনবা হোৎনবদা মুংশিংকা নোংগনা মীচঙ ওই কম্বোং শীংউৎকনা অমা ওই অরায় অথুমস্থ তৌনখিবনি। ইংখোল শম্বন ওইনরম্বা কৌবুলিয়া মপান লৈহী চুপ চোঙা অমুবীগী হরাও মথোইকাবগী শৈংহক তাখিবদু ঙসিদি চেক নম্রগা রাফক্কি শংলচাক্লা ঙায়রম্লে কৌবুলিয়া পাম্বী হৌরমদ্রে চোঙামুবী পাইরক্লে। থরো থমচেৎ থাংজিং পুন্নমক রারীতা ঙায়হৌরে।

অদুবু, পাংকি চিদাই অমদা মতম অমগী থম্বালদু মহৌশাগী শক্তম ঙাকপা ওইনা খরদি শাৎপগুম তৌরি। লান্নবনিনা অমমম-তম্থ হেকখিনবা হায়দুনা মরুপ অদুগা ঐগা পাৎয়াদা চংলকই।

পাৎয়াদুদা অহল অনিথক পোংফম ফল্লি। ঐখোয় অনি উবদা খরা অহল ওইরবীদুনা হায়রকই,— ইবুঙো ঙসি পাৎয়াদা লাকপা পাথং হায়ববু নখোয় অনিতা ঙায়রে, লাও ইমাগী তখেল্লেসি অমমম চিল্লরাওসে।

ঐনা নোক্লুনা খুমই,— ইমহান ঐদি পাখং হায়লোকচরে; ঐগী মরুপসিদনি পাখং ওইরবদি, মঙোন্দা ওইনতুম পীবিরো।

হম্বুবীদুনা অমুক হায়রকই,— অমা খঙদে, অমা খঙদে মুপীস্থ নিপাস্থ ঙসিদি, পাৎয়াদা অমক্তা লাক্লে অদুনা ইমা নখোয় অনিদা তখেল্লে নাচোম অমমমতা লানগে লাওনে।

মরুপ অদুদি ইঙক ঙকই। ঐনা লৈ নাচোমদু লৌশিম্নবা হায়রমই ঐস্থ অমা লৌরমই অদুগা হম্বুবীদু পেন্ননবা নাদা চিল্লমই।

হনুবীতুনা উরগা নোকচরতুনা হায়রকই,— তো জরম মাল্লেদনা মথন্তা মখা তাজরকই,— ইশুমুপী মরিনি লৈরিবসি লোইনমক ইস্ফালদা মোটোর মনীংদা হাইগৎনখ্রে। ইপা ইপুগী জরম মুনিৎতা পাৎতা কোয়বা লীকোন শান্নবা লোইনা তেংকখ্রে। পাৎতা তাবা উরোক হাঙাই ফাওবা ফা ফাতুনা চাবদা অমত্তসু লৈখিদ্রে। মুংশিদা মুম্মিৎ অদো, মথন্তা শোল্লি।

হনুবীতুনা য়োল্লিবা পুংদোল খরা লৈরে। মতু চানা চানা হংলমই,— ইমহান ঐস্ম ঙসি পাৎয়াগী ফজবতু য়েংগে লাকপনি, নহালব্রাইদি য়াম্না লাকখি। ইমহান খোয়গী মমাঙ লৈকাইগী তমুবীখোয়না লৈশারিঙৈ ব্রানি ঐস্ম মতমতুগী পাথংনি।

হনুবীতুনা হায়রকই,— থীদা য়ানিমচাসিদি তমুবীদো শাগেগী ইচাশিংনিনে। কদায়দগী ময়ুম পানখিবা অমুক কুইরপোৎপু, মুংশিদা ইচাদি কাওবা ঙমদ্রবোরে।

অমুক মখা তারকই,— মরম একখ্রবা ইচানি শক্লা ফজরিবা গুম্না লৈরিবা অতুবুনে, মরায়বক ফজবা হায়বসে মমান কৈনাম্নবা এস ও ইঞ্জিনিয়ারদা ওঙবা য়াওনরিবনি মশাসু মহৈ মশিংদা ব্রাৎপা নত্তে অতুবু, মহা হিংচাবা অমদা ওংখ্রে থবকসু শূনিংদে, মীরক্তসু তিনদে চন্দালদো ফমুংদগী হৌগৎতন। ফতন শাতুনা লৈরিবসে চহী অহুম পূরা কারে। ঐনা হংলনই ঙরুতুনা,— ফমুংদগী হৌগৎতে হায়ববু ঙমদবজাৎলা ?

—কদায়দগী নাজরুগবনো মশাকা ছুপ ছুপ লাওরদুনা অমুক্তোইবা হূই ইকাইদবদুনি, ইরোই নিংথমদনদুনি মনেম্বোক মকুবোক লাকপা ফাওবা হৌগৎপিরকপোৎ নত্তে। কদায়দগী মবোকশিবদা ফাওবা য়াওনবিরকপোৎ নত্তে। হনুবীদুনা মখা তারকই,— ইবুঙো ইচাদু মশাম্ব নহা ওইরিপাৎনি অদুবু, ফৌগু লালানবদা পাৎকি ঙা ফাবা, কোম্প্রেক কম্বোং থিদুনা শিগৈজলদু থাকুবা হোৎনবদা মীরক তিনবা ফংভদ্রবনি। মথম্বা শোল্লি ওঃ পাশ্মুইদা ইচাদো।

হনুবীদুগী বারিদু তানা তানা তমুবীগী শক্তমদু ভাবনা শাজিল্লি। অদুঙৈদদি ইঙাও ঙাওরদুনা ভাব মেন অমত্তা হেক ইতা তাদবনি। মাফম অমম্ব নিংশিংলকই, অসিগুম্বা মুমিৎ অমদা পাৎয়াসিদা বরফ য়োনবা অমা ক্রোক ক্রোক লাওবীদু খীঙল খীঙলদুনা লাকখি। মানা বরফচানি বরফচানি হায়দুনা ক্রং ক্রং চোংই। ঐনা বরফ লৈবীরমই। মানা চাবমখৈ চারুবগা হায়রকই,— ঐদি হয়েং বরফয়োনবদা লৈনি, বরফতা চাদুনা লৈনবা।

ঐনা খুমখি,— শোয়দ্রেহৈ, বরফয়োনবদা হেক ওঙলুবদা নঙনা অমত্তংকা লেম্না চাবা য়াবা হায়য়ে, লম হেল্লগা লীচৈনা চিংথরকদৌরিবনি।

হনুবীদুগী বারীদু য়াম্না মুংঙাইবা বারিদি নত্রে অদুবু, মদুম্ব পুল্লিগী বারী অমনি। তমুবীদু য়াম্না উনীংই অদুবু, চৎদুনা উরুবম্ব লমদমসিদদি চৎনদবনি, অদুম উমদবদা তারে।

উচিন নাচিম্না ছি অমদি ফংলে মরুপ অতুগা ঐগা তোংখৎ-লে। থম্বাল মরক্তা হোঙ্গিন্দুনা অমা অনি হেক্তুনা লৈরিঙৈদা পাৎয়াদা লৈশাবী অনিথক ছাটিন অমমম তুপ্তুনা ঐখোয়রোমদা য়েংতুনা লৈরে। চৎমিন্নরিবা মরুপ অসিদি পাখং অরিবনি। লিবা লিদবা হায়বসি চহীগী রানি মখোইদদি পাখংনি হায়বগী অশেংবা শক্তমদি লৈবা কৌবনিনা লৈশাবী অনিতু উবদা খরা হরাওনা উই। ঙসাই ঐনা পাৎয়াদা লৈশাবী ময়াম উহনগে হায়তুনা হৌতুনা পুরকখিবনি। মহাক ঙসাইদগী লৈশাবী অমত্তা উদবতুদা শূকথতুনা লৈরম্বনি।

হিতু পাৎয়া য়োরে। লৈশাবী অনিতু হরাও হরাও। ঐখোয় তম্না চঙলকই। লৈশাবী ঙাক্তনি ওন্থোক্না ইচঙ থোনা চঙশিল্লকইদা হায়তুনা খল্লুই। পাখং হান্না থেংনহনবনা ফৈ হায়তুনা ঐদি লৈথতুনা লৈহৌই।

লৈশাবী অমনা মরুপ অতুদা হায়রকই,— পাবুং থম্বালতু অমমমতা পীবিরমঙনা হোরেন ঈরৈমা হরাওবদা কৎকে ত্রৌবনি পাবুংখোয়গীস্ত বর নিবিরক্কে।

মরুপ অতু তৌফম খঙদনা চঙক্লতুনা লৈ। মা য়াম্না হৈনদ-নস্ত উরে। ঐনা থম্বাল অমমম লৈশাবীশিংতুদা পীরম্লে। পাখং ওইজরিবা মরুপ অতুদি মমায়কা ইনক মকশিনখি। শৃঙ্গার রসদা থাংবা হৌরুবা খোঙথাং অমা মমতা রসলোমদা থৈখিবতু মঙোন্দা অকনবা চৈনা ওইনা থোক্লুরমালে।

অওনবা নত্তনা করিস্থ উবা ফংদ্রে চরোয়না তেত্থু খোংবা, ক্বাক্লা লানবাও শীল্লকপা, উরোক পরেং পাইবা, তেনবা শঙ্গু চাক্লাবা, চীংয়া তময়াদা মালিকা কুণ্ডো তখেল্লৈতনা লমদমসিগী শক্তম অমা ত্তোপ ত্তোপ্পা উৎলম্বত্থ মতমগী অওনবগা লাম্থেংনবদা মায়থীরম্মে।

লান্থলগী চিদাইদা পীব্লা কারিবা কৈথেল অমদা মী ময়াম অমা ওমশিন্নরি। চৎত্থুনা য়েংলুবদা খঙলে, লুংগী শেৎপা টুপি উপ্পা কোইজোম্না অমনা লমথুন্থু অহিংবা জুরা অমা মখোঙ অমদি মশাদা লং কিশিল্লগা পায়রি ময়াম্না মমল হুন্নরি। লুপা তরামঙা, লুপা তরানিপান মথং মথং।

ব্বাথল অমথক থল্লকই, নিংথমথাগী মতমদা শূমাঙদা কুক্রুকু খোংত্থুনা জুরা জুরা চেঙ হব্রাই খুনবা লাকথিবা উচেক্রুনি। অহলশিংনদি মখোয়সে ঐখোয়গী ইপা ইপুনা ওনবনি হায়না তম্বীরকই। মত্থগী ব্রাফমদুদি থমখো।

লঙঙ্গা ক্বাক ফাওবা ফাদনা চারবা কানসিদা অসিগুম্বা ভুংশিরবা মরাল লৈজদবা উচেকশিংসি ফাবিগনি হায়না কিবদগী লোইনা পাইথ্রবনি কদায়দগী কোইজোম্বদনা কদায়দগীনো ফাক্ল- রিগালে উমংগী শা উচেক য়োকথৎপা অমদি অকোয়বদা লৈবা মীওইবগা তৎন থানবা য়াদ্রবা হৈপাল লৈপাল পুম্না কোক- শিল্লক্রে। অমদি মহৌশাগী নিংথিজবা অসি য়োকথৎপদা ঐ অমনা করিস্থ ত্তোবা ঙমদ্রবস্থ উচেক অনিসিদং হিংহনবা ঙম্মবদি, মহৌশাগী

শক্তম য়োকখৎপদা মতেং খজিক্তং ওইরবস্থ পাংবা ভয়ে খনবদা লুংঙাইবা অমা পূক্লিংদা পোকচবা য়াই, রাখলসিদগী উচেক অনিদু য়ায়া হিংহঞ্জিংলক্লে।

ঐনা চঙতুনা উচেক জুরা অদু পৈশা পীদুনা লৈরে, ময়াম য়েংনৈ, মতীন য়োৎনৈ। উচেক্কুগী মখোঙদা পুল্লিবদু থাদোক্লে মমিৎ অদুনা ঐঙোন্দা য়েংলকই। শিফম থোরবদিনা মখোয়দি শিনবা শেম শাগ্রবজাৎনি অদুবু, ঐনা মখোয়বু থাদোক্তুনা পাইনীংবা মাইগৈদা পাইহনখিরমই। মদু ভাউবা খরনদি ভর্থ স্বাওদবা থৌওং ওইনম্ব উই খরনা তফাওবা শাবা ওইনম্ব খল্লি অদুবু, পূক্লিংদদি লুংঙাইবা অমা ফাওরকই। মফম খঙদনা পাওরো অমা নিংশিংলকই,— 'অমম্বা কা অমবু মমই হায়না রা-রেম ভাঙগদৌ শরুক অঙম্বা খোইরু থাউমৈ অমত্তা ওইরবস্থ থাল্লন্দু মদুনা মম্বা খরতা ওইরবস্থ কোক্লগনি।

য়ুমলোমদা হল্লক্লমই। মরুপ অদুনা শোয়দনা হংনিংলম-গনি 'মদুরা নঙনা লুংঙাই হায়না লীখিবা রারিদো'। অদুবু রাহং-দদি হংলক্কে করিগুম্বা হংলক্লবদি ঐ পাওখুম তাদত্তা পীবা ঙমদনা চঙক্লরমগনি।

# শায়োকশঙ

চাংখৈনা ফীহুপ হুল্লকপা মতুং অমম অঙান শিন্নবত ঙায়রিবা মতমসিদা উক্লতনা লৈচিল খাংহল্লহুনা চাঙরবা মরেপ্পুগী হেল্লবা শুনজিৎ অহু পায়রহুনা কৈথেলগী নালা মনাক্তা সহরগী ব্রাই চাইরবা মকুম মকাইশিংহু শাংচিন খোমজিন্দুনা মথোদা পুক্লিং চঙলি থম্বালপোম্বী। অহিং য়ারেকপা কৈথেল ঙাক্লবা লৈরিবা খুৎলাই পায়বা সরকারগী লোয়শঙগী অঙম্বশিংস্থ য়াহৌ ঙম্নরহুনা থম্বাল পোম্বীগী নাক্তা য়া য়া ইল্লি, করিগুম্বা মুমিৎতদি লরুহুনস্থ শাংহল্লি। নহারোল কয়াদি থম্বালতোম্বীগী য়েংহুনা য়াহৌ ঙম্নরপোংনি। অহুবু, নহাক্তি খোইনা নাচুংলুবা লৈতে, মাগী মথোদা মপুক্লিং অহুম চঙহুনা লৈ। য়াহৌ ঙনবা অচৎ অওকশিং মীয়ায়কা চল্লবা কাংবুনদি থম্বালপোম্বীবু উবদা 'মশা নহানিনহৈ' হায়হুনা মুংশি মুংশিনা শোন্নবী। নহারোল খরনদি 'ব্রাই শাংপিমক ওইরবস্থ মথুম মরাং হৌইকো হায়হুনা লাওরম্বস্থ য়াওই।

তশেংবস্থ থম্বালপোম্বীগী নহা ওইবগী শক্তম অমদি মাঙদনা অদুম লৈরি, মহাক্কী হায়ববু ব্রাখল খরা চোইরপ তৌবগুম্বা অমা মানবসিদনি। মানা ঐবু ইহান হান্না উবা মুমিৎতুদা' হোটেলদগী চা অমগা তল অমত্তগা লৈরম্মনা হায়না খংহায় হায়রকই। অহুক য়াম্বা অচৎ অওক কয়াদদি মহাক নোংমতস্থ বা ঙাংবা উদে।

ঙসি মীয়াম্না রাখল চোইরে হায়না হায়বিরিবা থম্বাল-পোম্বীসি অতোপ্পা শক্তম খরদা ঐ হাম্না উখ্রে অদুগা মশকস্তু খঙই। ঙসি মাগী মতৌসিদা খঙশিন্নদবগী রানি। ঐনা নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্কী হয়া চাবা চৎপদস্তু মাবু রাইশীৎপী তমগী শক্তমদা উরিবসি নুমিৎ মশিং ফনা য়ান্নে অদুবু, মানদি ঐবু ঙসিতা উবা ওইনা তৌই। অহানবদদি মানা হায়জবদ, তাশিন্নদনা চংলবনি অদুবু, থম্বালপোম্বীনা ঐবু তরাই তরাইনা থাদোকপদি তৌদ্রে। চেনবোই করিবোই লাল্লগা তমুক্কস্তু ঐগী মাঙদা চপ লেপ্লগা হায়রকই,— চা অমগা ভল অমগা লৈরস্মো। হন্দক্তি মাগী মখোল অদু খরা মেঙথরকপগুম তৌই। মনাক্তুদা লৈরম্বা ঐঙোনদগী চহী তরেৎ নিপান হেন্না হল্লমগদবা মশা নানবা নিপাদুগা পাখং মচা অহুমগনা করেম কথাইনবগী মওংদা নোল্লকপদু তাবদগী তুং ফং ওন্তোক্লুনা য়েংই। মখোয়গী মীনোক অমদি মীৎয়েংদুগী আর্থ কুপ্পা থাগৎলুদ্রবস্তু পূক্কিংদা শীঙনবা অমদি পোক্লে। থম্বালপোম্বীদা ওনশিল্লগা আদগী হোটেলসিদা লাকউ হায়রম্নগা ঐ হাম্নগী খোঙ-থাংদগী খরা কনখৎনা থাংবা হৌরে।

য়াহৌ ঙনবা কয়াগী ব্রেক ফাষ্ট তৌননবা ফোং ফোং শাবা পুরি অমদি চা লোল্লদুনা হোটেল মপুশিংনা ধুপ থারদুনা লক্ষমীপূজা তৌবা হৌনরক্লবা কান অমনি। কনাগুম্বনা খুলাংখাং লাইরেম্বী ইমা ইবেমা ওইনা নীংবস্তু য়াওনরি। মীস্তু মরী মরী চংনরকপা হৌরে খরা অমনা থোরখ্রে। ভল অমগা চা অমগা লৌনবসি

চৎনবী অমা ওইরে। থগ্নালপোম্বীবু মচীনথংবা ফান অমদা ফম- হল্লগা তল অমগা চা অমগা পীরক্লবা হায়রগা ঐনা চা অমা পায়রতুনা অতোপ্পা টেবল অমদা ফম্নগা মুপী অতগী মতৌ য়েংতুনা লৈ। পুথোরক্লিবা তল অত্তু হাওনা চারতুনা মহাক ফম্নি চাতুস্তু মরক মরক্তা থক্লি। চৈরকসিদা নিংশিংলকই তল চারিবী মুপী অাসগী লাইনীংবী অমা ওইরম্বগী শক্তম অমা।

চহী অভাং ওইনা চন্দোন চবা লংনা থিল্লবী, অকে অমৌগী মমি অমত্তা মমায়দা তাদবী, ফিভৌ শেৎপী সংসার থাদোক্লবী মুপী অমনা লাইগী লৈশ্ লেংখে লেংউরগা লাইশঙ ব্রাই তৈরম্নগা ঈশ্বরগী মিংলেম্না থম্না ইরবা ধর্মগী লাইরিক ময়াম য়োম্ননবা লৈরক কোম্লাং থুংনা চৎপী অমা। থৌ লৈতবা, মমা মপা কয়ানা ব্রারকচেৎনা য়োক্লক্লবা, ওঝা গুরু মনাক নক্লক্তবা, শোরোক মচীন্দা লেপকনবা নহাশিংনা মহাকপু লক্লবী, 'লুকোকপী পান্দৈবী দক্ষিনা য়ামদ্রে ব্রারোবী'। মাদি মাগী মথৌদা মপুক্লিং অতুম মচংভী। ঐ মকস্তু মভোন্দগী লাইরিক অমা লৈখি।

নোংমদি লাইনীংবীতুমক অভাংমচা অমা পোরগা, মায়হীং কারবী চাজেনবী, অরাবগী চৈথেং ফংবদগী মায়থোঙ কাহৎলবী মপুরোইবনা ইস্থোক্লবী তোল্লবী মুপী অমা ওইনা অভনবা অয়ুক অমদা লাকখি। মাগী সমস্যাদি মা অমস্তুং নঙ্গনগী মচাতু ছিংবা য়াননবা মপুরোইবতুদগী থাগী শেল থল্লা খরতা ওইরবস্তু ফংবা য়ানবা শীনবিয়ু হায়বা লাকখিবনি।

তল অমত্তগা হাপ্‌হনখিবা।

ঐগী ব্রাখলত্তু কায়রমই ! গ্লাস চাম্বা নিপা মচাত্তু ইনক নক্লা তল অনি অহুম হাপ্পা পুখম অমা পায়ত্তুনা ঐগী ইঙ্গিৎ ভাইত্তুনা লৈবা উই। ঐনা বা অমত্তা ভাংদনা ভক হাইত্তুনা তলত্তু হাপ্পনবা ইঙ্গিৎ তৌই। ইকাইবা মীনোক অমা নোক্লত্তুনা হাপ্রকইবা তল অত্তু চখোম চাওনা হুকচিল্লগা থম্বালপোম্বীনা শোম্বাংননা হায়-রকই,—'ভরাং মুংদাংনে চাক চাত্রবা, পুকসে থবং তৎলে'।

মহাক তন্দু পূক্লিং চঙনা হাওনা চারি। নোংমগী মুম্নিৎ অমদা অভাং পোরত্তুনা লাকখিবত্তু অমুক নিংশিংবা হৌরগই। মানা লীরকপা বারীত্তু তাবদা ঐ চমম্নখিবনি। মানা লীখিবনি,—মাগা হান্না লৈখিন্নরম্বা নঙন্দা পোরিবা অভাং অত্তুগী মপা অত্তু, মাগী মমাগা পোকমিন্নবা মাম্মনি। অফবা, অথোইবা, অহেন-বতবু পামজরুরবস্থ মুগী অত্তু মনৈদদি মাগী মাম্মত্তুগী মফমদগী লাপ-থোকপা য়াদবা মতাং অনদা মাগী মুপী ওইননবা চেনবা তারনই, অত্তুবু, লুহোংবদি হেংখিদে। খঙন চান্নবশিংনা তুং কোইবা য়ারোই নাখৈ অমা শেংনা নিপা অমগা লুহোংহৌনবা তৌবা ফে হায়না শীন্নরত্তুনা মশা বাই শংদবা থা মাপল ফারবা কান্দা বাং-জিংদগী খুত্তম য়ারগে হারত্তুনা য়ানরবা নিপা অমদা অমুক চেন্নমই। অনৌবা নিপাত্তুগী ময়ুমদা অভাং নিপা অমা পোক্লমই। অত্তুবু, লাইবক থীবদি অভাং অত্তু পোক্লবা মতুং থা খরা লৈরগা অকোন-বগী মাগী নিপা অত্তু শিদোকখিরগই। মহাক মপামদা হন্নকপদা

তারমই। হৌজিক মহাক্না অভাং অহুগী ঈগী মরীদদি অশেংবা মপা ওইরিবা মাগী মাম্মহুগী মকমদগী অভাংদু হিংহনবা মতেং তাম্লিংবগী রানি।

মহাক মতেং ফংবদি লায়রবনা মীচে চাহুনা তোকখিবনি। লাইনফাওবা মাগী অরাবহুগী মতেং পীরকখিদ্রে অমরোমদা মীগী মীনোক মীশা কয়া খাওবগী চৈরাক অমহুম পীরকই। মাগী মরাল হায়ববু চাউখৎপা সমাজসিদা চৎনরিবা শেংলবা লুহোংবা হায়বা সংস্কারসিবু খোঙ্গাওনবা মুপী অমা ওইরুবহুনি। মহাক থম্বাল-পোম্বানি।

নোংমা সিভিল সপ্লাই ওফিসতা অভাং মনা হুৎপগী ক্ষের হৌননবা চিনি কিলো কুনমুক্তং ফংনবা পার্মিট অমত্তং লৌগে চংখি। মীনা কুক কুক ইম্নরমই ফংবগী আশাকা অনত্তা উদ্রবদা চানগী পার্মিট অমা ফংহল্লকখিবা মুপীহু থম্বালপোম্বানি। মহাক ময়ামগী চিনি, য়াম, চেডনচিংবগী পার্মিট তান্নবিরগা পৈশা তাল্লহান অহুবু, ঐডোন্দগীদ পৈশা লৌ য়াখিদে এন। নমহুনা পৈশা খরাদি পীরনই।

মাস্থ তল চাবা লোইরে, ঐস্থ চা থকপা লোইরে পৈশা পীথোক্লম্গা চৎলগে হেক তৌবদা থম্বালপোম্বানা হায়রকই,—'ঐস্থ উচিন নাচিম্না থবক অমদি ফংলে। ঐথোয় লৈকাইগী তাদা কমিস্নার ওইবা অমা লৈ হায়বা, মানা হাম্লিবনি, থা অমদা চাম্মরিদি ফংই, ফত্রনে। থবক্লগা ফংবা বারকানসিদা থবক্না চীলহাও থিবা য়াপোৎ নত্তেদা।

ঐনা খুমই,— চুমগ্রবরানি, অঙাংদুদি কয়াম চাওরে ?

—'লাই কৎথোকখ্রে' ইরায় লায়না ঐনা হংবফাওবা লোই-ফাত্রিঙৈনা মানা খুমকই।

ঐস্সু মখা হংলুদ্রে, হংলুরবদি ব্রা শাংথরকপা য়াই। চৎলগে হায়না খোঙ হেক থাংদোকপদুদা থম্বালপোম্বীনা ব্রা অমত্তা হায়-খিগে হায়দুনা ঐবু খামই।

মানা হায়রকই,— নখোয়দি সমাজগী মীরকত্তিনবনি, ঙসিগী সমাজনা ওল্লকইবগে নখোয়বু উদবরা ?

ঐনা নোঙ্গিংনা সোনো চুরবী দুপী অমগী চোয়রোলনি খন্দুনা ইথৌ থৌওইদনা হংই,— করিবুনো ওল্লিববো ? অদুগা পুসি হায়বসিদি ওনবা তাইনা।

মানা হায়রকই,— মতম অমদদি শা ভাবু শারংদা থম্মগা মীনা য়েংবা চৎনরমই, নত্রো ?

ঐনা খুমই— চুমইনে, জু হায়দুনা সৈরিবসিনি।

—অদুবু, ঙসিদি তাইবঙ মীশিংবুনা শায়োকশঙগী শারং মম্নুংদা থম্মে অদুগা শাশিংনা ওইনা শায়োকশঙ পাম্নরে। অদুগা খরা শোন্দম নাদম্বাশিংবুনা থিরগা শরাক তমহল্লে, মসি নখোয় নোংমত্তা খনবা য়াওখ্রবা ? মাগী মখোল অদু খরা খরা অম্মম কনখৎলকই।

ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা অমুক হায়রকই,— অশোনবা হায়বসি পাপ অমনি কাওনুকো। মানা মখা তারকই,— ঐগী ইচানিপাদুস্সু

ঐনা শোনবদগী শিখিবনি। ঐনা কৈথেলদা থবক শূরিঙৈদা কৈথেল মরক্তা শাম্নহুনা লৈজবনি। চাক লায়কপদগী কৈথেলগী অমোৎ অকায় মরক্তগী হাইদোক্লুনা অচাপোৎ থিজরুবনি অহুদা অমোৎপা মপৈ অহু নীংখায়রক্লুনা ননশিনখিবদগী শোর ফুন্দুনা শিখিবনি।

হন্দক্কি ব্রারোবগী খোনফম অমস্থু য়াওই। ঐঙোন্দা বা ঙাঙলি হায়বা কাওব্রমালে ফুক হৌগৎতুনা চৎখ্রগা শুমজিৎ অহু পায়রগা ঙাও ঙাংলহুনা হোটেল মমাঙ অহুমক্তদগী অমুক শীৎপা হৌখ্রে। ঐস্থু চৎপা হৌরে।

কৈথেল ময়ায় ম্নোবদদি কৈথেল থুগাইরে হায়হুনা বা ফুলাওনরমহ। মুপী ময়াম অমা দুকান খোঙ হাংগনু লাওরি। হংনবদা হায়নরকই,— মমা অতোপ্পীনা শীন্দুনা ফত্তবা নিপা অমগী মফমদা মশানা য়াদবী লৈশাবী অমা নমহুনা ফাহনখিবহু থোরী য়ান্দুনা শিরম্লে। ময়াম্না হায়নরকই, মুপী অহু ওৎ নৈবিরগা হাৎতোক্লগা থোরী য়ানশিনবিবনি। নিপা অমদি অততাই হেক ওইবমখৈ মম, অতোপ্পীহু ফারগা দণ্ডি তৌননবা লাওরি।

দুকানস্থু খোঙ অমত্তা হাংলরোই, য়ুমলোমদা খোঙ থাংলকই। নাকোংদা তারকই থম্বালপোম্বীনা হায়খিবদো 'মীওইবনা শারংদা থম্বীরে, অহুগা শাশিংনা ওইনা শায়োকশঙ পাম্নহল্লে'।

খবর য়োনবনা লাওরি খবর! খবর!
মুপী অমা থোর য়ানশিনবিরম্লে!
মরাল লৈবা নিপাহু থাদোকখ্রে
খবর! খবর!

# নংস্লু অদুম তৌরমদে

খ্বাইরম্বন কৈথেল মসুং গাড়ী অমত্তা চংহনখিদ্রে। চৈরাওবগী মী চিনবা খরা হন্থনবা ওইরমালে। কৈথেলস্তু মীনা চীক্লা চায়না ওম্লদ্রে। ইঙ্খাং-নাপীগী অরেপ্পা মমল লৈতে ময়ামস্তু পংলৈদা লৈনৈ। চিল্লবা মীয়াম মরক অসিদা ঐস্তু কৈথেল কারিবা মী অমনি। কৈথেল কায়গদবা কুইদ্রবজাংনি ঐদি য়াহৌ থেঙ তারে। কৈথেলগী কাও অহুস্তু পোংলক্তুগী ইঙ্খাং-নাপী লাক্তুনা চারী, কনা অমনা ঈশিং চাইহ্নুনা তাল্লি। কৈথেল মসুংদা কম্বা চন্দবা কাংবু অহুনা সোরোক্কী নাক য়েংত্তা পংফমদা কমই। মুংশাস্তু হায়নীংঙাই লৈতনা শারি। খরা অমদি পোং লোইরত্তুনা চংন-নবা তৌরি। অনৌবা খন্না অমস্তু লাক্তুনা ফম্মি। গাড়ী চং-থোক চংশিন পাংরিবা থানাশিংস্তু ইমা ইবেলদগী খায়বত্তদা বোরাখাও পীক পীক থম্লরে।

চিল্লবা পোংলক অসিদা মুপী পোংয়োনবী অমনা য়াম্না খঙনা হেক কৌরকই। মিকুপ অমত্তং ঙকচাননা লৈক্লুরগা ঐস্তু সখি হায়না কৌরুই। মহাকস্তু পোংয়োনবী ময়াম অহুগী মরক্তা অমনি। হৌখিবা পুন্সিদা অমুক্তং লৈহ্নুনা হন্না য়েংলুই ঐবু নমহ্নুনা নিংশিংহল্লকই, শক্তম অমা রাই রাই তাবা নীংহুয়বা শম, লৈচন চানা শেম্নবা নাচোম অহুগা ওম্ফোক্লা পকচপ্রবা কীজোল মোইরাংফি চনবা চনাং থারবা ইন্নফি, থাংজিংমপালগী ফনেক

মপান্নাইবনা লৈতেংলবা বাংচাওরবা ফিভমচুনা ঐনা লাক্লিংদা অতোপ্পা পাখং কয়ানা অমগী মথং অমা ওন তৌচুনা থাবল চোং-লম্বনা থাবল চোংকম চঙকমদা। মঙক লৈ লৈচুনা। য়েংলম্বদগী ঐনা হেক লাকপগ, য়েনীং চুল্লকপা হৈনোমনা মান্নবা তগৎ তগৎ তেকপা খুৎশেমগী মচু অমত্তা তৈশিন্দবা চীম্বাল অতু মোমোন তৌরচুনা, থাবল চোংফমগী মৈঙাল্লকুগী মাতন। হেল্লবোই খল্লবা ঐনা নীংদোন পীং পীং চোংচুনা মা য়াওবরা লাংতক্কনা য়েংলকপদা মীৎচানবদগী নোক্লকপচুদি ঙাইহাক্তি সংসারসি কাওরুবা জাৎনি। মচুগী সখি অচুনি ঙসি ইঙ্খাং য়োনবী ওইনা লৈরমইবসে।

ঐঙোন্দা মহাক্না হায়রকই,— পুলৈকা, উয়েনকা, য়োংচাক্না থরা পুথোদনা, ঙসাইনা। ঙল্লিংদা লাকে লৈতচুনা পোৎ মমৈ ওইরেদো।

ঐস্থ মাগী মনাকতম্মা চংশিল্লে। মী কয়াস্থ পোৎ লৈননবা মমল চুল্লমই, লৈরগস্থ চংনখ্রি, ঐদি মাগী মতৌচু য়েংই। য়াও-শংগী অঙাংনা ইনবা য়াম্না পীকপা মচু শিথরবা জয়পুর অমা ইল্লি, মমায়চুস্থ মায়হীং য়াম্না কারে, কুচুস্থ পুমওন ওল্লবনি। হোংদ্রিবা হায়ববু মাগী মরেপ ব্রাং চাউবচুতনি। মহাক নোংমগী সখি অচুদি নত্রে। লৈদি অচুম অমা মচিল্লি, চন্দনস্থ নমই অচুবু ঐবুস্থ কৌ-শিল্লগা মহাক অতোপ্পা পোৎ-চৈ লৈবা লাকপশিংগা মাইয়োক্নরি। নোংমা সিনেমা হোল মমাঙদা মরূপ অমগা সিনেমা অমক্ত য়েংগে হায়চুনা লাকখি। মীদি হায়নীংঙাই লৈতনা চিল্লমই।

টিকেট ফংবগী মওংস্থ উদে। তাঙ্গা অদুদা কালা বাজার তৌবী অমগী শক্তমদা সখিনা ঐঙোন্দা টিকেট য়োল্লকখিবনি, ইকাই ইকি অমত্তা য়াওদনা। ঐনা মুমিৎচুপ্পদুমা পুক্লিং খোয়রাং খোয়শাও-নখি। মঙোন্দা করি রাৎপগে, লাইরিক্তবু মেট্রিক পাস তৌরগা মখা তম্বা তোকখিবগী বানি, সখিবু মুপী অমনি হায়না চাউখৎপা ইমুংগী মৌ ওইরুবদা গুন অমত্তসু রাৎতবনি। পুন্সি হায়বসি হেংবস্থ নাই, হোংদ্রবদি সংসারসি কদায়দগী পানবা য়াগদগে। ডাকু রত্নাকরস্থ ঋষি বাল্মিকী ওইখি। ঐস্থ মাস্থ মতম অমদদি পাখং লৈশাবীনি অদুবু, মতম তাঙ্গানা লাপথোক্লহনখি। কালা বাজার তৌবী মুপী মঙোন্দগী টিকেট অদু লৌরগা ঐনা শোম্বাংননা হায়রমই, — নংবু সি নত্রবদি তৌনীংঙাই ইরৈ লৈত্রবরা। মানা খুৎকাপ্পী কাপ্লদুনা হায়রকখিবনি, ঐ পাওতাক তাবা পেল্লে, নং টিকেট লৌগদবা ওইরবদি লৌ হায়বগী বানি, লৌদ্রবস্থ য়াই।

সখিনা কৌরকপদগী ঐ মঙোন্দা অমুক ওনশিল্লমই। মানা হায়রকই, — নংস্থ পাখং শানানবা ওইনা লৈরম্বদু তোক্তনা ইঙ্খাং নাপী লৈবা লাকই, ঐস্থ নোংমগী হিংননবা খরা চাবা তাবনিনা থবক মথং মথং তৌরম্বদগী লুকমায় পাল্লবনি, নং খরা ঙকপরা ?

ঐনা খুমই, — নংনা নোংমা তৌরম্বদুদগী সিনদি শক্লক চাম্মা হেল্লা ফত্রা ? নংগুম্বা শূবদা হলেংবা লৈত্রবা মী অমগা ঙসি উন্ন-বসিমক ঐগী য়াম্না মুংঙাইজবা অমনি।

পাখং নৈশাবী ওইরিবৈদা ভাঙনরম্বগা ঙসি ভাঙনরিবসিগদি তশেংনা লাপ্পরবনি। মাগী পোৎস্থ লোইশিল্লক্লে, ঐনা খরা অমা লৌরে। মানা রাহৈ খরদি হায়হৌই,— হিংনবা হোৎনরিবনিনে, ঐদা নত্তনা মী অত্থম অমগস্থ য়াওরিবনি, চাদবদি য়াদেদো।

ঐস্থ মখা হংনীংখিবনি, মাগী য়ুম্নৈ কৈরৈ মচা মশূগী মতাংদস্থ অত্থবু, হংদ্রবস্থ য়ারে খল্লকই মানা তৌরিবা মতৌসিনবু কয়াবু ব্রায়োং চারমগবনো। য়ুম্লামদা হল্লগে হায়ত্থনা রিক্সা অমা ফারমই অত্থবু, কদোমদগীনো তা কুল্লত্থ ইবুঙো ইয়াম্বস্থ য়াওরগে হায়ত্থনা হেক কারকই। তাকুল্লনা রারী হৌরকই,— ইয়াম্বস্থ হিংবা ঙম্ন ঙম্নবা হোৎনবদা অমুক্তোইবা মফম মরাং খঙদ্রে মাইবা শাত্থনা কয়া য়েংই কান্নদে ডাক্তরনা থুরক হাঙদ্রবা মতমসিদা।

ঐনা মরক থৎনা হংই,— তাদা কয়াম কুইরবগে মাইবা শাববো ?

এঃ ফনা কুইরেনা করিনো। সাইকল খরা অত্থক শেম্বত্থনদি করিমত্তা কান্নফম খঙপোৎ নত্তে। অত্থক বারবা মতমত্থদা অমুক না- শিল্লক্লনা তৌবদগী ডাক্তরকাদি কৌবা ঙমজদবনিনা খরস্থ খঙনবা শেলস্থ খরা কোম্বা তাযুগীদ্রোনা মনা মশিংনা লায়েংবিবদগী ফরক- পনি। অত্থদগীদি তা যুগীদ্রোগী মতুং ইন্দুনা ঐস্থ মাইবা অত্থম শাবা হৌরে। কদায়দগী খোংমনগী শেলুং ঈশৈ শকপত্থ লায়েংবা চৎপদা মানা তম্বীত্থনা লুহোংখোংদোংবগী বর কন্যা শেম্নবা ওইনা মরক মরক্তা ইয়াম্বস্থ মীরক তিল্লিবনিনে, মসিস্থ অত্থম মকাম্নৈ।

নহান্দি ইয়াম্বনা বর শেম্নবা চংলুবদা থরা কেনা উরুরমালে বরদগী বর শেম্নবনা হেল্লে কা হায়না লাওরকইপোংনি।

তা কুল্লগী ব্রারী তানা তানা য়ুম য়োশিল্লক্লে। ভাড়া পীননবা ফুরিংখাওদা হুম্বদা ডায়রি কদোমদগীনো তা বলদেবহু শং চঙ-লক্কুনা চৈরাওবগী পৈশা পীরনউ হায়না মখুং তিথোক্লকই।

তাবলদেব মশা মউ ফবদা ভারততি লায়রবুনা মপান লৈপাক্কা তান্নবদা মানা হেন্দুনা ষ্ট্রোংমেনগী উপাধি ফংলবনি। অতুবু, সরকারসিনসু অসিগুম্বা লৈপাক্কী মিংচং লৈগদবা মীসু য়োকখং-পিদে, মশানসু হোংনদে, অরেম্বদা কাংখথাড ওইতুনা মাঙগে। মানা পৈশা পীয়ু হায়রিবহু য়ুথক্লবনি। মহাক্না য়ু থকপা লমচং য়াওদবা ইজ্জং লৈতবা মী অমা ওইখিবসিমক সমাজসিগী অমাংবা অমনি, নোংমদি মীশক মীমায় থঙবা মী ওইরম্বনি। মঙোন্দগী নাম্বোক্লবা পৈশা থরদি পীরম্বা তাই। ঐনা য়ুমোমদা খোড থাংনা থাংনা লুপা ২ চংপী অমা পীরগা হায়রমই,— তাবলদেব, নংবু ওম্ভোক্ল পাম্মুইদকো, নংবু সুম হায়না তৌরম্বা নত্তেকো।

মানা লৈয়েং ফাইরদুনা খুম্নকই,— উং নংসু অতুম হায়না তৌরমদে য়াম্না ওল্লে নহানরাইদি লুপা ৫ কাসু পীরম্বনি অতুবু, নয়ুম নকৈ পানবদগী নপোংসু ফনা নিংথিনা লৌকশিখ্রে। ঙসি লুপা ২ দগী হেন্না পীদ্রিবসিনি।

# মঙ ওইরম্লবদিকো

নোং ঙাল্লকপগী শূমাঙরাই শীংপবু লোইফাংত্রি, হোবে হোবে তৌরদুনা তাবোলাইচান্দদু কোম্হোংলোমদগী হেক চঙলকই। শুমজিং অদু থম্লদুনা ঐনা ফম্লনবা হায়রমই।

তাবোলাইচান্দ মচামশূনা য়াম্বগা থরগা নংজবগা ওম্হোক্লা ফিভম চাদে অমরোমদা নংবদগী কয়াম্থু ব্রাখঙদবা মী অমা ওল্ল-বনি। মফি মরোলদি চমজরবম্লু তরু তনাল্লি। মানা লাল্লিবা মতৌ অদু থবক অমা লৈদুনা লাকপা মাল্লি। খুং হামদোক্লুনা ঐম্থু মাগী মনাক তম্লা চঙশিল্লমই।

পম্বা তৌদনা মানা হায়রকই,— ইবুঙো নংবু লৌরেম লৈকাইগী ডাক্তর রঞ্জিংপু খঙলাকপরা ?

লৌরেম লৈকাইদি মুম্লা খঙই মীরাখোয়গী লৈকাইনি, অদুগা মখোয়গী মবুংদুম্থু ডাক্তরনি হায়বনি মমিংম্থু রঞ্জিং কৌবনি। তা বোলাইচান্দনা ডাক্তরদুগী ফিভম কুচু মুত্তিদু হেক হায়দোরক-পদা ঐনা খঙলিবসিগা য়াম্লা চানরকই খল্লকই, শোয়দনা ওইরম্মনি অম্লুক কুইনা লৌরেম লৈকাই তারকপা ঐনা খঙদবা হৌনবরা

ঐনা হংলমই,— তাদনা ডাক্তর রঞ্জিং হংবগী মরমদুম হাম্লা হায়খোনে, মানা হায়রকই,— স্নুম তৌবনিদনা, ঐনা স্নুম লৈত-লায়রা থিদুনা য়ুমদা মতম খরা লৈরুদবদুদা ইচামুপী অহলদু কম্লা

নারুমালে মতুদা ডাক্তরদা পুখৎপদা ডাক্তর রঙ্গিং অসিনা থরায় য়াওনা হোৎনবদগী ফরকপনি হায়নে, অতুদা ইয়াম্বনা পেনমন-থিতুনা ঙা চরা অমত্তা থিল্লগে তৌবনিদা। অতুদা ইয়াম্বনা কয়া ভাব তাবা জাং নত্তে ইনাও হেক্তা হৌরুরগে হায়তুনা লাকপনি।

ঐস্থু ফি তনশেং শেৎকৎলে মাগী থবকসি চৎলগে লেপ্লে। লৌরেম লৈকাইদা চৎনীংবস্থু পংপোক্তা পোকই। ঐনা চৎনীংবগী মরমস্থু লৈ, লৌরেম লৈকাইগী ডাক্তর রঙ্গিংখোয়গীদা চঙবা হায়বসিদি মিরাখোয়গীদা চঙবনি। মসিগী খুদোংচাবসি পঙনা লাকপা নত্তে। ফনা চৎনীংলবস্থু থোনা ইফ ফদোকপা ঙমদে। নোংফাদোক্কা চৎলুরবদি অঙাংমুবীশিংনা য়ার মমাঙগী পাখং লাক্লে হায়তুনা হেক্তা লক্করকই। মিরাস্থু লৈশাবী অরিবীনি মক্ক লেংরুবা থম্লিবনিস্থু হায়নরিবনি। চহী অসিদা অঙাংমচাদোনা মীগী লৈকাইদা থবক লৈতনা চক চক চৎপস্থু হেক ঙমদা ইকাই-তুনা সংকচৎ চৎত্রবনি। ঙসি লৈকাইতুদা চৎপদা নত্তুনা চঙনীংবা য়ুমতুদা চঙননবা মরম অমগা লৈবসিদি নাস্থোকহনবা য়াদ্রে।

লৈজবা ফীজোল খরা শেৎচিল্লে পম্ববা তৌদনা সোরোক থোরক্তুনা রিক্সা অমা ফারে থুনা বাজাররোমদা হান্না হায়গৎলে। ঙন্না কানরকপী ঙায়োনবী ময়াম মরক্তগী খায়দগী চাওবা পোরোম অতিংবা উবদা মীৎ খাঙলবা মুশীন মুবা অমা য়েল্লস্বীতুদগী মমলকা ইতীক হেক তীরুদনা তাবোলাইচান্দবু লৈহল্লে। পোরোম অতুগী মশাইগুপ্তুদা পৈয়া লেংতুনা য়ানবা য়াননবা শেনহল্লগা

খুলাংখাং কৌথোকপিরম্মে। অমুক রিক্সা অমদা তোংহনা লৌ-
রেম লৈকাইতম্না হাইথমম্মরক্নে।

তাবোলাইচান্দহু মমায় মমীংতা অপেনবগী মমি তাই। ঐস্সু
পংপেন্দা পেনক্লে, ঐনা চংনীংহনা লৈরম্বা লৈকাই অমদা মরমচাবা
মরম অমগী চংলুবা অহুদা নত্তনা মিরাংখোয়গীদা। মীনা মীশক
মীম'য় খঙবা মীরাংখোয়গী মবুংহুদা ইজ্জং লৈবগী থনক অমা
তৌরুবা। পূক্লিংদা ইকাইবা অমস্ত য়াওরকই, করিগুম্বা ঐবু মশক
খঙবা কোল্লপত্নগী অঙাংশিং য়াওরম্মগনা কমদৌবা! মখোয়গী
অহুল্লাইগী খোংবানগী পাঙখোক্লা, তোরোংখোংচাক, শম্বল্লে ত্তিংখং
ফাওবা নুংশিরুবগুম তৌই। শক্তিবুগী মমেদা অনৌবা য়েনীংনা
মাইগৈ খুদিং ইশং শংবা কান, নুংদাংরাইরমদা ইরুজংথাক্লুবগী
ইতেক তেকখংপা হকচাংদা মনমনুংশিরবা সেন্ট হাইফেং চাইরবা
ফিজোল শেং নুংদাংরাইরমগী হুম্লকপা নুংশিংনা হকচাং লাংহনবা
মতমহুদা পাক্লবা লৌরেম লৈকাইগী কাংজেবুং, মহুগী চিদাই অমদা
লৈ'রবা লৈকাইগী পুখ্রী অচৌবা, মাইগৈ অমদনা শাংলবা পাংথবী
অমগী রাংমদা মোংশোং ওইহল্লিবা নাতোন চার্বীগী উ- ং-ং.ংপা
লৈচরোং চরোং অম্ম্না নুংওন রাখল পোকহনবা মতমহুদা লৈ-
কাইগী লৈশাবাশিংনা সনাবুল নাকন্দা য়েপ্পহনা ঈশিং শোকপা
চংনবা অমদি মরী মরী হন্নরকপা মতমহুদা চহীগদি চাম্নফাংহনা
ঐস্সু মিরানা ঈশিং শোকপা চংপহু হেক য়েংহনা লৈরুই। রাহৈ
অমা ফাওবস্হ হায়বা ইঙম ঙমহৌদ্রিবৈঙদা মচীন য়াওবা নহারোলগী

লক্লফমতা ওইত্তুনা তোকই। য়াওশঙগী থাবল চোংবা সঙায়রে মাগা ঐগা খরা উম্নরিবসে। হৌজিক কালগী নহারোন্দোম্না য়ামাহাগী মনীংদা হাপ্পনা কোইপু পুরক্লু লল লৈতবা য়ুগকা চম্নদ্রবা মী ওইনা হেক পোক্লু লাইবক্তা খুত্নম্না শুত্তুনতা তোকখ্রবনি। ঙসিদি লৈকাইত্তুদা মরম অমা লৈত্তুনা চৎলুগদৌরিবনি। পুক্লিংদদি খল্লকখি,— লংচৎ শাজৎতস্তু অমকপা অমত্তা লৈজদবা ঐবু লৈকাইগী অহল লমনশিংসিনা মিরাখোয়গী মমা মপাদা ইহায় হায়বিদমালে।

লৈকাইত্তু য়ৌশিল্লক্ল। রিক্সা অত্তু থোঙ্গান্দা থাহল্লমই অত্তুদগী তাবোলাইচান্দগা ঐখোয় অনি পোরাম অত্তু য় ল্লত্তুনা য়ুম্নোমদা চঙলকই। রিক্সা অত্তু অমুক ফাবা ফংদবা য়াই হায়ত্তুনা থোঙ্গান্দা ঙাইহল্লমই। য়ুমত্তুদা ঐখোয় অনি চঙলক্লে। শঙলিংবগী শক্তম সৌরবা তাবোলাইচান্দগী মখুৎতগী পোরোম অত্তুনা অমুক্তং লৌৎপা ঙমগদ্রা হায়ত্তুনা অমুক্তং ক্রং ক্রীং চোংই, মশাইগুপ্পগী ইখেংস্তু তারি। মী অমা পেলহম্নবা জিব অমগী খরায় কংকদৌরি।

ঐনা য়েংবা হুংঙাইতত্তুনা তা বোলাইচান্দদা হায়রমই,— তাদা জিবত্তু নারেং থাংত্তুনা য়ান্দুনা অত্তুক য়াম্না ওৎত্রবস্তু, শিগদবা লৈরবনি, শিদ্রিযাওবতংদি পোত্থাজনবা বোরাখাওদা ওইনা হাপসিবা।

ঐনা হায়বকা অমত্তা তাদনা তাবোলাইচান্দ শুমাং ময়ায় য়ৌখিত্তুনা ডাক্তর রঞ্জিৎসাহেবপু লৈব্রা হায়না হেক্তা হংবা হৌব্রে।

অশেংবা মীত্তু ওইবা ওইদবকা অমত্তা হংদে। ঐদি ইচও থোবা রাৎপদা নত্তনা লৈয়েংকাত্তু ইফাই ফাইজিল্লক্লে। শূমাঙদা মিরাগী মনাওন্নপী রে'মাত্তু শামুক অমা মাঙদা থায়ত্তুনা ফনেক লোল্লমই। মাঙ্গান্দু ফিরোংকা ইচাই চাইরি। হনুবী অমনা ভাঙ ভাঙলত্তুনা ফিরোংলত্তু লৌখৎলি মচীনত্তু অত্তুমক খুম্নকই,— ইবুঙো চঙউ চঙউ লৈবনি।

মনাক্তা ফনেক লোল্লিবী রোম'দা হনুবীত্তুনা নবুং কৌথোক-লুচো হায়ত্তুনা ভাঙাল। ঐখোয়গী ফম্নবা মোরা অমমমত্তু থাল্লমই।

মোরাত্তুদা তাবোলাইচান ইচিন ইনাও ফমথরে। ইমুংদদা রোমা চংখিবদা ভায়রি, কোল্লুপ অদগী লৈশাবী ময়াম অমা থোংগী অহেবদা পাকথ পাকথ য়েংবদা নত্তনা থীক থীক নোকপস তায়। তাবোলাইচান্দি ভাব অমত্তা তাপোৎ নত্তে, ঐনা সোমদা নিংদোল পীং পীং চোংলি। তাবোলাইচান্দনা ইচঙ থোগৎলকুনা হনুবীদদা, অবোক সে ভাসিদম হান্না অমুক্তা পৃশিনবিখো হায়রুই।

হনুবীদনা য়েনখাদা ভারিবা খুদেং অদ লৌরুদনা, ইবুঙো করি কান্নবা পুরক্তুবস য়াবদদা হায়দনা পোরোমদ মশাইগুপ্তা লেংবা পৈয়াদ লৌথোক্তুনা খুদেংদদা হেক থমই। অফা অপুন্দগী নাম্থোক্লবা পোরোম অদ হন্দক্তি থরায়সি হিংদোরমালে হায়বগুম মশা কোনশিন্দ্রবদি কুনবা চন্দবা খুদেংদদা মমৈদ ফেৎ ফেৎ হাইরি। পদ'াগী মরুমদনা মিরানা ঐভোন্দা য়েংলি খঙনা খঙনা

ঐদি য়েংলুদে। ঐবু অসুক য়াম্বা ইমুংগী মীশিংনা য়েংনরেকো খল্লুবদা চাওথোকচবা অমসু পোক্লকই।

ইমুংদা নিল্লিবা ময়ামত্তুদা হন্নুবীত্তুনা পোরোমত্তু লৌশিন্নবা হায়রি। তাঞ্জাত্তুদা মৌনহা অমা হেক থোরকই। মহাক ডাক্তর রঞ্জিৎকি নুপী ওইবা তাই। মহাক চা গ্লাস অনিথক পুথোরক্লুনা ঐখোয়দা লাল্লরি অত্তুগা মথং মথং হায়থরকই,— মখোয় বাবাদি হন্দক চাসাদতা থবক মফম হোংবদগী ইথোক থোকপা ঙমদ্রবনি, ঙরাংতা থোরকপদা ঙায়রি, অত্তুদা গাড়ী তোংবগী য়াত্তুনা ত্তৌবনি নত্রবদি য়াহৌকা ঙনগ্রপোৎনি, থোরক্লনি।

নুপীত্তুনা অমুকন্সু মখা ঙাৱকই, – ইম্ফালদা তারিঙেদসু শল মচা লৌবগী অত্তুগা বিলাতী হুইকা নাবদা মখোয় বাবাগদি য়াম্না পক্নে হায়ত্তুনা কৌবা পংলাক্না লাকই। অা চাসাদতসু এক নাবা য়েংবগী ঙাইহাক্না শংদে হায়। ইচম চম্বা ফিল্ড এসিসটেন্টতনি মখোয় বাবানা ওইজবদি অত্তুবু ময়াম্না ডাক্তর হায়না খঙনরিবনি।

নুপী অত্তুদি লেপ্পা নৈতে হায়থরকই,— মখোয় বাবানা হায়-রিবা মী নাবা য়েংববুদি শা অনাবা য়েংবনা হেন্না লুই হায়য়ে, মচা পোকপা ঙমদবা শল অমকা মচা পোক্লুবসিদি মী অমকা মথরায় কননমুক নুংঙাইকাসু হায়।

তা বোলাইচান্দগা ঐগা হাইফেৎ য়েংনৈ। নত্রে হায়বসিদি শেংলে। তাঞ্জাদুদা নুপীত্তুনা মখোয় বাবাগা করি থবক নৈবগে হংলকই। ঙাইহাক ইক আ তৌক্লগা তা বোলোইচান্দনা হায়বা

হৌরকই,— ডাক্তর রঞ্জিৎকি য়ুমবু সিদা নত্রবরা ঐখোয়বু তাব অমত্তা তাজত্রে।

মুপী অহু শককম হাইকেৎ হঞ্জিল্লি, করিমত্তা খুম্নমদনা থকপা লোইরবা গ্লাস অনিহু প্ুরগা ইমুংদা চঙখি। তুরিন্দা লেপ্লিবী হমু-বীতুসু ভাঙলম্বকা চপ লেপই। ভাইহাক্তি কনাসু করিসু হায়নদে। থোঙনাও মমুংতুদা কনানো মুপীমচা অমা থীক থীক নোকপা অমা তাখি। মুপী অমগী খোঞ্জেল অমনা করেম্না হায়রকখি,— হো মী ওন্নরে, মমাঙ লৈকাইগী মামো রঞ্জিৎনে।

তা বোলাইচান্দনা হা হায়তুনা ইফিং ফিংনা হৌগৎলগা মমাঙ লৈকাইদা হায়বা, হায়তুনা নারেং থাংলুবদগী অকা-অপুন য়াওদনা খুদেংদা লৈজরিবা পোরোম অহু খোরাখাও মমুংদা চনবোই চন্দ-বোই কীং নমশিল্লগা কোম্থোংলোমদা খোঙ থাংবা হৌখি।

হমুবী অহুনদি হায়রকই,— হেরা মমাঙ লৈকাইগীদুসু ঐখোয়গী অঙাংশিংনিনে, সিদগী অঙাং অমা লোয়নরগা চৎকে হায়রবসু চৎলুনে।

ক্ষমতুনা লৈহোবা হৌগৎকম থঙত্রবা ঐনা খল্লি ঈশ্বর ইবুঙো পুম্নমকসি মঙ ওইহনবিরম্মো।

# পক্লদ্রবা হিদাক

অহিং মপুংফানা তুম্বা য়ারক্তি বসে থাদা নাত্র চহী ফনা য়াম-লক্লে। তোবগীদি হকচাংদা লায়না-তিম্না লৈত্থনা তুম্বা য়াদবদি নত্তে ঙাইহাক তুমথরুরগা নোংয়ায় মতুংদা তা মোধুনা য় ঙাওরগা লাওরকপা অমদি অহিংচুপ্পা অমা ইতৈমা লৈহাওগা লাওনথনা লৈবদনি। শম্বল অমত্তনা মাগী ইংখোলগা খনবনি। লাওনবা ফনা য়াম্না য়াওথনা য়েংলুবনি অত্থবু, ঐ য়াওরগা ঙাওবত্থম হেল্লি অত্থদদি হাংনরক্তি ফাওবদি য়াওররোই হায়দুনা য়াওরুদবা কুইরা ঙরাং অহিংদি তামোধুনা ইতৈমগী মমিংতা মোরোক নমশিল্লি হায়থনা ইতৈমত্থনা হাংলে হাংলে শিরে শিরে ফনা লাওই অত্থবু, লৈকাইগী কনামত্তা চংলক্কে ঐস্তু চঙলুদ্রে অত্থদগী তুমথবা য়াদবদগী বাকিং ঙাইহাক্কং চংকে হায়থনা হেক থোরকপদা শম্বল রাংমদা ইতৈমা লৈহাওনা শোন্থাংননা অমুক্তংদি উম্মনীংই হায়রকই। তা মোধুদি তুমখিবত ঙায়রি হায়। ঐ ওইনা হেক্তা চংলুরগে হায়থনা মখোয়গী কোম্বোংলোমদা চংলমই।

খল্লকই, তামোত্থস্তু ফংতবনি হায়ববু, ইতৈমা লৈহাওস্তু মরাল অত্থম লৈবা ঙাংনি। তা মোধু য়ু থকপা হায়রুস্তু মহা সাধু ওই-রম্লিপোংনি। মনাওনিপানা নোংমা য়ু ঙাওথনা লাকপদা মানা পুল্লগা ঈশিং থাদবদগী লৈকাই ময়াম্না থাম্নপোংনি অত্থবু, ঙসিদি

মশ্যামক য়ুদা মঙাও থীনা ঙাওবা অমা ওল্লে। ইতৈমা লৈহাওনা তামোধুদগী চহী মরি হল্লি অহুন মাস্থ অঙাং ওইজরবস্থ মপুরোই- বনি কাওতুনা মখাগী অঙাং লোয়নবদোনা লোয়ৈ। অমুক্তোইবা রানা ওফিস কম্লকপদা তা মোধুদা হরাও হরাও ঈশিং গ্লাস অমত্তা লানবদি লায়রম্নুনা মুপী নিপা মাম্নরবনি. চা থকশি লোয়চা হেক ভায়বা ঙমই। তাদা লৈকবা মতমদা ইতৈমা লৈহাও কৌথোক্লুনা ঐনা কয়ারক হায়খ্রবনি,— ইতৈমা, মুপী নিপা মাম্নবকা হায়বত্নুদি আইন্দা পংই ইতুনা য়াওবনি। ইমুংগী মতৈ মনাওগী অথোংপা মরিসিদা আইন পুশিন্নুরবদি য়ুম কায়বা মশানা তাবনি। ইতৈমনা লোবা কৌবা লৈত। চাক চারে, তুম্মে, লন্দী চংলে মমাম্নবা ময়াম তিন্নরে ইতৈমা লৈহাওগী লাইশোন্দি মুপী নিপা রাইট মাম্নবা হেক্তা পুথোরক্কনি। ফরমখ্রবা তামোধুদো মুপীগী রাইটতা খাঙবা ঙমদ্রমালে পুরা য়ু অঙাওবা ওল্লে, মচামথৈস্থ লোইনা মাংঙে ইমুংস্থ মহী লাংঙে। ইতৈমনা নোং ঙানবদগী পৈশা শানবা, মরুপ সিং- থংপা, শেল পুথোকপা কয়া অমা তৌহুনা শেল শান্নদনা লৈরি। তা মোধুনা প্রলয়দা য়ু থকথরকই।

অহিং অহিং তামোধুনা ইতৈমা লৈহাওসি পংফুদা ফুবিবসি য়াম্না তোয়রকপসিদদি ঐস্থ করি উপাই তৌগদগে উদনবা খুল হোংলসিন্না হায়নস্থ খল্লবনি। কুইনা চঙত্রগা নহানতা, অহিং ইতৈমদু মমীংতা মোরোকমকুপ হৈজিল্লি হায়দুনা লাওরকপদা খাম্মুবদগী তামোধুগা নম্নরুবত্নুদা হুবাংখিবদু ঙসিফাওবা নঙ্গনসিদা

হৃমত্র্ কাহ্না লৈরি। করিস্ু ইথোক হেক থোক্লদবদা ঐনা মতৌ মনাও থৎনবা য়াওরিবসি ফনা কুইরে। করিগুম্বা কান্দা য়ুমদকা লৈতবা মতমদদি চীকমনখিদ্না হৈবু ইহৈ হৈনত্রবনি।

নোংমদি য়ু থকফম অমদা তামোধুনা তলব ফংলকপা শেল ময়াম চাইরে হায়দ্না তারে। ঐনা য়োৌবদদি মাদি জ্ঞানকা তাপোৎ নত্রে। ঐনা শেলশিংদো খোমজিনবা য়াবা মখৈ খোম-জিল্লগা হল্লক্লে। ঐনা খল্লি নিংথমথাদ্দা তামোধুগী মচাশিংসিগী জসিগুম্বা অরুম্বা ফি অমা লৈথোকপিরগে অহিং শূপ্পবা কম্পোর অনি অমগস্ু কোক্লবা য়াই লূপা লিশিং অমমুক ফারি। অদ্বু, য়ু থকফমদগী শেলদ্ ঐনা খোমত্রে হায়বদ্ তারমালে নোং ঙান্দে ঐগী শেল পীরো হায়দ্না থৌরিবসি ঐস্ু খাঙবা ঙমত্রবনি। ঐস্ু মুংশিত্রবনিনা ঐ লৌদে হায়না খুম্লে ঐগস্ু কয়া অমা থৎনরে। অদ্বু, মাগা ঐগা থৎনবগী বাদনি, শেৎপা চাবা মীমান্নদবা অঙাংশিংদ্দি ফিরোল অনৌবা খন্না শেৎচরে। ঈংলবা নিংথম-থাসিদা শূপ্পবা কম্পোর অনি অমগস্ু হাপকৎচরে নংলবা ইমুং অদো। অমুক্তোইবা য়ু থকচিল্লগা মানা, নংবা ঐগী মুপীগা অঙাংগা অস্ক লুনা তৌরিবা করিগীনো, পান্নগা ময়ুমদা লোইনা পুত্রো কা হায়রিপোৎনি।

কোম্বোং কাংশিন্দুনা চঙলে অদ্গা দারিমপান্দা ফমথরে, হুংলমই কৌবগী মরম। মানা নহান য়ু থকপা লেপ্পবা হিদাক অমা পীয়ু হায়খিবনি মদ্গী কৌবা ওইরমগনি হায়না থনবগা

কোৎলুদৌরিনো। রাকম অমদি নিংশিংলকই, ইরোইশেম্বদা লৈবা মরুপ লোকেন্দু শগোল কাঙজৈ কম্না শাম্নরিবনি মা উম্নরবদি রাকমসি ওইথোকপন্থ য়াই। তম্না মাগী ময়ুম তানা লাক্লমই অচু-গদি ময়ুম য়োরগদি ঙম্মানা হৌহনা ওইনামদা শগোল কাঙজৈ শাম্নবা চৎখ্রে হায়রকই। পম্বা তৌখ্রে বস অমা তোংলহনা ওইনাম তানা লাক্লে। হেক য়োরগদি ঊরে, শগোল কুন কুম্থ্রামুক অমগা লৈরমই। মাবু কৌথোক্লনা শগোলশিংহু শাম্নবা লোইবদা হুমাং লৌবিদবা য়াদ্রে হায়না হায়রুরে।

মরুপ অচুদি অচুগুম্বা কান্নদবা রাকমহু তানীংদবা জাৎনি। অচুবু ঐনা কম্না হায়জবদগী য়াবিরে। শগোল কাংজৈ শাম্নবা হৌখ্রে ঐনা লিক্লিমচা অমা পায়রহনা শগোল হুমাং লৌনবা ঙাইরি।

অহানবা শগোল কাঙজৈহু হাপ থারে। তাম্নক্লদা চেন-শিন্দুনা ঐনা লীক্লিমচাহনে লশিং মচেৎ অমনে চঙলুরি। বারবা মপু নীংলবা শগোলশিংহু মীতোপ্পা পায়রুবদা শাওহনা খ্র খ্র কাপ্পী। মপু মপুহুদা হায়জরুহনা শগোলশিংহুগী মচাহু শীৎ শীৎ নাল্লি। অঙবা থরনা ঐবু অঙাওনদৌনা য়েংলি। য়েংনীং য়েংজ-সম্নু মবা লৌদে, ঐগী থবক ওইহৌরগা লোইরে।

শগোল কাঙজৈ শাম্নবা নাকপাক অনিগী শগোলশিংহুগী হুমাংহু লৌবদা লীক্লি মনীংদা মরিক তরামুক্তংদা ফংই। মথংগী নাকপাক অনৌবা অনি অমগা শীঙনবা হৌরকদৌরে। ঐসু

ঙাইরি। তাঙ্গাহৃদা থবাক্তা ফি মচেৎ অঙাংবা অশংবা পিন্না থেৎপা শান্নবা নাকপাক অমগী শীনবা মীওই অমনা ঐবু কৌরি। চঙশিন্নবদা... নিপা অহুনা বালটিন অমা পীরহুনা ঈশিং বালটিন অমত্তা শোন্ননবা থৌদারকই। মহু হাপ থাবদা শান্ন-রোইশিংগী মায় মীৎ তানবা ওইরমান্নে। ঐসু বালটিন্দু পায়রহুনা পুখ্রিদগী ঈশিং হেংনবা চৎলি। ঙসাইদগী ঐনা শগোল হুমাং লৌননবা শগোল ময়ামগী মশাহু ফিগংনা তকপহু উবদা শীললাঙবা কাঙবুনা থবক তৌনবা শগোল ইরুজবীনবা অমদি ঈশিংকা হোন্ন-নবা হাপ্পা মী মান্নবজাৎনি।

উচিন নাচিম্মা শান্নবহু পুমলোই লোইবদা থুনাওবীমুক চাওবা লিক্লিমচা অমদি লোকপা ঙম্নে।

য়ুম য়োবদা মুংদাং ওইরে অয়ুকী চাকা চাবা কাওহুনা অহুম চাদ্রে। ইতৈমা লৈহাওদি ঙাইরমই। পম্বা তৌদনা মানা পাম্বা পোৎ অহু ফংহল্লে। মা তথক তথক্লা লিক্লি অহু পুহুনা চৎগ্রে।

মুংদাংগী চাক ওইনা চারে। বাথল মণ্ডল মণ্ডল থল্লকই। হুন্দকী মতাংসিদি তা মোধু য়ু ঙাওবা ফখিবসু য়াই। লৈকাইসি থরবু ইংলনি, ঐসু শাপ্তী ফংলনি। লৈকাই অমবু য়াইফগদবা ওইরবদি, ঐবু থবক শুনবা থম্বা মীনি খন্দুনা ঈশিং ফনা হোলহন-সমু ইকাইবা কয়াসু নংসমু ঐ নাচুংবিদে। ঙসিদগীদি মুংঙাইনা তুম্নগদবনি।

অহিংছ খোইদোকপা ইয়াং অমত্তা খোক্তনা লেনখিবগুম তৌই। নোংহেক ভাল্লকপদগী ইতেমা লৈহাও উঅনীংবনা লোইরে। কনা কুইনা; ভাইরবকান্দা মা কোন ময়াম অমা পুরহনা পুগ্রি মপান্দা কেঙবা খোরকই। শক্সল মম্মুংদগী ঐনা শোম্বাংনবা হংই থঙনীংনা;— কম্নদোরে?

ইবুঙো ভরাংগী পোৎছু য়াল্লগা পীথক্রে অছুবু করিমত্তা কাম্নদেদা খংঙাইহুদস নাখোক্রনা তুমহৌরি।

# রায়েল

ঙসি কলি হায়বা যুগ অসিদা অনংবা অমদি লৈরেবা কাংবু অনিগী মরক্তা থোক্লিবা চয়েৎনবা ময়াম অমা, চৈনেনবত্থ লৈথায়তান। রায়েল বিচার তৌনবগীদমক্তা বিচারপতি ময়াম অমা, অসিংগুম্বা বিচারপতী ময়ামসিগী মরক্তা ঐস্থ লেবর ট্রাইবুনেলগী বিচারপতীনি।

ঐগী ইনাক্ত লাকপা কেশ অয়াম্বা শিনমীশিংগী খুৎশুমন য়াম্বা য়াম্মদবা, ফংকম থোকপা খুৎশুমন ফংদবা অসিগুম্বা চয়েৎনবনা থীৎনুমই। অসিংগুম্বা চয়েৎনবসিদা মাইগৈ অনিগী মরক্তা অমদি শেল পায়বা মহাজন ঠিকাদারগী কাংবুনি। অতোপ্পা মাইগৈ অমনা খুৎশুমন ফংকম থোকপদু ফংদবদগী চুদংনরবা অনংবা কাংবু শিনমীনি।

ঙসিগী যুগ অসিদা শিনফম অমবু হেক পায়রুরবদি পূকচেল শেংদবা মীনি হায়না হেক্তা উরে। লৈবাক্কী থবক মচা অমথক তৌনবগীদমক্তা কনানা কনাদা পীরিবনো শেল য়াম্না তিংনরি। থনফম ইথোক থোকপা ফম অমদদু ইন্টভিয়ু য়াওরিবা মী অহুনা কনাদনো শেল থরা য়োৎহোৎত্রবদি মুংঙাইনদ্রে। নোংমদি লাইব্রিক্ত লাইগু ফবদগী মশাগী মহৈগী মপালনা থবক্কী ইন্টভিয়ুদা থল্লকই

হায়না থবক অমা তৌবদা পোঙনরম্মী। ঙসিদি পৈশা খুায়দগী য়াম্না তিংখিবা মীওইদুনা থবক তৌবদা মানা তিংখিবা পৈশা অতু পল্লতুনা পোঙনরে। নোংমদি পরিক্ষা থাবদা লাইরিক য়াম্না শাখিবা ঙম্বা, য়াম্না মরীকচুম্না ইবা হৈবতু পুথোক্তুনা পোঙনরমই। ঙসিদি ওঝাবু নমথাক তৌদুনা হুরান্দুনা শিল্লগা পরিক্ষা পাস তৌবসি হৈথোই শিংথোইবগী মতৌ অমনি লৌনরে। নোংমদি ফুরিৎ খুদাং ককপী লীৎতুনা হকচাং ফবা তাম্নরম্বা নহারোলম্তু নিশা মখল গুনা চাবা হৈবদা ওইনা তাম্নরক্রে। থকশি খাশী নাইদববু ফজবা গুন ওইনা লৌনরক্রে। অরানবা থৌদৌবু কুপ-শিন্নবা শেঙ্গা থুমক্তা তৌহল্লিবা পীরুবা কাংবুশিংনা হায়, মন্দিরদা লাই খুরুম্বা ফাওবা পৈশা কৎনৈ, লৈবাক্কী অঙম্বশিংদা থবক হাপ্লিয়ু হায়জবগীদমক্তা পৈশা খরা কৎপা হায়বসিদি ঈশ্বরগী রা-য়েলনি। মন্দিরদা লৈরিবা লাইশিংসিনা মরোল থোক্লম্মবদি শোয়দনা হায়রক্কনি মদদি ময়াম শেল কৎপিরক্কনু হায়না। উপ-নিষদতা ইদুনা য়াওরি 'নাদবা মীদা হিদাক্কী মথৌ তাদবগুম লনগী অরাৎপা লৈতবা ঈশ্বরদা পৈশা কৎপগী মথৌ তাদে। কৎকে হায়বা লৈরগা ঈশ্বরগীদমক্তা পায়খৎপা থৌরাং অমা মপুং ফাহন্ন-বদা মতেং ওইনবা শেল থাদবদি য়াই'।

রাখল ময়ামসি খন্না খন্না য়াচঙবা মতম য়ৌরক্লে। খাল আরাত্তি তৌরক্লে। গোবিন্দগী কাংশীগী মখোলনা ধর্ম' অমত্তদা মীচঙ মীখায় নাইদনা মেঙলবা মখোল অমনা মীপুম খুদিংমক্কী

পূক্লিংদা শান্তীগী ঈনোং অমা হাপ্পিরিবা মতমতুদা, কোম্বোংলোমদগী চঙলকই ঐগী থায়নগী মরুপ কুল্লবিধু. মায়থোঙ মকা লায়া।

শূমাঙদা মোয়া অমা থারতুনা ফমহল্লে। মহাক কেশ অমগী রানোম্বা লাকপনি। কেশ অতুদি, ঠিকাদার অমগা শিনমীশিংগা লোথোং অমা তৌবগী মতাংদা খুৎশুমন পীবিদবগী পূক্লিং শোকপ্রবা কেশ অতু ওইরম্লে। মতুগী কেশ অতুদা ঠিকাদারগী মাইগৈদগী কেশ থরা ঙমহন্দবা য়াদে হায়তুনা রানোম্বা লাক্লিবনি।

লূনা চাম্না তিন্নরমগ্রবা মরুপ্পি মাঙোন্দা তথি তথি হায়রুবন্নু য়াদে। অমরোমদা কেশকিদি অতাবী অমা অতুম লৈরবনি। খুৎশুমন্দু পুন্না লুপা লিশিং অতুম চামঙাখক্কনি। মতু শূরুবা মীশিং-তুনা ফংবা মশানা তাবনি। অতবু, ঐগী মুংশিরবা মরুপ অমনা লুপা লিশিংমঙা পীরগে ঠিকাদারনা ঙমহল্ল, হায়রি। ঐঙোন্দা পীনি হায়না পুরক্লিবা লুপা লিশিং মঙাতুদগী লুপা লিশিং অতুমদং লাইরবা শীনমীশিংতুদা কোক হেক পীথোকপিরবদি চয়েৎনবতুন্নু লোইরে রাইন্নু শংলে অতবু, রানোম্নবা শেলদি লুপা লিশিং মঙাতুম পুরকই।

ঐনা ফাগী ওই করি ওই হায়রুই,—মী হায়বা জাৎসিনা মাগী মাগী ধর্ম্মতুনা তাক্লিবা অচুম চুমদগী পথাপ অতু ইন্দুনা চৎলবদি সমাজসিদা চয়েৎনবা পংলৈ লৈরম্মোই।

ঐনা মথা তাখি,— রায়েনশঙসিদা লাক্লিবা মীওইশিংসি শাক্ষী জবান পীবা মতমদা মাইগৈ অনিমক রাশক্লিবনি, ‘অচুম্বতা

হায়জগনি শ্রীমদভাগবতনা শাক্ষীনি'। ভাগবত পন্দুনা রাশকপ্রবা মহাক্তনা অচুম্বতা হাযরম্লবা, কয়াদা ফগদবনো। ঐখোযমু 'সত্যমেব জয়তে' হায়না থাবা আসন অমদা ফম্লগা বিচার তৌবিবনি। পুম্নমকসি ঈশ্বর মানদি উবনি।

ঐগী খোন্দু খরা অমুম হাইগৎলুবম'লে, মবক থংনা কুম্রবিধুনা হায়রকই,— হেরা, মীৎনা খোঙনা উদবা লাইগী বাবু পংপন পন্দুনা কবি কামনি, লেংলি পাল্লিবশিংসে তসিগী তুম হ'ম্না খম্নখিশি। কলিসিদবু লাইগী রায়েল লৈবা হৌনরা? রাই ঙাগদবা নংনা তারিবতুনা লোইরে। পেন্দতুনা পংঙাঙ ঙাঙনবু ঙাইন্দজসহনা, মীরা ঙাঙনববু শঙ শাতুনা ঙানবা য়াত্র'ও? জগৎ সংসারসিদা অওনবা অমা লাক্লিবসে য়াওগে লৈংতুনা ইষ্টদেব কোন্দুনা লৈরগা কৈ কাম্লদগে? ঙাইখোনে নংনা ফন। ফজনা তৌজরবসু মীনাদ নঙ শেল চায় অতুম মহায়নৈনে নংনা তাদবৈ রানি।

চহী ফনা কুইনা উম্নদ্রবা মরুপ অতুগা ঐগা রাখলগী থাক অংকপা ফংনা খেমরয়ে। অমরোমদা ঐ ইশামক্তি ফনা পীকপা মী অনা ওইজরবসু মরুপ অতুগী নীংবতু থুংহম্নবগীদমক্তা ঐনা ফম্লিব্র আসন অসিগা মরুপ অতগী অনীংবা অতুগা তাইশিম্নবা য়াখিত্রে। সাইকল ইষ্টোক ইষ্টোক্না মানা হায়রমই,— নংনা পৈশা ক্লৌ হায়বসু য়াত্রে অতুবু, মরুপ অমগী অপাম্বনি খল্লগা ম্লারবদি নানা ঐগী অপাম্বসি খরা থুংহল্লকউ।

ঙসাই ওকিসতা পুরুবা হেগু বেগ অচু কাক্তোক্রনা ডাই-রিদা করিগুম্বা খরা ইশিনগে হায়না হাংদোক্নবদা ঙায়রি, উনাচেগী এনভেলপ অথাবা অমা থেংনরমই ! হাংদোক্নবদা লুপা চাম্মা চৎপী ফনা য়াম্না য়াওরি। থীচুনা য়েংবদা পৈশাচু লুপা লিশিং মরী চপ চানা ফায়। চে মচেৎ অমগা য়াওরমই ! পাক্লবদা খঙলে নহানতা হায়দোকখিবা বিহারদগী কুলি ময়াম্না ঙম্বা কেশ অমগী মরিদা হরাওবা ফোঙদোকপা ওইনা কংলবনি হায়না ইরি। কুলিশিংচুদা লুপা লিশিং কুন পীহনগ্রবনি। মচু ঙসাইতা কোটতা পাক্লনা পীনখিবনি। ঐ উদ্রিঙৈদা বেগতা হাপচিল্লখ্বা জাৎনি। পৈশা অচুম্ব লৎনবিমু হায়না ইরি।

পৈশা হায়বশী মগুনসিম্ব অঙকপনি, অহানবা উবদদি অমুক্তা খনথিদ্রিবা বাখল মওল মওল খনহল্লি। অমরোমদা ফংলিবা তলব অসিনদি অঙাং ময়াম অসিনে, মমানে, লুপ্রা ওইরবী ইমা হমুবী অসিনে হিংহন্নবা হোৎনবদা খজিক্তুং কাওবা তুংশিনবা ঙমদ-বনি। ইচাম্নুপী অহল লুহোংবা মতমদা মমাগী লৈ জুরা অমা কায়থোকখিবহু লেপশিনবা ঙমদহনা ইহাঙ হাঙনা অরুপ্পা অমগা লৈরিবসে খঙনাং নীংশিংলকই। মচু লেপশিনবিরগে হায়না খনবা মীকুপ অচুদা বাখল অমা হেক লাকই, টিভি পংফৎ ফত্তবা অমা লৈরবদি কমদৌই, নত্তে, ইচাম্নুপীগী লাইরিক তম্বা কাবদা সাইকল অত্তেকপী অমা তোংলিবসে পৈশা খরা হাপচিনবিরগা লুনা অমা লৈবিরসিরা।

অতোপ্পা ৱাখল অমসু লাকই, ফংফম থোক্কবা শেল অসি ঐনা পায়্‌রিবসি ঈশ্বর মানদি উরম্মোইদ্রা? পুক্লিংদা মরাল লৈরবা মী অমগুম খল্লকই। মীশিংহু কৌরগা পৈশাহু পীথোক্ল-রবদি কমদৌই? মতমসিদা মরুপ কুপ্লবিধুনা হায়রম্বদ, নীংশিংই নংনা থবক ফনা ফজনা তৌজরবসু মীনা শেল চায় অহুম হায়নৈনে। নোক্লিংবহুম ফাওরকই। মীনা ফনা হায়জসনু, অহুবু ঙসিদি শেল অসি পায়রুবদা ঐ ৱাই ইশং শংদবগুম তৌই।

ৱাখল অমা খল্লরকই,— পৈশা অহু পীথোরকপদা শিনমী-শিংহুসু পুক্লিংগী নুংঙাইবা অমদি ফংলবনি। অহুনা, শেল অহু হন্দোক্ল্রবদি মথোয়দা নুংঙাইতবা অমা লৈরনি। পুক্লিংগী শান্তী হায়বসি পৈশানা লৈবা ঙম্বা নত্তে অহুনা মথোয়গী পুক্লিংগী শান্তীহু লৈজসনু। অহু ওইরবদি পৈশা অসি লৈবাকী য়াইফনবা অমদা থাদবিখিবা ফত্রা? নিংশিংলকই, শীনমীশিংহু ঐ হেক উবদা থুৎ লোমহুনা 'জয় রামজীকি' হায়না হেক হেক হায়বনি। মথোয় ঈশ্বর থাজবা য়াম্না চমজবা মী ঙাক্লনি। মথোয়না লৈরিবা শীনমী তগী খুন্দাকম ওইরিবা লমদমহুদা রামজীগী মন্দির ধর্মশালা অমা শাগৎলি হয়েং শঙ্গাবা মতমদা য়াওবীয়ু হায়হুনতা লৈবনি। ভক্তশিংদগী ধর্মশালা শাগৎপদা মতেং ওইনবা অঙম অঙম্বা দান তৌনবসু হায়হুনতা লৈবনি। উপনিষদতা ইরিবহু নীংশিংলকই, ঈশ্বরগীদমক্তা পায়খৎপা থৌরাং মপুং ফাহন্নবা লনথুম থাদবা য়াই হায়বদো। মীগী য়াইফনবা থৌরাংদি ঈশ্বরগী য়াইফনবা থৌরাংনি।

ধর্মশালাদু লোইরবদি লায়রবা শীনমী কয়া লৈনবা খুদোংচাবসু ওইরগদবনি ? শীনমীশিংগী য়াইকনবা ধর্মশালা শাবত্নদা শেল অদু কৎখোক্লরগে হায়না খল্লে ।

য়ুমদগী থোরক্লে । গাড়ী চংলি শীনমীশিংগী খুলদু তম্না । লাম্পা গোবিন্দগী কাংশীনা সন্ধ্যারাতী মতম য়োরে তাকু্না ভক্তশিংবু কৌরি ।

# শক্তম্লাংবা

ডাক্তরখানাদ্দু মী কয়া কন্না তিনখৎনরক্রি। অনাবগী সেবা তৌবশিংদুনা কোল লীক ফেঙবা ঈশিং মায়শিং হোনবগী থবক চৎথরি। য়াহৌ থরা থেঙ্গনবা অদুগা অনাবগী সেবাদা খেঙনা তুমখিবা কয়াদি হৌগৎনরক্রি। ডাক্তাসিদা ঐস্তু হোবে হোবে তৌরদুনা ইবাইদু অনাবা অমুক্তা হংলমগে হায়দুনা চঙলুই। মহাক ঙরাং ওপরেসন তৌগ্রে হায়বনি।

ইথৌনা নোংমা নোংমগী লাকশিল্লক্রুনা কুম্মৈ ফীয়োং অমত্তদস্তু য়াওবা ঙম্মক্রিবসে কুইরে। থৌবাল অথোকপমদগী লুনা তিন্নরম্বা মরুপ রাশীকুমারনা তপোন উৎসব য়াঙরদবা য়াদে হায়দুনা পাও অমস্তু হায়রকই, মতুংস্তু ঙসি তারি। অমরোমদা ইনেনা পোক্লম্বা ইবাই অমস্তু ডাক্তরদা নাদুনা লৈরি। য়ুমদনা তোয়না হংবা চৎতে হায়তুনা বা থোক্লবনি। ঙসিদি ইথৌপুম্বা থুং থারগা তঙাইফদ্রবা থবক অসিমা তৌরমগে অদুগা কুইনা উন্নদ্রবা মরুপ অদুস্তু উন্নরুগে, উসোকস্তু চারুগে খন্দুনা ঙন্না ফৈজোম পুময়াৎ য়োম্লদুনা থোরক্লবনি।

ইবাইখোয়গী ইমুং মণ্ডুংদুস্তু লাপ্পগা লৈখিবগা ইনেগা লৈখিদবগা কয়া তোয়না চৎনা খোংনস্তু তৌনখিদবনে ইথঙবু খঙনদে। নাম্লিবা ইবাইসিফাওবা পীক্লিঙৈদা উম্মখিবনি অদুদগী অনাবা ওইনা

মহান মশা। পুখৎলকপা মুমিৎতুদা কমুংদা হীগু্না লৈহৌবত্নদা উরু-বনি। ইচেত্নসু অমুক অনিরকুং উরখিবনি। থরা লুবা অনাবা ওইনা তৌবত্নদা অনাবা ময়াম লৈরিবত্নগী নাকন্দা কাথল নাইবা শঙতপ অমদা লৈ।

ঙল্লবা অয়ুকসিদা চঙলকপদদি অনাবত্ন য়াহৌরমদ্রি। মহাক ফক্লাংলোমদা মমায় ওয়োক্নুনা চেপ্পা হীপ্পি, কাংথলকা অমত্তা চাইগৎত্রি। কমাংদনা ইচেত্ন কীরুক খুমজিল্লত্নুনা তুম্লি। ঙরাং অহিং অনাবগী সেবাদা থেঙনা তুমখ্রা তারে।

তৌকম থঙত্রত্নুনা অনাবত্নগী কমুং মপান্দা ঙেক হেক কমথরে। ফিল্মকেয়ার অমা তারিবত্ন লৌথৎলগা ফাক্নুনা ঙাইহাক য়েংলুই। মীনা অতৎ—অথম লৈতনা চংখোক—চৎশিন তৌনবা হৌরক্লে। পোৎ য়োনবী থরনা চানচিংবা চানথক্লবা ময়াম অমা য়োনবা চঙ-লকই। কাথল মমুং অত্নদি ইচীক চীকই। কাথল অত্নগী কাচীন কাচিন্দা কহুবিদবা লৈকাংতনা য়াম্বত্নন্না লৈরি। থাংমৈ বলব অত্নসু কায়রে অত্নবু মচেং অত্ন অদম্ন ময়ারি। চুম অমসু কক্লাংদুদা তীল থাঙ তান্নদুনা লৈরি। মরক অদুদা বাথরুমদগী থাঙতমদবা মনম অমনা কোক ঙাওহল্লকই। কয়া অমসু চংনরি খোক্নরি, মাই শাংপী অদুনা চাঙ ঙাঙলদুনা ময়াম চঙদুনা চাইরিবা মকুম-মকাই ময়ামদু খোমদোক্লি। অনাবা অদুগা সেবারি অদুগদি হৌবা মরৈত্রে।

কমাঙদা কক্কা ওল্লিবীদু য়াওল্লকই, অদুবু কীরুক অদুদি হাইদোকপা লৈতে। তুমজরসত্ন থল্লত্নুনা ফিত্ন ঐনা শেমজিল—

বীরমই। মাম্ন ইহৌ হৌগৎলক্তে। অনাবা অচুম্ন ফক্লাংলোমদা মায় ওনশিনথিবদগী ওহৌরকপা লৈত্রে। চৎকদবা মকম অমম্ন ফনা লাপ্লি, মখোয়গী তুমজনীংবা মতৌদা, নোংমা অমুক লাক্লগে হায়দুনা চৎলগে হায়না হৌগৎলকপদদি নর্স অমা হেক চঙলক্লে। মহাক্না চেজেৎ অমা পীরদুনা হিদাক অমা লৈক্লচো অনাবদুদা কাপকদবনি, ডাক্তরনা ঙরাং হায়রম্বনি হায়ররে।

ঐখোয়না ঙাঙনরিবদু তারমাগে ফমাংদা ওল্লিবীদো ফিংনা হৌগৎলক্লে।

মুপী অদু উরুবদা খায় লাওই! ইবাইনা লোবা ইচেদুনি খনবদু নৎলমদরে। ঐনা অমুক্তম্ন উথিত্রিবী অমা ওইরম্লে। অদু ওইরবদি অনাবা অসিম্ন ওন্নবা তারবা! ইবাই অনাবা অদুনা কদায়দা পুব্রবা?

অদুবু, মুপী অদুদি হুরাও হুরাও তৌরদুনা মকি মরোল শেমজিন শেমজিন্না হৌগৎলক্লুনা বা ঙাঙবা হৌরক্লে,— লেঙঙক-পম্ন কুরমাসে, ঙরাং নোংঙাল্লমদাই ফাওবা মখোয় বাবাদি ফর ফর ওক্লনা লৈবদগী নোংঙাল্লগা তুমথিবতা ঙায়রিবনি। ফুক হৌ-গৎতুনা ফিরোল থম্লিবা মোয়া অদু থাদুনা ঐবু ফম্নবা হায়রকই

ইথম্তা ফাত্রিশ্তরগা খুম্নমই,— তুমজসম্ন হৌদোকপিরুরম্নু, হয়েং মুংথিলদা ওইনা লাক্লগে মুংথিল্লদা লাকপসি ঙান হেক চাদবা য়াওই অদুনা খরা ঙল্লিঙৈসিদা স্নম চৎখোরকপনি।

মুপীতুনা খুম্নকই,— মাদি মফম মপাংফাওবা অমত্তা উদবত্নদা মপূক্লিং য়াম্না শোম্বক্লে। হিদাক থকপম্ন লেপ্পনি হায়রুনা ভোকপা

ছাপ্পা অমা ফারবনি। অদুবু, অনাবসিদি খংহৌদনা হৌরকই। ডাক্তরনদি য়াম্না থুনা ফনি হিদাক থকপা লেপ্লদগী নি হায়। ওরাং মুংলাংদা পুখৎলকপনি। তামোনা নাবা হংবা লাকপিরিবসি খণ্ড-জরবদি য়াম্না কনখৎকদবা মান্নি।

মুপী অদুনা অনাবা অদু হৌদোকে হেক তৌই। হৌবু-হৌগৎলক্লবদি লিলাসি মওং অমা তৌদোরি, ঐ শক্তমসি হোংবকা ওমজরোই। ঐনা খাস্মে।

মুপী অদুনা অমুক মখা তারকই,— ডাক্তরদা পুখৎপ্রে ছায়ববু কনাদগী তাবিবগে।

ঐস্ত চীন্দা লাকপা অমা হেক্তা থুমজিল্লি,— ওসি অয়ুক্তা নখোয়গীদা চঙলুবদগী তারকপনি।

কয়া লাম্না লাকপানোন্নু খঙদে, অদুবু য়ুমদুদি অনকপা ওই-রমালে। মুপী অদু মখাদি থোইনা হংলকপা তৌভ্রে। অনাবদুগী মরুপ শারুরবনিনা হিদাক অদু লৈবগী থোদাং অদুতংদি লৌরম্বা তারি। কয়া পীবা হিদাকপু ওইরমগদৌরিবনো, ঐনা য়াওরিবা পৈশাসিনা কোম্নগদৌরিব্রা! অদুবু হিদাক লৈবদি থোরক্লে।

ঐ জ্ঞান পুম্নাও মাঙলে। অনাবা অদু কনানো হায়বসে খঙদে। মুপী অদুস্ত অমুক্তা উখিভ্রি। নহান মকমদুদা হিপহৌবা ইবাই অনাবদুনা কমদৌরবা? ঐগীসি মওকাদি নক্তেকো। ঘড়িদা য়েংই, অয়ুক্তী পুং ৭ তারে নাকোংদা থমদুনা য়েংই অদুম মচৎলি। মঙ্গলবস্তু থায়নগী মপোৎ অশেংবনি, ওরাং মুংদাং ৭ মথায়গী পাওদা শেমদোকখিবনি, অদুনদি মওদি নক্রে। হিদাক অদু পংয়াম য়াম্না

পীবদি ওইরমত্রে। মহু পুহুনা লাক্লে, লাইনীংই ঈশ্বর ইখুঙো অনাবা অহু তুমহুনা লৈহনবীরমউ।

উচিন নাচিম্মা অনাবা অহু হায়রগী ফিভমদা অহুম তুমহুনা লৈয়মই। মুপী অহুনা চা অমা শেয়মই; মহুকা থকপদা মিহুল গুত্রপোৎনি। মুপী অহুনা মাগী নিপাহুগা তিম্নবা মীনি খন্দুনা ঈ ফংকমনচিংবা কয়ামরুমহু তাম্নরক্লি। ঐনা সোমদা হুমাং কাংলি। হংবা লাকপা অনাবহু ওম্নরম্লে হায়দোকপা য়ারবনি, অহুবু অশুক মুংঙাইবা লিলা অমা কায়হল্লিংত্রে। চাহু থকপা লোইবোই লোই-দবোই মুংথিল শোয়দনা লাক্লগে হায়রম্নগা থুনা মপান থোরক্লে। শঙহুগী মপান থোরক্লগা খঙই ঐনা চঙলুবা মফমহু ওম্নবনি। ওপ-রেসন তৌগদবা অমদি তৌগ্রবা মীগী লৈফমদা চঙত্রহুনা মায় থক-পদগী অতোপ্পা লায়নাগী শঙদা চংলুবনি। শঙ মঙ্গুংহুদি ইমান মমাম্নৈ। মায় থকপা হায়বসে চোপ্পিঙাইতনি। ঙসিগীহুবুদি ঐনা ড্রামা থরা হৈরুবদগী ভৌবনি নত্রবদি মতম্নগা কত্তবগা হিদাকচাবা কাংবু লীক থৎপগীদমক ডাক্তরদা য়াম্না লাকই হায়বহুান হায়হুনা চৈবু চারমগদবনি। ঙসি মঙ্গলাচরনসি তায়োম্নবা ওইনা তৌই, ইবাই অনাবহু কোইথি অমুক থিরুবদগী অনৌবা লিলা অমা অমুক হাপকৎলকপা য়াই ঙসিদি ওক্লে ইবাই অনাবহু হংবা কোম্না অমুক লাকপা তারে। অনাবগী হিদাক অমগা লৈথিবগা পৈশাহু ইয়াম য়ামত্রে গাড়ী থাকম কাওবা থোঙনা চৎপা তারে।

বৌবাল য়োগদবা গাড়ী অমা লাও লাওহুনা লৈরম্লে। মতাম্ন ফনাঃচ্যো ঐহু কাথওলে। ঙসাইদগী ড্রামা কৃম্নবনে থোঙনা কম

থাকম ফাওবা লাকপনে বসতুনা চেনবা হৌরকপদদি উইনীংবনা হেক খাঙবা ঙমদ্রে। গাড়ী অরোইবা লেপকমত্ত থোবাল ওইবনিনা তুংথোকপনা হেন্না করে খল্লে। কয়া কয়া উইবা ফনবু মুংঙাই। য়ুমদদি অঙাংও মুবীও তুন্দম চাকম অমত্তা খংদবনি। ভাড়া লৌবগী মতাংদা কণ্ডক্টর অঙাংতুনা তুম্বা হৌদোক্লুনা ভাড়া লৌখি লিলোং মপা য়োৌরমই, অমুক তুমথরে।

মপুংফানা মঙ ফাওবা মঙবমথৈ তুম্মুরম্নালে, ময়াম লাঙনরক-পদগী মীকপ থোকই, ময়াম পোৎচৈ থাংথবগী পুম্নাঙ লাঙই। ঐসু পোৎ ময়োম অদু পায়রদুনা কুমথরে। অদুবু, কুমথরক্লিবা মফম অদুদি ঐাদ অমুক্তংসু লাক্তি বগুম তৌই। তুম্মবদুনা ইঙাও ঙাওবা ওইনা তৌই গাড়ী থাকমসি ইওন ওন্নবগুম তৌরে। গাড়ী অদুগী কণ্ডক্টর অদুদি গাড়ী মন্থুংদা পৈশা থীদুনা লৈ, মঙোন্দা চংশিন্দুনা হুংলুরে।

অঙাং অদুনা মফম অদুদি থোবাল লৈশাংথেমনি হায়রকই। ঐনা থোবাল বাজার ফাওবগী ভারা লৌখিবদু, থোবাল য়োৌবদা হৌদোরকপা য়াত্রা হায়না অঙাংদুদা চৈরুরি। অঙাংদুনা শাওগে লৈতদুনা ইরেন্না থোবালদগী লৈশাংথেম ফাওবগী ভাড়া লুপা অমা অমুক ঐঙোন্দা লৌখ্রে।

লৈশাংথেমদগী থোবাললোমদা চংনবা বসতি অথেঙবদা থায়। মরুপ অদুগী উসোব অদুতংদি য়াওবা নংনবা চংপা তাই। থোঙনা চংপা তারে।

ঙসাইমখৈ পৃকসিদা বস্ত, অমকাওবা স্তারক্তি, কোকস্থ ঙাওরি ঙাওরি তৌরকই, মৌজিক্তি হাইগথলকপা লাংরনবী মুংশাদা খোঙনা চৎপা হৌরকপসিদদি চাকপা অমস্থ য়াওরক্কে। পোৎ চৈ অচোই অপা খরা মৈদৄনা চাগদবস্থ শেদ থুমমা মরাং ক্রায়দবগা হোক্লেন ক্টলোব হাওনা চাক্তগদবা লৈরবনিনা থাঙবনা করে হায়দৄনা খুলগী পুথ্রি অচৌবদৃদা কুমথদৄনা ঈশিং পীক থম্না থকচিনে। অদৄদগী খোঙথাং অথুবী থাংবা হৌরমই। খোঙথাং খুদিংগী হৌরকই কোকলোমদা ফুং ফুং চৎপস্থ লেপ্লা লৈতে প্রপ প্রপ। মুমিৎস্থ মুংখৎলকই লৈচিল থাংগ্রবা অতিয়ারোমদগী। ইশং শংবা লৌবুক লমহাংস্থ মোং হাদনা লৈরি শারবা মুংশাদৄদা। মুংশিৎস্থ চপ লেপ্ত্রে হাই লুস্বা তৌদনা। উ-বা পৃহস্থ চপ লেপ্পী তুম্বক তুম্বক। লৈমায়রোমদগী অশাবা মনিল অমনা মায়দা য়ৈররি। অশিগুম্বা মতমসিদা বাখোঙ অমদা মী ময়াম ঙমা পৃনবা উই।

চঙশিন্দুনা য়েংলমই, নিপা অমা দেবালি কম্না থাওরি, ময়ামস্থ থাম্মরি। থম্বালগা কাক্কা কম্না তোম্বনা কাণ্ডবা উই। মরকই, অমুঙং থাদৄনা য়েংবদি কমদোই।

" " বুলাংথাংদি করমই ! করে, ঙনস্থ থম্না ঙলি খোবাল বাজার য়ৌগদবস্থ পাংবাং বাংত্রে লেবুক্ত কার্মগা লৈরে হায়রে। পৈশাস্থ খরা কংলবনিনা হোটেল অমদা চঙদৄরা ক্ষেচি প্লেট ক্ষমা চাশিলে। অদৄদং পুক্তা তাকদৄনা শিঙং লে আই। কামদে থুরোঙতাকা হায়রসি প্রঙনা লাক্তে লাইরক কমকংমা য়েংসরুদি কমদোই। অমুক, অনিরক, অহুমক য়েংলে হক্তকি মৈশনা ইচাল

চানবা উরে। হোরেন তুপ'ন উসোব চাকরগা ইম্ফাল কাওবদং বস তোংনরা পৈশা থন্না থাক্লি। মীৎনা চেত্থেং উইশিন্দুনা পুম্ন মুণ্ডাদা অমুক্তং থাবরু তরুক্ক্ষ কাওরক্কই। তস! কমদৌরি। মপু অচুম শেল্লা ময়োম অচুদগী ঐগ্গোন্দা পীননরা পৈশা থীবা চৌরে। লুপা কুন্থ মুক লংনীংঙাই লৈরে। পক্লিংদা নীংশিংই জ্যাই লক্ষ্মী ইমা ইবেমা। ভাগ্যাদ দা লৌবুকুলোমদগী চেলো চেলো হায়না লাওনরকই। ময়ামম্থ ক্লায়দনা চেম্মরে। পৈশাদ দুংদি খুং চলকৌনবা কনা হোৎনবনি অদবু, নীঙ তেকথোকতুনা চেনবা তাবমই। থাকি শেংপা খরনা তামরকপনি। অনকপা য়ুম অমা চেনশিল্লমই।

হন্নুবী অমা মথন্তা লৈবা য়ুম ওইরম্মে। হন্নুবী অদগী চন্দোন থিনরা মতাং ওইরমই। শোয় থবেং থবেং হোনবমথৈ ঐন্থু, অবোক ঐন্থ চন্দোন থরা থিনগে হায়রুই। হন্নুবী অদম্থ অহুলনগা ওইবগা মখোং মনাদ কয়া কত্রমলে লৈক্লাইগী নী ওইরবোই নীংলবজাৎনি থিল্লু, থিল্লু হায়রকুই। মথোন্দু নীক নীক লাওরদনা ওহ্মোক্না হৌনা হংলক্কই,— নংবু চান্দমুগী অঙাং নত্রো? ঐন্থ হোয় খুম-জিল্লে। চন্দোন চবা থিনুজিল্লে কৈক্তোম পময়াৎ শেৎচিল্লে, অবোক চৎলগে হায়রম্মগা থোরক্রে। হন্নুবী অদনা কম্নি কম্নিনো পংঙাঙদা ঙাঙহৌই। ঐ কম্নিমত্তা ঙাইথত্রে।

কোম্থোং হেক লাহোকপদ দদি দেবাজি থাওরম্বা নিপা অদ পুলিসনা ফাদনা লৈরমই। অতোপ্পা কয়া অমম্থ লৌবুক্তগী কাদনা পুরকই। ঐন্থ নিংদোলদি পীং পীং চোংই অদবু, উয়োবে চাঁবা

শারদ্না থোরকই। ফারিবশিংদ্না করিগুম্বা ঐস্থ দেরাক্লি থা-
রম্বনি হায়না হায়জিন্নবদি লোইরেদো। অদ্বু মখোয়না হায়দ্র-
মালে পুলিসশিংদ্না করিস্থ হায়রক্লে।

চৎনা চৎনা লেপ্তনা লাকপনা মরুপ অদ্গী থোঙ্গালদি
য়ৌরক্লে। মুামৎ য়ুংবা মতুং পুং অনিবু তাখ্র। ময়ামদি চনবা
লোইরম্মনি অদ্বু, বামোনগা চামিন্নবদি নংবা য়াই হায়বগী আশাদা
থোঙ্গাল ফাওবদি কানশিল্লে। চৎখিদবনা কুইবগা ইঙন ওল্লম্লে।
অস্থম চঙশিল্লকপদা করিগুম্বা উসোব অমত্তা তৌখিবগী মশিবু
উদে। ঙন্তানা লোইগ্রবজাংলা। শুমাঙ য়ৌশিল্লকপদদি ঐগী
মরুপ অদ্ শঙ্গোয়দা মকুম মকাই খরা থোমদোকতুনা লৈ-
রমই। ঐ হেক উবগা শাঙনা হায়রকই,— হেরা নংস্থ ঙরাং
উসোব লাকউ হায়না বাঙোন তৌথ্রগা হেক লাক্তবা ঙমই।
ঙসিনা কনাগী উসোব চৎলুরিবা? ঙরাংদি নং লাকদ্রা হায়না
কয়া থেঙবফাঙবা চাক চাদনা ঙাইরে অদুগা নংনা ঙমদুনা হেক
লাক্লে, ফৈ নং খঙনিদনা।

ঐনা চানি হায়না লাক্লিবা উসোবসিদি ঙরাংনা ঙইগ্রবজাং-
নিদনা। ঐনা লাক্লিবসে নখোয়দা উসোব চাবনি হায়বদুদি ইকাই-
রদুনা ঐনা পুক থম্না চারকপা শারদুনা খুমই,— ঙরাংদি অচিনবা
থবক অমা হেক লাকশিল্লকই, চৎকে হায়না ফনা হোৎনবনি,
ঙমাহৌদ্রে। ঙসিনা লৈশাংথেমদগী ঐখোয় অবোক্পা তিন্নরম্বী
হন্নবী অমা লৈ মখোয়গীদা তর্পন উসোব তৌই হায়দুনা চৎলুরি-
বনি ঙসিদি হেক শংই। ঙরাং লাকহৌদবগী নং শাওরম্মনি হায়দুনা
নঙোন্দা অমুক্রং চমথোক্লমগে হায়দুনা লৈশাংথেমদগী থোঙনা
লাক্লিবসিদি।

# তোমাল মখোং

তোমাল মখোং তাবা লম্বেলথুমক্তা মেরাজাও সাইকল অমা থৌগুনা লাক্লি  তোমাল পাম্বীগু তাম্না উবা ফংইদি হায়ববু য়ৌ-গদবদি য়াংলি। বোরিসা মতমগী নোং চুথিবগী লম্বেলগী মাকন অনিস্থ ঈশিং তুডগুনা লৈ। য়াচংবা মতম লানখিগুনা মমশিল্লক্লে। ছংোইনা মকুম মথা ওইবগী মখো পোংনা খোংলি। হরিনোংনাংস্থ খোজংলকই উতোন থাতোন্দা। তক্কনগী মপৈ অমনা নারক মোং-শোঙ পংম্না ঈষং লংকল্লি। কোকতোন্দনা শেকপী মপৈমপৈ পাইরি। মেরাজাও সাইকলগী খোঙনেং লেম্না লৈতনা লৈরি।

লম্বেলসিদা মেরাজাও মশিং নাইদনা চংল্রে অগুবু অসিগুম্বা মম্নবা মতমদদি মরেং, ঙল্লিংদা ঙাক্তনি। ঙসি হল্লকইবসি হৈ-ঙাংদা লৈবা য়াম্না লুনা তিম্নবা মরুপমক্তি নত্তনা থংনদি কুইরবা মীওই অমা উম্নবা চংলুবদগীনি। অদুগা নহানমথৈ লম্বেলসিদা চংখিবস্থ মা উম্নবা চংপদনি। অম্তুম তোয়না চংশিল্লকপদ্রগী মেরাজাও লম্বেলসিগা মুম্না থঙনরে। চংখিবা খুদিং মায়থীবগী শক্তম পুরগুনা নীংবা কায়না হল্লকখিবা ঙাক্তনি।

চম্না লেঙবা মীগী মকাদা য়েংচদবা, লৈজবা থরনা অদুম পেনবা হৈবা মেরাজাওগী মকমদা দশা অমা অদুম মরাকুই। থিজনা পম্নং লংনবরবা চেকি বিল্ডিং মখৈনা য়াংবা তাম্নরক্কনা য়ুগ

অসিদা মেরাজাওগীদি অহল লময়া থম্বীরম্বা ইনা কুপ্পা মৈত্তৈ য়ুম-জাওহুদগী ইহেনবু হেন্ত্রি। নোংস্থু কম্না য়ুথরুক হৌখিবা বোরিং-সাদগী মতুংতা মেংনবা হৈঙাঙদগী নিপা চন্দ্রমনী হায়বা অমদা মহাকী মমুমতুগী নোংয়ুবা মেম্নবা ই গাড়ী মপোৎ অমা পীয়ু হায়না পৈশা পীশিনখ্রগা মানা ঙমতুনা অতুম পীরক্ত্রবনি। ই হায়বস্থু হৌজিক্কি লবাই থবা ইদা করিদা তাঙনা থরা ফংবা নত্তনা ফংখিদ্রে অতুননি কদায়দগী উচি মখুল অমদা চঙতুনা শেল থারুরিবদো।

নিংথমথা হৌখিতুনা নোংজুথা লাক্লফাওবদা শেল থাব্রবা ইতু অতুম কংদনা লৈরকপসিদা তাইনফম খঙদনা মেরাজাও পক্লিং খোয়রাং খোয়শাওনতুনা লৈরকপসি কুইরে। থোবা চৎপস্থু মাশিং লাকঙমদে মশাস্থু অমুক্তা উম্নদনা লাকপাসিস্থু মশিং লাকঙমদ্রবনি। নোংমা চৈরাওবা হুমিং অমদা মায়াম মরক অমদ। উম্নদস্থু মানা থোকপা অমা পংঙাঙদা ঙাংশিল্লগা অতুম নাপ্পোক্তুনা চৎখ মেরা-জাওদি খোয়দোদা শাওগৎতুনা তোকখি।

অতুবু, চন্দ্রমনীগীস্থু হুমিং শুরমালে ঙসিদি সাইকল অমা থো-রতুনা মখোঙনা থোংনা মমং থিবা ওইনা হেক চৎলম্বনি। শেল হাৎপা ঙম্বা মীদা শেল থোবা তারবদি মমায়দা য়েংলুস্থু। মেরা-জাওস্থু তশেংনা মতুমক্কি ঙসিদি মমায়দা য়েংলুদ্রে, হায়গে হায়মা থল্লকপা বাফমতুতা হায়খ্রে অমস্থুং ঙসিস্থু পীররোই থল্লকপদা সাই-কলদ্ ওইনা পুখিবা তারে হায়বা ফাওবা য়োনখ্রে। চন্দ্রমনীস্থু মেরাজাও শাওরে হায়বা খঙদনা কেথ নৌথদনা বা থৈদোক্লবা

ফনা হোৎনবনি। মেরাজাওনা শেল হল্লো নত্রগা ই ওইনা পীখা, ঙমত্রগা মানা থৌরিবা সাইকলত ওইনা পুবা হায়না শীথাঙ থাঙ-নরকপদগী চন্দ্রমনীস্থ মাগী থৌরম্বা সাইকল অস্থু য়ানীংদা য়ানীংদা পীরকপনি।

সাইকল অস্থু পুরস্থনা থৌরকপনা মেরাজাও হুমাং কাংবমখে খুনেৎ লৈরস্থনা ফনা শাংনা থৌরকপনি। সাইকল অস্থুদি অমনবা ওইরবস্থু ইংলিসকি পিস্তোন হস্বরনি মপোৎ অশেংবনি। থৌনা থৌনা তোমাল মখোঙ য়ৌশিল্লক্রে।

তোমাল মখোঙ হায়বা রাকমসি কনাগুম্বা মীনৌ অমদা হেক হায়রুবদা নীংশিংগদবসি অথেঙবা শুক্রবা অহিংদা যমুনাগী মপান্দা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীমতী রাধিকাবু তুম্বা কায়হল্লবা খোংখিবা বাঁশীগী শুর নত্রগা গোপিশিংনা ইরুজবদা যমুনা মপান্দা তোমাল পাম্বী মখোঙদা বস্ত্রহরণ তৌবগী প্রেমলিলা। অস্থুবু, ঙসিগী তোমাল মখোঙসিদি অস্থুগুম্বা শৃঙ্গার রসগা মরী অমত্তবু লৈনদে। লাই-ওইরবা, মনাপুঙবা মউস্থু চহীনা ননশিল্লকপদগী মথেক মথেক তৌ-রবা লাপ্পা য়েংবদা লমহাঙ অস্থুগী মচিদা শূক্লা মুরবা পুঙনা কারকপা মৈথুগী মপৈ মাল্লবা উজাওস্থু তুম্পাক তাশিন্দুনা কুন্দুনা লৈবগুমই! লৈরক কোজাং পুম্বা ইলেক্ট্রিকী মৈঙালনা ফংদবা লৈত্রবা মতম-সিদস্থু তোমাল মখোঙগী কিভমদি ইহোং হোংদনা অস্থুম মরৈরক্রি।

তোমাল মখোঙস্থুগী মতাংদা, খঙহৌ উহৌবদি কনাস্থু লৈহৌ-রবা অস্থুগা হায়নবদি ঙসিস্থু লেপত্রিবা লৈশাবী অমা তোমাল

পাম্বীসিদা থৌরি য়ান্দুনা শিখি হায়বসিনি। মুপীহু ইনাক-কৈরাক থুনবা পাখং অমগা মুংশিনরম্বা ওইরমালে নোংমগী অয়ুক অমদা মুপীহু থৌরি য়ান্দুনা শিরম্বনি। অহিং অহুদা মুপীহু নিপা অহুদা চেল্লকপনি অহুদা নিপাহুগী মপা অহুনা মুপী অহু মমৌ ওইবা পামদবদগী চংখিনবা হায়বদা য়াদবদগী হাংতোক্লগা হুন্দোকফম লৈতদ্না তোমাল পাম্বী অদুদা থৌরী য়ানশিনবনি। অখঙবা তাহৌবতা নত্তনা উহৌবা মীম্নু য়াওখিবজাংনি অদুবু শেলনা মীচিন মেনখি হায়নৈ। লৈশাবীদু মহুক মরক্তা অহিংদা থোকইকাম্নু হায়নৈ। তোমাল পাম্বীসিনা লোন থোক্লম্নবদি মানা লোইনা হায়রবা ওমগনি। মীপুম খুদিংমককি তুকচ্চ অমা লৈদনা অহিং হেক ওইবগা তোমাল মখোঙদুদা কনাম্নু চৎনদে।

চৎনা চৎনা মেরাজাওনা থৌরিবা সাইকলদু মনীং চাকা মুংশিং তারক্লমই। পুক্লিংদা চন্দ্রমনীবু শাপ তৌই, ফত্তবা মীনা প্রায়রম্বা সাইকলসি কাওবা বেরা চক্রি য়াম্না থাংই। সাইকলদু ইন্দুনা পুবা তারে। তোমাল মখোঙদি নকশিল্লক্লে।

মেরাজাওনা খল্লকই, ময়াম্না কিনরিবসি লাইবু ওইরবদি কৈনে। লাইদি থুক্লনজরগা হায়জরগ। য়াই লুরিবদি ফত্তবা মীনি। মী ফত্তবগী হিদাক লৈতে। মানা কৈথেল কাজরগা পোৎ-চৈ য়োঙ্গরগ। শীৎপা পোৎচৈদগী পৈশা খজিক্তং ফংজরকপা কৈথেল কুম্বাশিংদগী পোৎ চৈ লাকই হায়নরিবসিদি লাইদি নত্রে।

মাঙদা চঙশিনবদি লৈপ্পা লৈতে। মফমদু অঙকপা ফংনা চাকই। পুনিমা ময়াগী থাবল থোকদবদুগু নোং মংবনা ইমম

মমই। অকোয়বদা লৈরিবা পোংচৈ উবদি ফংই। মেরাজাওনা খল্লকই, মুংশীং য়াওত্রবস্থ গাড়ীহু অহুম খৌজিল্লগে তায়রদ্‌গা তিপতুগা মাঙজরবস্থ থুনা য়ৌখিবনা কৈ।

গাড়ীহুদা কাখংকে হেক তৌবগা মশক্তি শেংনা উবা ফংদবা মী অনিথক লম্বীগী চিদাইদা লেপ্তুনা লৈবা অমদি উরমই। মেরাজাও খায় লাওই! ফুরিংখাওদগী বেরী অমা লৌথোক্তুনা থুনা চমখংলমই। মী খঙদে লাই খঙদে হৌজিক্তি মাইয়োক্কর-বনি। খরগা নকশিল্লগদি মীওই অনিহু নহা ঙাক্তা ওইরম্মে, মেরাজাও কৌশিরা কৌমুশিরা খল্লি অহুবু, মাঙলোমদা চঙশিনবদি লেপ্তে নহা অনিহুনা লেপ্তুনা লৈরিবা মপাদ্‌ য়ৌরক্লে।

তাদা গাড়ী য়াত্রবা ইল্লিদ্‌বো, নহা অমনা হায়রকই। মেরাজাওনা খুমই, হোয়নহৈ, ইয়াম্বগী গাড়ীসি চাকা মুংশিং তারেনে। নহা অমনা হায়রকই, ওঃ ওম্ভোকপনিদা লম্বেলনগা চীক্লে, মমগা মম্মে কদায় য়ৌবিগদবনো ?

মেরাজাওনা খল্লি অশেংবা মফম হায়দোক্তবা ফৈ অদনা শম্না খুমই, ইয়াম্বদি লাপইনে চংকদবা, ইনাওশিংদি কদায়দগী ওইরম্মো।

নহাশিংদ্‌দি হুংনবদা অদ্‌রাইদগী ওইরমালে। মথোয়মু মেরাজাওনা চংলিবদ্‌গী মনাক্তা খোঙ থাংবা হৌরে পুন্না চংমিন-নরে। নহা অনিদ্‌দি ফাগিকা য়াম্না পুবা য়াম্না মুংঙাইবা অঙাং-ঙাক্তা ওইরম্মে মমা কৈথেল হল্লকপা ঙাইবা লাকপনিস্থ হায়।

মেঁরাজাওগী পুক্লিং খরা লৈতারমই। মহাক্না ৱাফম অমা হৌ-দোল্লমই,— ইবুঙো ভোমাল মখোঙসি পোৎমাঙ চৈমাঙকা য়াল্লা তোয় হায়রিবা, হেক মমখিবদা মীনা চৎপা হঙোইরিবসি কোক্লবা মৈকা খরা থাল্লবদি ফগদবনিকো।

নহা অমনা শাওনা খুমকই,— লমসি চেম্মহল্লিবা কাংবুসি কনানো হায়বদু ঐখোয়সু খিরিবনি হেক ফংবগা চৈ লেংগদৌ-রিবনি।

মেরাজাওনা খল্লি, হুরান চীন্থী তৌরিবা কাংবুসিদি লৈকাইগী মী অমত্তা নত্তমালে।

তোমাল মখোঙ মপা চপ চানা য়ৌরক্লে! মেরাজাওনা খল্লকই, খোঙনা চৎপনদি ওইররোই মুংশিৎ তানা তানা সাইকলদু অহুম থোরগে। মানা নহাশিংতদা হায়,— ইবুঙো ইনাওশিং উন্নবা য়াম্নদি মুংঙাই হায়ববু ইয়াম্বদি লম খরা লাপ্পনিনা মুংশিৎ তারবসু তানা গাড়ীসি থোগৎলগে।

মেরাজাওনা সাইকলদু হেক কাখৎকে তৌবগা নহা অমনা সাইকল মনীংদা তাপ ফারগা হায়রকই,—তাদা মুংশিৎ তারবনিনা মুংঙাইররোই, গাড়ীসি থগ্গীরম্মো খোঙনা লেঙবিগ্রো, ঐখোয় ক্লোৎচহৌরগে।

গাড়ীদু মুলহৌই!

মেরাজাও স্বাই লাওই প্রপ প্রপ চৎপা হৌই। অত্তোপ্পা লিপ্পা অমচুনা হায়হোই ঘড়িগা খুদোপ্পকা য়াওগ্রা য়েংবা য়াগ্রা।

মথংগী অয়ুক্তা থবরদা ছাপ্পকই। তোমাল মখোংদা মতম কুইনা হুরান চাঙী তৌরকপা নহা অনিথক পেট্রোলিং চংপা পুলিসনা পোংকা কোম্পনা ফারে। মখোয় অনিহু অমনা লমদমতুগী এম এল এ গী মচানি অমনা অকাওবা ঠিকাদার অমগী মচানি। মখোয়না লোংলপ্পা মখল মখা কয়াগী পোংচৈ ফাবদা নত্তনা নম্বর কোর গ্রাম চাযঙা অমগম্ফু ফারে।

# মোমোন মীনোক অমা

বায়েনশঙ য়ৌদনা চয়েংনবক্ তাইশিল্লনবা মীফম অমা ফমখি। ঐস্থ য়াওরমই তাইশিল্লনবা থেম্নবা মী অমা ওইনা। ওসিদি মতুদা য়াওখিবা অঙম অথৌশিংহুগা পুম্না চাক চাবগী থৌরম অমা পাঙথোকদৌরি। মরম অহুনা চন্দোন চব্বা থিল্লহুনা কীঙৌ শেংলহুনা ঐস্থ চাক চানবহু য়াওননবা চাক চাকমহুদা থুংলয়ে। লাইরবশিংবু আইনগী থোঙজিন য়ৌহন্দুনা বায়েনশঙগী বিচার যং-জনবা সরকারনা কাইথোক্ত্না থম্নবা ফন্দ অহুদগী ফনা নিংথিনা শেল কাইরহুনা চাক চানবা অহু শীল্লিবনি, ইনাকথুনবা চাবা বাৎ-ছবা ময়ামহু চাননবা। কার জীপ স্কুটরনা থফম চম়দে মফম অহু। সেমিয়ানা থল্লবা কর্ন্াট থারবা পূম্নিং হুনা নীংথিনা শেম্নবা খুৎ-শেমগী লৈকোল অমনি। চুরুপকি মৈথুনা লৈচিন থাহল্লহুনা ষ্টে-রিওগী খোঙ্গোস্তা পোপ মিউজিক্কা খোম্গাং যৈহল্লবা অমরোমদা প২রিং মথুম মরাং হৌরল্লবা ভিডিওগী মমি কুম্মৈদা য়ুগী নিশানা তাওরবা লাইরবগী মপু অঙম অথৌ ময়াম অমা হরাও মথোই কারি। অমমম অনিনি হৌনরহুনা কা মহুং অমদা অমুক অমুক চঙনরুমগা তাইহাক লৈরগদি মমীং মমায় ভাঙলহুনা থোরকই লৈয়েং কাইরহুনা। কনামত্তা চাক চারসি হায়বা কাওবা হৌদোক-রক্কে।

ভাইববু কল্লবদি না কাওবদি থাররক্রে। লৈয়েং কাইরবা খোঙ্গোক ময়ামত্তু কার্মদা লোইবা ওক ময়াম্না মপুনা মচিঙ্গাক থাররকপা মতমদা ইম্নরকপত্তু মঙায়।

চাকা কল্লা হুকৎনরকপা মতমত্তুদা অশীল অরাঙ ওইরিবা অঙম্বত্তুদি য়াওরিবা মুগী অভাংগী ইজ্জৎকা অমস্তা য়েংদবমখৈ ভাঙ-মীংবদা ভাঙবা মচৌম্দদগী অথিংবা য়া৽দবা লোন অমনা ঈশৈ ওইনা শক্লহুনা থম্বা জগোই শাগৎলকই। নিশাদা ভা৽দবা কাংবু-শিংনা চাক্কু থুনা লোইবা ভাইনথি। লোইবম্বু অত্তুম মরোইরকই। জায়রবদা থুংনবা শেনকমদগী থম্নগা শ৽নবা ইনাকথুনব; ময়ামগী চাক চানবত্তু উচিম নাচিম্না লোইদি লোইশিল্লকখি।

রাথল অমদা উংলত্তুনা হল্লকই য়ুমদা। থিজিবা চা৽দান অত্তু অত্তুঙম্বা মকম অমদদি দরকার মুকওই ওইরমদবজাৎনি। ধর্ম্ম লৈত্রবা ময়ামত্তুনা চল্লোম থিজিলদ্রা কিঙৌ শেংলদ্রু: মীমাঙদা উৎনবদি হোৎনৈ অদ্রবু, কৈজোম পুময়াৎ অমদি চক্লোনগী মকমদা ভৌমথিবা থবকশিংদ্র থজিল্লংদি হৃকমনবমি অদ্রবু, কনাম্বু পামদে হায়নরক্তে। অমোইদদি থোয়রাঙজৈ, থল্লকই, চল্লোন হারবসি লাইসেন্স পাম্বা মীঙনা লৈবা য়াবা অমদি লাইবক্তা থিনবা রাখা ওইরম্নবদি য়াদ্রা কগদবনি। অদ্রবু, দ্রকান অমদা হেক্তা শিকি অমলীত্রে ভম্বা জজমান অসি থিনকম্ম থোক্লবা মী৽ই-কয়ামা লাই-বক্তা থিজিরগা অম্নিরা লেম্ললিবসিমক লাইবক থীবনি।

য়ুমদি উজিনু নাজিন্না য়োরক্রে। মাইকল অদ্র ইনথিঙ্গুনা শুমাঙদা থবদা ভায়রিং ঙরাংগী মীকমদা লাকথিবী মাগী নিপানা

ওৎপদা মায়হীং কারবী, ছিংনীংবগী আশাদি লৈরিবী অদম্বু, মরায়বক্লা নেমদুনা কনা হায়দোক্তনা বানা লেল্লিবী মুপীদ ঐবু ভাইদনা লৈরম্মে। ভরাং মহাক্লা লাও খোংদুনা হন্না হন্না বাকৎখিবনি মাগী নিপাদুগী মীওৎ মীনৈ। কনা লৈজদবা, মীবু শা শলগুম ফুবা, মীয়াম মমাঙদা খোঙ্গোইমবা মথং মথং মাগী তাবদা পেল্লবা ভরাংস্থ লীপ্পবা বারী ময়ামদু লীবা হৌবগা লোয়ননা মমীৎতগী মপি তাবা হৌরক্লমই, মখোল খোক্তনা শূৎ শূৎ কপখি।

কপ্পা হায়বসিনা পুক্লিংদা লৈবা অৱা পোৎলুম থরা কোকই হায়নৈ। ঐনা থেম্বা তৌদনা মহাকপু ভাইহাক কপহল্লে। ওদোক্লা চাক্লা থমোই কাররবা বাকৎফম খঙদনা যুমহুনা লৈরুবা থমোইমুংদগী পোকখায়রকপগুমই। মহাক ঐভোন্দা চৈ চৈহুনা কপ্লি— মীয়াম সমাজগী থবক তৌবা মীনি হায়বদাই নংবো, ঐগুম্বী মুপী অমথক্কী সমস্যা ফাওবা কোকইনবা ঙমদবা, ঐগী অৱাবা কোকপিবদি সমাজগী থবক নত্রা?

মানা হায়বা বাফমহুস্থ চুমই। অদুবু, আইমা চঙশিনবদা বাবধ মীওইবগী থমোইদা লৈল্লিবা মরীনা কায়থরক্লবদা সমাজসেবী কয়ানা কার তৌদৌরিবা। মসিমস্থ অচুম্বনি, লুহোংবা মতমদদি মুংশিননা হোডখিবা ভাকনি। অদু ওইরবদি হৌজিক যুনরিবসিনা কনাগী মরালনো? অমনা অমগী মথৌ তৌনরক্তহুনা থমোইগী লৈনরম্বা মরীহু তংখিবদগী মুংশি খঙনরক্তবা ওইরম্বস্থ বাই। মাগী নিপাহুস্থ ভরাংগী মীফমহুদা লাকখিবনি। মানা হেক শাওরিবসি

মুপীতুনা মাগী সেবা মচেৎ অমত্তা তৌবিদে, নোং হেক ঙানবগা মরুপকি শেল খোম্না হেক্তা চৎখিবনা মুংদাং ওইরগা হক্তিল-লকই হাযখি। মুপীতু পৈশা নত্তনা করিমত্তা উদে হায়। অতু ওইরবদি করিগুম্বা মুপীতনা নিপাতুগী সেবা খজিক্কুং তৌবিরবদি খৎনবতুদি থোকহন্দবা য়াবনি। অতুবু, মুপী অতুম্তু মাগী মরালতু খঙজদবনি। কনানা লাল্লি, কনানা চুমই, ঐ বিচার তৌবা ঙমদে, অতুবু, অমনা অমগী মফমদা লৈফম থোকপা মতৈ মনাও ওইবগী দায়িত্ব্য মশক খঙনরম্লবদি খৎনবতু শোয়দনম্তু ফরমগত্রা খল্লি।

কপ্পা লেপত্রবা মতুংদা মুপীতুনা হায়রকই,— ঐ নিপাসিগী মথক্তা কেশ তৌবা পামই, লেম্না আইনগী তেংবাং পী হায়বদাই, ঙরাং হংবা মতাং চাদতুনা হংহোদবনি, কনাদা চৎলগা ফংগনি মতেংতু, ঐ চপ চানা লমনখুম্বা পামই। মাদা হাৎলম্নগা শিত্রবম্তু বেরা লৈতে।

মুপীতু ঙরাংতা অহানবা থেংনবনি, মমিংম্তু খঙদে, অতুগা, ব্রাকৎফম ওইররিবা ঐম্তু করিমত্তা তৌবা ঙম্বা মী নত্তে। অতুবু, ঐনা মকোক্ত অমুক্তং ইংথহনগে হায়তুনা ব্রাফম অমা হোদোক্লমই,—সেবা মুংবাকা অমত্তা তৌদ্রে, ঐদি চাকম্তু পুক য়াম্না থল্লি হৈ মহী থকশী, ঐ ইংখোল মতোন্দগী চম্প্রাসি হেক্লকে।

ইমুংদগী হৈজ্‌াং, গ্লাস, চিনি, থুম পুথোক্ত্‌না হেক্লবা চম্প‌াতু খায়রগা শুমগে হেক তৌবদা মুপীতুনা চঙশিন্লক্ত্‌না ঐ শেমগে হায়তুনা শেম্বা হৌত্রে। ঐগী গ্লাস অমা মাগী গ্লাস অমা শেম্নগা থকপা হৌনরে। কনাম্তু ব্রা ঙাঙনদে।

সুপীহুনা হৈ মহী শেম্বহু য়াম্নস্থ মচু তাই। মানা নোংমগী অসিগুম্বা হৈমহী গ্লাস অমমমর্ত্তা, বনা থবক শুরুগা হল্লকপা নিপা ছুদা পীথক্লবদি, মৈত্রগনা ঈশিং গ্লাস অমত্তা ওইরবস্থ মতম চানা লাপ্লবদি খংনবহু থরস্থ ফগদবোই নীংই।

হৈ মহীহু থকপা লোঁইবদা সুপীগু মকোক থরা ইংবগুম তৌই। ঐনা তপ্পা থেম্নমই, — য়েংও, পৈশাসি হিংবদা চঙদর্বাদ য়াদে হায়-ববু, পৈশানা মতৌয়না চাউথোক্লিবা ছোৎনক্লবদি মীহু পৈশাগী মনাই ওইখিবা তাবনি। মচা মবাগীদমক্তা থনবা ঙম্লকুবদগী য়ুম কায়থরকপা তাবনি। য়ুম্না কায়রক্লবদি মী পুন্না শোরোক থোক-নরক্লনি। শান্তী ওইনা হিংবা পুন্সি হায়বহুদি শেলনা লৈবা স্থকফং ফংলোই।

ঐনা ডাঙলিবহু তানীংইদ্রা তানীংওইদ্রা থঙদে, ঐদি ডাঙবা লেপত্রি,— থমোই পান্দেবা আইন সংবিধানকা হায়বহুদি সমাজসি চলাইবদা মথৌ তাবনি। মতৈ মনাওগী থমোইদা লৈনগদবা মন্নী অর্মদা শান্তীনা য়ুম্ফম ওইরগা পানগদবা য়ুমহুদা আইন সংবিধান্না পীবা মন্নামসি পুশিল্লুরবদি য়ুমহু মতুং তরেৎ থোক্লা কায়বা তাবনি।

তুমিন্না লৈরবী সুপীহু ফং শাওরকই,— সুঙদা ঈশিং চাইবব্ব পেৎপুন্না? ঐ ওইথোকদবা লম্বেল অমা পামই, ইংনা লৈবা পামই।

ঐনা অকুক তপ্পা হায়রমই,— নঙ অমুক্তা য়ুমগী সুপী অমগী মথৌময়ামহু তৌহনা লৈথোরগী কায়থরক্লবা থমোইগী মন্নী অমহু অমুক্তা শাগৎপা য়াত্রা য়েংউ।

# ইনাকখুনবগীনা পোয়নু, লায়রবগীনা চাকহেন্থা

নোংজুথা য়োরক্লবদা নিংথমথানা য়েশিল্লক্লবদা লায়র ইনাক-খুনবা খন্দোক্লবা পংলু লুনা থোকতে। নোংজুথাগী নোংপুম্বা লায়রবগী সুমাঙদতা তাবগুমই। নিংথমথাগী উনস্থু লায়রবগী ইগী য়ুমথক্তুদা উবা ফংই। নোংজুথানা লাক্লবস্থু শেলনবু তানশিল-হৌরবদি খোঙ্গ্‌ াই চন্দুনা চাবা য়াই।

লৈরক কে'সাংপুম্ব' ঈশিং থুমখিবগী লৈখোম লৈনাংতনা নীক নীক লাওরি। মীয়ামপুম্বগী পূক্লিংদনা মাঙ তাকখিবদু তাইনফম খঙদনা খোয়রাং খোয়শাঙনবা কান। সরকারগী অঙম্ব-শিংনস্থু ঙাইহাক কোয়রকতুনা মতৌ মাংহনবদগী হেন্না করিমত্তা তৌ'বিরবা। শূদবা য়ারবস্থু চাদবদি য়াদবা মীওইবগী পুন্সিসে করি তৌরগা চাগনি হায়তুনা খনবদা কনা অংনা লায়রবা মপাল থোক-লবা মতম। অমরোমদনা শন্দোরকপা ঈশিংগী লায়নাবু ঙাক-থোকক্রা, চেঙনা কমদোবা তারিবা হায়তুনা মীপুম খুদিং মিপাই-নরবা লৈবাক্লা কাং খোং চাইরবা মতমসিদা মপা মপুনা কৈরাক থাবিরম্লবগী মথকতা মীয়াম্না শকখঙনরবা সত্যজীৎকিদি মচা চউম্বগী ভাল্রা অমা শিল্লি চাক ওইনা তৌগদৌরিমাংলে।

লৈবাক্কী অঙম অথৌ খঙন চান্নবা মচীন তোংবা মীওই ভাক্তা লাক্কদৌরি। নোং ভারককনি হায়বগী চিংনিঙাই লৈতে। মুমাঙদা জিজ্ঘনা খনবা মান্দব অমা চাউনা খল্লে অতুগা পাল্লাদু ভত্নানা ঈশৈ হৌরে। পাল্লাদু কোয়েং চাও পাল্লানি শকপগী লোইবা নাইদে। অচঙ অচঙ ফি অমদি পৈশানা ওপার অমনি। ইমুংদনা মরোল অমা মহা মনাইগী লিলানি। সোমদনা য়ুম্বু সতাজীংতি পোয়েং লৌশিনবদা পাম্নোম শিথরে। অতুবু, লাইবক্তা কারকপা হুমাং অত্থু ফিজিনা অমুক তৈথোকই অতুদগী লৌশিনবদদি হলেংবা লৈত্রবা থমোয় অতুনা মায়খোঙদদি ইকাইশন্নবা মালহল্লগা মচীন পৈরপ মোমোন তৌশিন্নরগা মখুৎ লোন্নরতুনা পৈশা লৌশিনবগীদি লোইবা নাইদে। লুপা চাম্মদগী তাবা অমত্তা য়াওখিদে। ইকাই ইকাইনা য়াম্খৈ চৎপী পীবা অমা অনিদি মরক্তা য়ানখিবগুমম্ব তৌই। অম্বম্মা মচাগী মুংঙাই য়াইকনবগী যজ্ঞ তৌতুনা নাঙ্কৎ নারেং তৌবা ঈশ্বরগী মফমদা থৌনিজগদবা মুমিৎ অতুদা য়ুম্বুদুদি পোয়েং শেল তুংশিন্নবা বাক্সি শেন্নতুনা লৈরি। বাক্সি অমদগী অমদা চন্দতুনা থৈদোক থৈজিন অমুকসু তৌরি। মপা অমা ওইবগী যজ্ঞদা ফম্বগী মথৌ তাদে।

অমুক থেঙলবা মাতৌসিদা হোবে হোবে তৌরতুনা ঐম্বু না তুংপা অত্থু য়াওবা লাকখি। ঙমজবা পোয়েং পীগে হায়না পুরক-খিবদি লুপা কুন্দংনি অতুবু, চাম্মা চৎপী মরি মঙা লাকোয় অমদা হাপ্তনা লেন্নরতুনা পোয়েং পীনরম্বা উরুবদা পুক্লিং খজানখি। শেলতু

কুন অমগা হেন্না পীখিবা হায়বসে য়ুমগী মহাম য়াম্না ভাগদৌরি। অদুনা ফনা য়াম্না খবুরবসু ঐ লুপা কুন অমগা থিরুনবা নাহুৎক্রম-চুদগী থোরক্লে। ময়ামদি চাক ভাইনহৌরি।

পূকনসি খনফম অমা ইথোক থোক্লক্তবদগী য়ুমদগী লাইবক অমুক্তং য়েংলুনবা চওলকখি। শোরোক মচীনগী ময়ুম থুমদুনা হোং-দোক্লুনা কৈথেলদা লৈরিবা ময়ামদু উরকই। চাবা থকপা য়াম্না থুদোং অমা চাদনা লৈনহৌরি।

কৈথেলগী নাকন অমদা মচা অমা খুংশমদুনা মুপী অমা লেপ-তুনা লৈরমই। ঐবু উবদা তাদা অমুক্তা ভাইখো হায়না খামই।

মুপী অদুনা ঐবু য়াম্না খওনা তৌই। মহাক লৈকাইগী মৌ ওইরমনি অদুবু কনাগী ইমুংনো হায়বদুদি খঙদে।

লেপ্লুনা হংলুই,— করি হায়গে।

থুকউ মথাগী ফনেকসু পুমচোৎ চোৎলি, ময়ুম ঈশিং থুম্বী মী শোয়দনা ওইরম্বা তারে। মরায়বক্তদি চন্দোন মচেৎ অমদি অদুম মথিল্লি।

মানা হংলকই,— তাদগীদি ঈশিং থুমদ্রা?

—থুমই অদুবু উচিন নাচিম্না হম্লগ্রে ইমুংদি চংবা য়াদ্রি।

মুপীদুনা হায়রকই,— ঐখোয়গীদি য়ুমদু ফিভম খরা চাদনা লৈবনি, মখোয় মপানসু শেম্বা তাঙা চাদে হয়েং পোয়নুকা অদু-বাইদা শেমান হায়দুনা লৈবনি। অদুবু, য়ুমদু ঈশিং চাওবদা য়াংগদ্রে।

লায়রবদা লাই চঙবা হায়বত্নি অহৌবু, ঐনা তৌবা ওবদি কাসি লৈ থনবা হৌরকই।

ঐনা হংলমই,— হৌজিক্কি কনাদা লৈরি ?

—খুড়া অঙৌপী শঙ্গোয়দা

—চাক্কি কদায়দা চারী ?

—কেম্পতা।

ঐনা অমুক খঙনীংলকই, মখোয়গী অভাং মপাত্নদি কদায়দা লৈবজাংনো। মানম খুমকই,— চুরাচান্দপুরদা ঠিকাগী চৎখি, থুনা লাকনি হায়রম্বনি ঈশিংনা য়াত্রমালে।

নুপীত্না মখা তারকই,— তাদা পৈশা য়াওরবদি খজিক্কী পীবিরমউনা, ঐগীদি কেম্পতগী অত্নম থবা চাশল্লবস্থ য়াই, অত্নবু, অঙাংসিদি চ ফম থককম অমত্তা খঙলক্কবনা ওসিদি ময়াদা করি-মত্তা তাদ্রে। করিনো অমত্তা লৈগদবম্ব পৈশা অমফাওবা লৈতে ঐগীদি হৌজিকস্থ লুপা কুন অমগা অমস্থ দম্মকার লৈ। মীগী অঙাং-মনা হৌংপত্ন য়াওদি য়াম্না য়াওনীংই অত্নগা পোয়েং লুপা নিফুত শুনা পীনবা লুপা কুন্দংগা কদায়দগী লৌকশিগে খল্লিতেদা খোক্লিবা মভৌসিদা কমদৌনি। তাঙাসিদি মী অমা ওইনা মতেং পাংবা য়াবা পাংনকম খোক্লবসি অত্নগীস্থ মথক্তা মসিগী মতাংদিদি মপূ-রোইবা তাম্না লৌখিবা, ঈশিং ঈচাওনা য়ুম তাওথম্নবী অরাধদা হায়নীংঙাই লৈত্রবী অত্নপা ন্নুপীস্থ ওইরিবী। মাগী মাস্থৎপগা লায়রি। ঐনা শোয়দনা পোয়েং পীথোকত্রগদবা পৈশা থম্না

পায়রিবগি থুপীসিদা ওইবা পীবক য়োকই হায়রবগি ঐগী পুক্লিংগী থারেপনি। ঐগী পোয়েং য়োহৌদবদা ঐবু থাখঙদে হায়খিবদি য়াই অদুবু, ঐ অমগী পোয়েং থাংখিবদা মুমুতম্মীদি করিছু মহাম ভাদে অদুবু, পৈশা অমত্তা পাম্ব্রবী থুপীসিদা পৈশা খজিক্কং ফংহল্লবদি চৎলা হেল্লগদবা অঙাং অমগী মকুক্তা চাক মক্ক থরগি ভারনি। ঐনা ফুরিংথাওদা চুমজিল্লমই। কুনচংপীদু ভাশিন্নহনা য়াওরমই ফুরিংথাওগী মচি অমদা।

ঐনা পৈশা লোথোক লেথোক্কা হায়রমই,— নংবু কৈথেলগী য়োনোলে?

—লাইশ্রমগীনি।

সে সে হায়দুনা পৈশাদু মঙোন্দা পীরে। য়াম্না ইকাইরবা লোই অদুবু মথারদি মকা লামহৈ। ঐগী পুক্লিংসিদসু হায়কদম খত্তলবা ঙুং ঙাইহিবা অমা কাওরকই। অদুগুম্না লুংঙাইথিবা অমুক্তা ফাওখিদ্রি। অদুবু, থংনবা মীকুপ্তা খনবা হোরকই, হৌজিককিদি মাথী শীনবা কোম্নরথসু হোরেন্দি কম্দৌদৌরি।

# কুম্মেগী মথক্তা কুম্মে অমা

কালেজ্জাওগা হৈতোম্বীগগী লুহোংবহু নহান য়াম্না চাওনা
লৈবাক পংজাও থীনবমথৈ পাঙথোকখি হায়না খঙনা চাম্নবা মক্লপ
মপাংশিংগী মরক্তা ঙাঙনৈ। তশংবস, চাউদকা হায়বদি য়ার-
রোই অউনপোৎতগী, অয়েবী অখোংবীদগী, থানখিবা মৈদগী খল-
লিবা মাগুবতগী, কনাগী ত্রিল্লিবা ময়ামদগী হেন্নোক থোইদোকপতা
ওইখি। ভাবোকশিংগী মরক্তগীনা অমুক্তোইবা কারদা ফিরাল
পাইবা মগ্রিস ফনা য়াম্না লাক্লখি। কমকা থব্না পীকপা নত্রগা
লায়রা অনংনা মীরক্কা কয়া তিঙ্গরক্তবা মীকাদি লাকউবগীবু কাম্নবা
নত্তে। পোয়েংদি চামা চৎপীদগী তাবদি লৌদে হায়না কম্না শন্-
দোক্লরকপদগী লুপা কুন্দগীনা য়াথৈ ফাওবা পীজগে হায়না লাকপা
কাংবুদি শেল পুনবগী ইরাং অমদসু কম্না হাপকৎলিবনি। অহুগা
শেল পুবা ফংদবা মীচঙ শঙ্গদা বাৎচবা কনাগুম্বনা লুপা চাম্মদং
শুনবা ময়ুমদা চেম্মক্লরিবনি। কদায়দগী হাওরোংবমগী ইমুং চাম্ন
চিম্ননা লৈথ্রবা মতৈ মনাওহু মাগী নিপা অহুনা পোয়েং চাম্মদং
শুনবা ময়ুমদগী লৌবা লাকখিবদা ভাথুম পুননবা য়ুম্বরেম্বাহুনা
লোৎতুনা থমজবা শেলহু শোকচিল্লকই হায়হুনা থৎনরকপদগী হুপী-
হুম্ন মপাম য়োপ্রপোৎনি।

হুম্নিৎতুদি কারতদা চাম্মা, বস অনি ট্রেক অহুম্নি হায়রি।
বরগী বেণ্ড পার্টি অমা কন্যাগী বেণ্ড পার্টি অমা কম্পিটিশন

তৌনহনবদা শেলতনা মরেপ থুম্ব্রে হায়বস্থ তায়। মনীং লৈকাইগী তা ধরমসিং লৈকাইগী অশি অনা থোকপগী লাইব্রিক তাবদা খরা খরা চৎচবহুস্থ হন্দক্কী লুহোংবসিদদি কোয়েৎচাও য়েৎলহুনা পালা মরক্তা লেপ্পা ফংজখি। মহুদা থারকপা শেলহুতনা মারুটি কান্নগী স্কিম অনগী থা অমগী শেনথায় কোম্নৈ হায়হুনা অয়ূক অঙনবদা কা ঙাংশঙ ঙাঙনা চারহুনা হোটেলদা বঃরেম ঙাঙলরে। থারকপা কম্পোর কাম্থ ময়ামহুনা নিংথম থাগী ফিরোল লৈডবস্থ য়াগ্রে হায়।

মীওইবনা ন্নুংঙাইরক্লবদি শা ঙাদা তাইনব্লকই। হন্দক্কী লুহোংবগী ন্নুংদাং বর মমাম্লবা ময়াম চান থরুবা লাঙবা জিব পানবা ফনা য়াম্লা শহিদ ওইনখি। শহিদ ময়াম মরক্তুদা মমাঙ লৈকাইগী লাবথোয়গী জেকস্থ য়াওগ্রে।

লৈকাইগী লৈশাবী অরিবাগা মৌ অনৌবীশিংগা শম ফোয়নরকপগী মতাংস্থ য়াওরক্লে। ইবেতোনগা ন্নুংশিরৈগা লৈকাইদা ওহুলকপা মৌ অনৌবী অমনি। মথোয় অসি মরুপকি শেল খোমদোক খোমজিন তৌনৈ। শেল শান্দুনা মথোই চামিম্নৈ। অহুগা সনা বন্ধান লৌবগী থবকস্থ তৌমিম্নৈ। নহান লুহোংবহুদা ইবেতোম্না বন্ধান লৌবা সনাগী মরৈ অমা ন্নুংশিরৈনা লুহোংবগী যাত্রা পূবদা শিরুনবা রায়গ্রগা থিল্লক্তবদগী হংনরকপদা অচিনবা অমা কোম্নরা ন্নুংশিরৈনা য়োম্থোকগ্রবরা অমুক বন্ধান থমগ্রবরা তৌরুরমালে অমুক্তোইবা খুৎ থোক্লরক্লুনা শম ফোয়নরকপদগী লৈকাই রাথোক ওইহুনা চৈরাপ গারোং য়োনগ্রে। ন্নুংশিরৈস্থ থানানা ফারুরে।

পাও অমম্ভ ভ'রকই, ইনাক কৈরাক খুনবা মীনা মীশক মীমায় খঙবা ভাগ্যেমগী লৈপাবী অমম্ভু মনা মপাগী নীংবা কাহল-লম্নগা চেনখ্রে হাযরি। মুম কৌবা জাংনি নিপাদো নঙান বব মমাম্নবা ওইনা য়াম্না অও অপা শারহুনা তৌবত্তুদা ইনখংলাক্লিবা অঙাংনিনা করমগবোই নীংলুহুনা ভাগ্যেমগী কেশাইচুম্ব খরা হেক হেঞ্জিন্নুবা জংনি। অত্তুদগীদি এতম বোম তাও রগা চোইববা পুন্সিনি হাযনা খন্দোক্লুরম কে ভাইহাব হুংভাইখ্রাবনা কৈ হন্না অত্তুম চেনখ্রবজাংনি। নিপ চুদি ছুগ চাব হিদাক মপী ভমা ওই-রকপদগী মমা মপান লাই কংলবজাংনি। মত্তুগী অমুক ফাদোক কাজিন তৌনহুনা হায়েংদি কোটভা মুপীছু মপাগী মনাক্তা হুন্দহন-গদ্রা নিপাত্তুগা নহনগদ্রা হায়বগী রাকম খম্নগদৌরিমালে।

তা গৌরহরীগা তোমাতগম্ভ হন্দক্কী লুহাংবসিদা বৌংদ্রে। রাকমদি ভেগী তৌদাও হবাইমাও ভমা লৈবত্তু বর মপাহবা মথমগী মহৎগী ...রিনথ, ভাগ্যবিহরীগী ...চানিপা অহল লগাও খাওবা অমা ... খুংমাক্লরমালে। অহাংহুম্ভ ... ছুম্ন-বত্তুনি মপাত্ত উরিক লুগুন শিত্তুনা চন্দোল লাইপোং কোন্দুনা লৈকাইগী রেখব ময়াম মশীং থৌরবপদা মবেত্তা লৈজরিবত্তু খজিক্তা খম্নচবনি। মত্তুগী ফলমা করি থোক্লবগে হায়বত্তু ভসাই অয়ুক তা গৌরহরীনা চন্দোন লাইপোং থাদোক্লুনা গীরিরাজ পুজা তৌরিঙৈদা তোমালনা লরাইলেঙ্ফুদা লাক্লুনা লৈকাই তানবা লাওখ্রে,— 'তাদা! তাদনা উরিক লুগুন থাংহুনা

লাইনীংলগা কৈদৌনগদাগে, নচানা হৌদোঙ চারবদবু, কাম্নদৈ উরিক লুগুনকা মে থাদোকপিগ্রো'।

তা গৌরহরীদো করিমত্তা তৌবদি ঙমজদা মচামদি যুগকি চৎনবীসিদা মকোক ওইথংলকপসিদা তৌফম খঙদত্তুনা য়াম্না কপথি মচাতু য়ুমদ চঙহল্লরোইকাম্নি হায়। অদুবু, তশেংনা চঙহল্লরোইদবা জাৎলা মচুদি কনাস্থু খঙনদে।

ঙরাং মুংদাংনা থম্বালদো তুরেল খোংবান্দা থাংদোকত্রে। মা শিরমদবস্থ য়াবনি অদুবু খুংঙাও থীবনি। বর মমাঙ্গবা ময়াম থকুবা থুম্লক্কি য়ু বাকটিন বাকটিন লৌখিবত্তু পানি পানি থকুবদগী থোক্লিবনি। য়োল্লিবা মহাভন্দুস্থ শেন্দোং পাম্বল্লি মচাগুম্বা ঙাক্তনা থঙ্কদৌরিবনি হায়বাসে তমত্তা খন্দে। অমরোমদা পোৎতুনগা য়াম্না লৌরকপগা অশেংবা পোৎনগা ফংনরক্তবগা সর্ফ থাবপা, হিদাকমনা হাইবা, শোগোহিদাক মহৈ শোইজিনবা, ফিজিগ্রী হাইবা পোৎতু খরা য়ামগ্রমালে। অমরোমদা তা থম্বালদি য়ু থকপদগী লীভর সিরোসিস তৌরুত্তুনা শিনিংচীৎতা হিংহৌবনি, নহানগী লুহোংবত্তুদা চাং খরা হেঞ্জিল্লুবত্তুদা য়াংলেন লেংই হায়রমই হায়, অদুদগী ডাক্তর য়োবা অত্তুম নংখিদ্রে।

ঙসিদি লুহোংবত্তুগী মঙানি চাকৌবা মুমিৎ থোক্লি। চাকৌবত্তু ভারীগী থৌদৌ মেলাগী থৌদোক হায়বত্তু ওইরে। অখাবা, অয়াকপা, অথুম্বা, অচম্বা চাকচা মাঙগী মথেল অত্তুম মরাং কায়। অপাম্বা কাংবু হাইজিনখি। যুগকা চাম্নদবা মীওইশিংসিনা খুম্বনা

চাক তাক্লকপা ঙাইনরি । নাকল অমদনা থেঙনঃ চাবা পাম্বা কাংবু-শিংনা থৌ বা ইশা শাদনা শানৈ য়ুনৈরি । মীয়াম মমাঙদা কাপ্পা য়াদবা, পুলিসনা ফাগে হায়না য়াম্না তান্নরিবা কেসেট অমা অরোনবা কাদা কাপ্পি হায় । অদুবু, চাকসু অদুম মতাক্লকই । পরেং-শানা ফম্নবা হৌগ্রবা কাংবুশিং হুকপা হেক্তা হৌনখি মহাপ্রসাদি লাওবগী মথৌ তাদে । ময়াম পংচাদা চানৈ চীবোনচাবোনসু ঙাঙনৈ অশেংবদি অমত্তা থঙদে । নাকন্দা মরা থরা লৌবা য়াবা নিপা অমা জ্ঞান তানা চাক হুকলি । ঐনা হংলুবদা থঙলে ঙসিগী চাকৌবসিদা কন্যা লাক্লে, কন্যা য়াঙদনা বরহু মথন্তা চাকৌবা লাক্লে । মরমহু য়াম্না থঙনীংই অদুবু, কনাদা হংলুনি ।

তাঞ্জাহুদা চহীনা অহল ওইরবা নিপা অমদি ওখোংনা কপ-খৎলকই । চহীহুনগা অঙাং নত্রবনিনা কপ্লিবহুগী মরমহু পাক্লা চঙশিন্দুনা হংজবা ঙম্নদে । অঙাংমুবী ময়াম ইপা পাখৎনৈ, মাসু ওনশিন্নৈ । অমগা অমগা পংহংদা হংনৈ কপ্লিবহুগী মরমহু করিনো ! ঙসাইদগী কন্যা চাক চাবা লাক্লে হায়বনি । মাগীসিবু কন্যাহুদা ফত্তনুংদা থোক্লবজাংলা ! ময়াম চাকসু তোক্লবা মতম য়োরে ।

ময়াম ওমশিল্লক্লিবহুদা করিমত্তা থোঙইদনা অহল অহুনা হায়রকই,— অসুক হাওগ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী মহা প্রসাদিসি চাদহুনা লোংমা শিখিদৌরিবনিকো' । মাগী অরেম্বা চাক্লুক অহুদা য়েং-লুরগা অমুক্তা হুম্না ও খোংবমথৈ কপখিরমই । মহী থরা হেঞ্জিন-খিবা অনি অমসু চঙশিন্দুনা কপ্পা য়াওখিরমই । লৈয়েং ফাইরবা

খোম্থোক্তা অমনা অমুক হায়রকই,— 'খুড়া ফংবা য়ারিভৈদা ফং-বিহৌরো, পৃথিবীসি কায়গদবা চহী তরাদা ভায়রবনে'।

হন্নুবত্নুনা মুচীন্দা পাখৎনা হা হায়না লাওরগা হেন্না কন্না কপখৎলকই অনি অত্নুমগা য়াওশিল্লগা মমা মপা শিরবদৌনা বা বা কপালি। কনামত্তা থেম্বস্তু তৌদে খাম্বন্তু য়াওদে ইথো থোওইনদে চাক্লুক অত্নুদা মা মাগী গ্লাস অত্নুদগী ঈশিংত্নুনা মথুং হাঅজিল্লি। রুমালনা মথুং তৈথোক্লত্নুনা চুরুপ চমখৎনবা য়াওনখ্রে। খরা অমদি হুকপা লেপত্রি।

খঙহৌদনা চহী তরানিপাল মাপল কা শুরগদবা নুপী মচা অমা থংনবা য়ুমগী শম্বন্দু ফাওদোক্তুনা ফারবা মশমত্নু খোমজিন খোমাজন্না চেনাশল্লকই অত্নুগা, কপ্লিবা অহল অত্নু হৌগৎপিরত্নুনা পুবা হোখিরমই। চাকচাবা লাকপা বর মমাম্নব। খরনা য়াওশিল্লকই, —ইবেমা ইপুত্নু পুক্লিং য়ান্না মুংশিরমালে, য়ুমদা পুরগা খুদোংকা হানবিত্নুনা সেবা খরা তৌবিয়ু। নুপীত্নস্তু ইকাই ইকাইনা মোমোন তৌরত্নুনা অহল অত্নুবু শম্নগা পুখি। অহল অত্নুগী লীচৈ অকোমবীত্নু লৈহৌরে। মত্নু পায়রত্নুনা নহা অমনা নুপীত্নুদা অবোক ইপুরোক্পী লীচৈ লৈহৌরে হায়না তান্নত্নুনা পীখি। খঙদবা কয়ানা চঙক্লনা মায়থোঙশিংত্নুদা বাহং হংনরকই, অত্নুক অঙাং ওইরিবী নুপী মচা-ত্নুদা অবোক করম হায়না থোক্লিরনো। অত্নুবু চমম্নবত্নুগী পাউখুমস্তু খ্রীন্দুনা লাকখি। অমগা অমগা হায়নরকই, হন্নুবদু শম্নগা পুথিবী নুপীমচাদু হন্নুবদুনা হন্দক্তা লৈশাবী ওইনা লৌবনি। লৈয়েং

ফাইরবা খরনা লাওরকই,— ওস্তোক্লা ফরকপ্রবা! মপোক্লিকো হায়দুনা। অমনা অমুক হায়রকই,- সুপীসিনা তৌম্বিবসিবো নহা অমত্তা লৈত্রবজাংলো? নত্তে, হন্নুবসি নত্রবদি অমত্তা লৈত্রবজাং-লো, ঐখোয়দা হায়গে লৈতদুনা পাখং শানানবা ময়াম অমা পীবা ঙমজাংনি ইশামকসু পাখংনি, অরেম্বদা থুনা লুপ্রা ওইগে হায়দুনা তৌরিবনিঙে।

শম্বল ময়া য়োপ্রবা হন্নুবদু কপ্পস্বা তোক্সুনা ক্রং হেক শাও-রকই। ওনশিন্দুনা লাওরকই,— হেরা নখোয়না পাখংনি নহানি হায়দুনা কৈদোগে হায়বনো। ঐনা ঙম্মি হায়দুনা লৌম্বিবনি। নখোয়না ঙাওবনা ঐখোয় য়োবা য়াত্রাও। থোক্লকউ করিদা য়েংনশিগে নতীক লৈরগা।

কনামত্তা থুমদে লৈকাইগী মীশিংনা থোমজিল্লরকই অঙাংগা মাম্নবিরুম্নু হায়দুনঃ মশূং মুবী তালোয়দুনা শম্মদুনা, কোম্বরক্লবা য়াঙ অদুগা অমুক্তং শীঙনরগা, কোম্বরম্বদু খা চীক্তুনা থংতেক তেক-থৎলগা লোয়নবীদুগী লেংজুমদুম শোম্বদুনা ঙাঙল ঙাঙলদুনা চংখ্রে।

চরাংনবা নিয়ম য়াওদ্রবা কুম্মৈদুগী মরক্তা খুৎথোকদি থিংবা ঙমজদ্রবা অদুগা শোকখরক্লবা সমাজগী শক্তমসি য়েংলুবদা ফুম্বং-নরবা ঐসু ঙসাইদগী কুম্মৈদু য়াউরি চাক তোকপগী খুৎ ফাওবা হায়দ্রি। চাক্লুক্তা খুৎ হামজিনবগী চৎনবীদা হৈনবা কাংবুদি মখুৎ মশা ক্রমালনা তৈথোক্লহুনা চুক্রপকাবু থক্লপ্রবনি। মহুগী

চংনবীদ্ যানীংদবা ঐদি পুস্থি কদোমদা লৈবগে য়েংলিংঙেদা মুপী অমনা ঈশিং থায়কে হায়রকই।

খুং হায়া হায়া ঈশিং হৈরিবীদ্দা কন্যানা লাক্তবগী মরম হংলুবদা যোমোস্তমক নোকই, পাওখুমদি পীয়ক্তে মনাক্তা লেপ্পীবী অ:তোম্বা মৌ নহা অমদা য়েংই। মৌ নহাদ্না হায়রকই,— ঙরাং নোংঙালমদাইদা কন্যাদো মচাম্বুপী অমা উরমে। চাক্তৌবসি নংগত্রা হায়না তৌরুবনি অদ্বু নংত্রেদনচ মা ওইনা কোম্বা অমুক কৌবা তারে।

কা শায়না শায়না মনাক অদ্দা ফাওদ্না চংথিবী মীয়ায় চল্লবী নোয় পেল্লবী, লীককোলতনা ঙকশম চোঙ্গরবী অমনদি ঙাওনা ঙাওনা চংথি, ওয়োকপনিদা চাক ইঙ্খাংনা হাওরিবা মীনা মী য়াম্লিবা কন্যাদ্তংগা য়াওক্তরমযদি কয়াদা মুংঙাইগবনো।

পুক্লিংদা বাহং অমা হংলমই, মঙানি চাক্তৌত্রিঙৈদা অঙাং উবরবা ?

# চীনগা থুংকা মানন্দবা

মায়গৈ মায়গৈদগী লাওনরক্লি পেন্দবা খোল্লাও সুপীশিংগী সমাজ অসিবু মরাল শীরদুনা নিপানা খুল্লিংবা সমাজ নিপাওগী খুদোংচাবা য়েংবা সমাজ, নিপানা পান্বা সমাজ অসিনচিংবা।

খস্বক্রুরবদি চুমই, ফনবু পকচৈ হায়দোরকপদা লৈবাক ঙাক-লোন্দা লমদমসিদা আইন শেম্বা মী অমা ওইনা ঙসি ফাওবা সুপী অমত্তা এম এল এ ওইনা খল্লে হায়বা তাদ্রি মীরেপ ওইনা চোংথোক্লখিবদি ফনা য়ায়বনি। হন্দাক্ত মায়গৈ মায়গৈদা লাওদুনা লাক্লি সুপী মীরেপ শোগৎপিয়ু সুপী মীহুৎ থাগৎপিয়ু, নিপানা মনীং তৌবা সমাজ ওইরিবা, আঙনপোৎ য়াম্বা য়ামদবা য়েংদুনা সুপীবু সমাজ মমাঙদা খোঙ্গোয়নরিবা, মৈদা লৌদুনা হাংলিবা থিংলসি সুপী ময়াম মীৎ পাঙলো, সুপীসু আইন শেম্বা য়াওরসি, সুপী মীহুৎ থাগৎপিয়ু।

মাইগৈ শীনবা থুংনা ঙাঙনৈ চন্দ্রিকাদি হন্দক ভোট কাবা শোয়দ্রে। অদুগা কারবস্থু কৈ সুপী মীহুৎ অমা ওইনা আইন শেম্বা য়াওদুনা নিপানা পানবা সমাজনি হায়দুনা মরাল শীরি-বসি খরা কোক্লবা।

চন্দ্রিকাবু ময়াম্মা শকথঙনরিবসি মাগী সমাজ সেবাদা হলেংবা লৈত্রবা মতৌ অসিদনি। অদুগৈদা কাঙজৈবুঙদা নিশা থিংবগী

শম্মা নৈনবা খোৌরম অমদা মন্ত্রি খোয়দোঙনা সভাপতি ওইখি। মতুদা চন্দ্রিকানা অকিবা লৈতবা লাওখোকখি, ভোট খোম্বা মতম-দনা কেন্দ্রিডেটশিংনা ভেট ফংননবা ভোট থাদবদা মীশিং হেল্লিবা নহারোলশিংগী অপাম্বা হিদাক লাংথক ফংহল্লগনা হিদাক কাপ্পা নহারোলনা শোগংপা মীচুং ওইনা ভোট কাপ্পগা, মন্ত্রি ওইরগনা ভাষন পীবদা হিদাক খিংগদবনি হায়না চানগা থুংকা মাম্মত্রবা মাতৌ পুথোক্তুনা ভাঙখিবদা ময়ামস্তু ফনা পেম্মখি।

মসিদা নত্তনা চন্দ্রিকাদি অতেপ্পা মতাং কয়াদা শম্মা হায়র-বদা অউনপোৎ পীবা হঙ্গনবা অর্মাদ ধর্ম্মগী মিংদা হরাওকুম্মেদা শেল য়াম্মা মাঙহনবা থিংবদস্তু মাঙজিন থাবী মুপী অমা ওইনা অমুক চোংথোরকই। মুপী কয়া কয়াদা হকথেংননা চন্দ্রিকানা ফত্রবা চৎনবীচুদগী লাংবনবা পাওতাক পীবদা নত্তনা রেডিওদা অর্মাদ লৈবাক মমাঙদা হন্না হন্না লাওখি।

অদুবু মাগী মাগী থোক্লবদি মীশিংসে, ইঙাও ঙাওই খঙ্-জবা ইঙন ঙমদে। মতুগী খুদমদি, চন্দ্রিকানা মাগী লুহোংবগী হৈ-জিংপেৎতদি মচানমক্না তল পেকেট লিশিং অমা অদুগা মুপীগী মমান্নবীনা মুংদাং চাননবা অথুম অহাও মখল তরা চনি চনিনা থুজিং ওইনা পুরকহনখি। মহাক্কী লুহোংবা থিল্লকপদস্তু ময়াম্মা হায়নখি অমুক্তা উথিদ্রিবা অউনপোৎ খুৎউম্নি ওগ্নোক্না নীংথিজনা হাপত্রে হায়তুনা। লায়রবা মপা কয়ানা মতু উরুবদা ব্লড প্রেসর কীথৎতুনা অহিং তুম্বা য়াদবা মতৌ ওইনরপোৎনি। লৈশাবীশিংদনা চন্দ্রিকাদগী হৈনা অউনপোৎ পুবা ওন্নী ওইয়রোই খল্লুবদা লাওতর্কনা লাইবক থুহুম শুহুমা শোর্য় মপী হোমগ্রবনি।

অতুঙৈদা ভ'ষন পীবা তাঁহৌবশিংনদি, মুংশিদেদা ঙাংখো-রকপনা অমা তৌথে রকপনা অমা, অসিংঙুন্দা সমাজসেবীশিংসিদি য়ুম পানবা ফংদবদগী অতুক ঙাওহুনা হৌ হৌ চোংলম্বনি হায়হুনা হ.য়নৈ।

হন্দক্কী মতাংসিদদি চন্দ্রিকানা নহান্নমথৈ য়াওরম্বা পার্টিহুনা টিকেট পীবিরক্কে হায়বদগী থরা কোম্না টিকেট পীবা ঙম্বা পার্টি অমদা চোংশিন্নুনা লেপ্লে। অতে কেণ্ডিডেটশিংহুনা হেলহনবা য়াদে হায়হুনা শেলদগী মাদগী গাড়ীদগী সঙ্গদগী কন্না কন্না শীংন রক্লি। কোন্সটিট্যুয়েন্সি থুদংমক্তা মুপীনা মেজোরিটি ওই। অতুগীমু মথক্তা হন্দক্তি মুপীশিংসি মশাগী মখোঙনা লেপচনবা বাথল অমগা থল্লকপগা মুপীনথৈদি চন্দ্রিকাদা পীবা মশানা তাবনি। অদুদা নহুনা মুপীনথৈমু ফেংনা মুপীবু শোগৎকনি হ.য়না লাওরি। অদুনাদি মুপী কাবা হায়বসিদি শোয়দ্রে।

য়ুগকী চ'নদ্রবা ও হলশিংনাদি শঙ শাদুনা হেক ঙাইনৈ. মুপী-নবু ভোট ক রগা করি তৌনানি হ য়বগে, মচা মৱা য়েংশিন্দুনা য়ুম পুগে লৈত্ৰুহুন্না। চন্দ্রিকাবু শোগৎপা নিপা থরমু হেক চোংখো-রকই,— খুড়া মুপী নিপা হ য়বা লৈত্রে, থবক ঙম্নগা লোইরে, হোৎখিবদমু নিপা য়াম্না কাপ্রে, মখোয়না কায় হায়হুনা করিবু তৌ-বিরবগে, লৈকাইসি ঈশিং তাঙই থঙলে, নোংমতা ঈশিং খুজোক অমত্তা ফংহনপ্রবরা, হন্দক ঈশিং চাওবহুদমু নোংমতবু লাক্কেনা অহুগা থবরদনা লৈকাইদা লেম্না চিনি চেঙ হৱাই তেরসিং য়েল্লি কা হায়হুনা হাপথি মখোয়স্নে শিংবদমু মৈ চাক্লোইকো।

অহল অতুন্ন ফেং শাওরকই,— ইবুঙো অতুদি নংগী মুপী অসিনদি তৌদোরব্রা !

নহাতুন্ন হনবা লৈতনা হেক খুমকই,— অসুক কুইনা নিপানা কাবদন্ন করিমত্তা তৌরক্লুবনি। মতু ওইরবদি মুপীনা কারগদি তৌরকপা য়াই হায়বগী আশা অমদি থন্না য়াইনা, মতুগা তৌরক্লু-বন্ন ফরে, অওনবা অমদি উবা ফংলনিনা, অরিবা ময়ামসে উবদা থারে। খুড়া খোয়ন্ন যুগনিগা চানদ্রে ফংবিদ্রে। হায়রবনি ঐখোয়দি।

অহল অতু মৈ হৌবমখৈ শাওই,— হেরা অঙাং করি চাগে হায়তুনা থকশি খাশি নাইদবা নাখোয়গুম্বনবু খুল্লিংতুনবু সমাজ অমা করম হায়না পানগদৌরিবনো। নহানা মাইবা শারগা মং থল্লি হায়বতুনি।

তাঙ্গাতুদ নিপাবু চৈর চৈরতুনা জিপ অমা মাইকা লাও লাওতুনা লাক্লি নিপাগী মীনায় ওইবা তোক্লনবা মীৎ পাঙলসি লাওরি মুপীদা ভোট পীবিয়ু হায়রি, মুপীগী খুদোংচানবা অখন্নবা আইন শেম্না য়াননবা মুপী থাগৎপিয়ু হায়রি। মুপী হায়বিসি ইমানি শক্তিনি ভক্তিনি মুপীবু য়োকথৎলু লাওরি।

জিপতু হেন্দোক্লনা চৎখিবতা ঙায়রি অমুক ঙাওনবা হৌ-রকই,— চীনগা খুৎকা মান্নদ্রবা যুগসিদা মীয়ামগী কান্নবা তৌনি তৌনি হায়তুনা ভোট থাদহল্লগা কাখিবা ঙাক্তনি, কনানন্ন তৌ-রক্তে ময়ুমগী মমা মচাশিংগী অতুক থরা তৌজবতনি। মচীমা অমা

মখুংনা অমা ঐখোয়দি মখোয়গী কাংবুশিংসে নক্লগদবকাওবা তুকচৈ।

অমনা অমুক খুমকই,— কদায়দগী পাখং লৈশাবী মুংশিনবদা প্রমান পাইদা ফাওবা য়াওরবনি। পাখং অমনা মাগী মুংশিজবীতুদা ইবেমা ঐগী মুংশিবদি চাংগুম্না লেঙব্রবনি হায়না রাশক্রুবদা মুপীতুনা চাং ফাওবা পাইরবা যুগসিদা করিগুম্বা মখো লৈতবা মগ্রি অমনা চাংতু তেমখায়খ্রে হায়না য়াখং ভাওথরক্লবদি ঐদনি মাঙজবা হায়না শৃঙ্গার রসদা হেক হায়নরিবনি।

চান খল্লা হরাও য়া খল্লা হরাও মতমসু হৌখি. সোমদা ভোট থাদগদবা মুমিংসু মরাকখি। নংবনা ইপ্পাং ফাওবা থোংদবা ইমুং ফাওবা হংনরকই, করি ঙা চারকই। ঙা চাবা য়ানবা শেল য়োরকহৌদবা খরনা ঙকচাননা য়েংখি, হায়রকখি, ঐখোয়গীদদি য়োরকখিদেনা। মরি মরি চঙনখি কনাদা নমনই হংনবগী মখো তাদে মহুদি ঈশ্বর মাতনা খঙই। চাক্লা অমগী চাক্লবসু নত্বদি অমদা হেক্তা নত্তা য়ানবা শপা আইননি সেক্রেট বেলোট অখনবা মী তাক্রবা মীখল। লৈকাই লৈকাইদা মুমিংতুদা ভোট য়াঙজরোই হায়তুনা লাপ্পা চংখিবা কয়াগী ভোটতি মাংবা লৈতনা উপু মমুংদা চংখি মিত্রং হৈবা কয়াগী থৌশিলনা মশিং লৌননবা।

ভোট কম্না থীত্রে শদৌ থোংবনখে। লাওনখিবতু তুমিন্না ঙাইনৈ লাওথোরকপা তানবা। মুংদাংরাইরমগী কবুইগী রেডিও খোরমগী পাওদা লাওথোরকই, চনত্রিকাতম ভোট ডিপোজিৎ মংকখে।

# খওনদবা মরূপ অমগী পাওজেল

পূং অহুমচুমা চৈংলম্বীহৃদা উরক রারক কাওরহৃনা তুরেল অমা অনিস্থ লান্দুনা লাকপনা মকম খরদস্থ ঙাইহাক ঙাইহাক খায়রহৃনা ময়েদা বস অহু জেনোপল ডিস্ক্রিক্ট মনুং চনবা ললোন ইতীক তাংদি অারোনবা করবার ভোবা মফম ওইনা মমিং লৈরবা লমদম মেরে য়োরে। ঐ ইখস্তা নত্তে পোলাং অনদা ঐগী চৈংলোন লাম্না পাইরকপা অতিথী অহুস্থ লোয়নরি। ঐনা চৎকে হায়না লাক্লিবদি বর্মাগী মনুংচনবা খুদং মনিপুরগা তাইনবা তামুদা চঙলুগে হায়না লাকপনি। ঐদা নত্তে মী কয়া অমস্থ মফমহৃদা চঙলুনবা চংনরি অহুবু মংথোদি তোঙান তোঙালি। মনিপুর রাজ্যগী অয়োইবা পংথে অহুগা ভারতকি ভমথৈ লোইরে। মসিদগীদি চৈংগু লানা পুঙবা হুম অরাগী লমদম কবো তম্পাক্লা পাক্লা শন্দোকখ্রে। নোংমদি মনিপুরগী ভমথৈ মনুংদা চল্লমইস্থ হায়নৈ।

তামু! অমুক অনিরকস্থ চঙলুরে অহুবু মহৃদি তামু কৈথেলদা অাহোঙ অচাও য়েংবা লাকখিবদনি লমদমহৃগী শকম অমত্তস্থ পূক্লিং চঙনা য়েংলুদে। অহুবু, ভসিদি ঐনা লাক্লিবসে ঠিকানা অমা পুরগনি লৈরমগনি খঙদে লৈরম্রোই খঙদে ঐদি নীংহল্বা লৈত্তনা থিবা লারুবনি 'মিস সোমদিত, লেন নম্বর সিক্সটিন তামু পেগোডা ইউনিয়ন ওফ বর্মা'।

ঠিকাক্লা অসি ওঝা লভিংসন। ওঝাং শীরকপনি ঐগী অতিথী অসিগী মপু অত্তনি হায় ঠিকানা অহৃদা ইরিবা নিং অদে। মিস সোমপিত !

ইউনিভর্সিটিগী টির্চস হোষ্টেলদা লৈবা ডিপার্টমেণ্ট ওফ ফোরেন লেংগুয়েজদা ওঝা ওইবা লভিংসন নোংপোক জিলাদা লৈবা মীনি, য়ুম্নে কৈরে ৱাভাং শাভাং তাশেংনা সাহেবনি। ওরাং মুংদাংরাইরমগী মুংশা নেমথখিবা মতমদুদা হাফপেণ্ট অমা শেৎল-দুনা মাগী হোষ্টেল মমাংদা থারিবা লৈ শু শিংদু ইশিং চাইরদুনা লৈরমই। মচান্দা কাংচুপ অমা মৈথু বাবা কাহল্লদুনা মুমিং চুপ্লদুমা মুংশাগী মৈশাদা ঈখৌ লাংদুনা লৈরম্ববা লৈ চারাশিংদু ঈশিং চাইবিদুনা লৈরমই। মনাক্তা ব্রেষ্টন মিউজিকি শুরত্তনা ইপোম হৌহনবা টেপ রেকোর্ডর অমা পংহৌ হৌদনা থারমই। মাগী আলসেসিয়ান হুইজাওদুনা খোংনকপদা ঐবু উখি ঐনা গুড আফটরনুন সর, হায়না হায়রবদা মাসু গুড আফটরনুন হায়না খুম্নকখি।

ঐনা ঐগী অতিথীদুগী ৱারীদু সঙোম্বা লীখি। চুমথাংগী মহুত্তনা মশাপুম্ব লৈজেংলবা মকোক্তনা মতোক পাল্লবা শাংলবা মচৈসু পানবা পুক্লিং হুনা ফজরবা উচেক অমা মুমিংমুংবা মতমদা শাইরোড পায়বা অভাং কন্নাগী মথুংতা তারমগদবা খজিক্তা ভায়-মতম অমদা ঐগী চীকপদগী চীক্লবা মুমজাওদুগী কা ময়ামদুগী খায়দগী চীক্লবা কাদুদা চঙলকখি ঐগী অতিথীদু লমকোয়বগী শক্তম লৌরদুনা।

পাক্লবা আতিয়া লায়া পাইরকপদা চোকথরবা হকচাংহু ঙাইহ্'ক পোথাজনবা, ঐগী আতিথী অহু হেক পাইশিল্লকপগা ফমুংগী কাংখল চৈথোক্তা তোংলহুনা মুংশাশোর থবেং থবেং হোল্লহুনা চেং চেং খোংই।

উ:চেক অহুগী মখোঙ অহুদা কোঙৌ মচেং অমা শিরি, কনা-গুম্বগী আক্লাদগী নাম্বোরকপা ম্যাল্লি। কোঙৌ অহুদা নম্বর ১১ হায়না থাল্লি। চঙজরক্লবা জিবনিনা উমংদা পূরগা থাদোকপিখিবা ম্যারবনি অহুবু মাগী খোঙজি অন্সিগী আর্থসি করিনো খঙননবা ওঝা লভিংসনগী মনাক তানা লাকখিবনি।

ওঝা লভিংসন্না হায়রকখি,—ইন্টর্নেসনেল পেন পাল এসো-সিয়েসন হায়বা অমা লৈ। মহুদা মেম্বর ওইবশিংনা মরুপ শাম্নবা হৌবা ওইনা উ:চেকশিংগী মখোংদা নম্বর অমমম থারগা থা-দোকই। কননা থাদোরকপনো খঙননবা এসোসিয়েসনগী চহী:গী চেকোংদা উ:চেক্তা থাগ্রিবা নম্বরগা থারক্লিবা মেম্বরহুগী মমিং লৈকম অহুগা করগ্না লৈবাক্কী মীনো খঙননবা ফোঙই।

ওঝাহুনা মখা তারকখি,— উচেক অহু হেক ফারকপা মী অহুনা,উচেক অহু মপুহুদা থিনবিরুগদবনি অহুম হায়না খঙনহুনা মরুপ শাম্নগদবনি।

ওঝা লভিংসন মশামক পেন পাল এসোসিয়েসনগী মেম্বর ওইরমহুনা উচেক্তু্গী মপুহুগী এড্রেস অহু পীরকপদগী উচেক অসি মপুহুদা শিম্নরুনবা ঙসিগী খোঙচং অসি লাকপনি।

ভরাং মুমিৎ চুপ্পা অমা করিমত্তা চাও হায়বা য়াদবদগী মশাহু থরা শোন্থরে ঐগী অতিথী অসে ভসিদি চেঙ মরু থয়গা ঊশিং থয়গদি থকত্রে।

মনিপুর সিমনা লাম্থোক্লকুনা কবোগী লমদমদা চঙশিল্লে। অঙনবা অয়ুক্কদি ললোন ইতীকা কাংবু ময়াম মরী মরী চঙবনি অতুবু, ঐনা চঙবা মতমসিদি মী চঙনবা মতমদি নাত্তে অদুবু ইতোমতা চঙশিল্লি শারবা মুংশাদুদা। খুঙংনি! লাইরিক তম কম শঙ, লায়েং শঙ অমদি সরকারগী ওফিসনচিংবা মরুওইবা শঙ অমত্তা মফমসিদা উদে। মী অয়াম্বা শূবদা হলেঙবা লৈতবা মীওাক্তা ওইনা তৌই। অমদি ললোন ইতীকা বাখল ভাক্তা চেনবগুম তৌই। কীপ্রোদা য়েংসুরবদি ঐদি থন্দোকপা গ্রাইদগী লায়গদৌরি, মরমদি মফমসিদা মীপুম খুদিংমক লুপ্তি শেংলী অদুগা ঐদি খোংগ্রাও শেংলি। মুপীশিংনা ছৌরবা মাম্ন- থোংদা চন্দোন তৈশিল্লদুনা পকচরবা লমদমদুগী শক্তমদু কায়- হন্দনা হিংবগুমই। মথোয়না ঐভোন্দা নিপা অমা লাকই হায়- দুনা হাইকেং য়েংলকই অদুগা অমুক মথোদা পূক্লিং চঙদুনা লৈ। ইণ্ডিয়ারোমদগী সিমানা হেল্পিল্লকপা মীওই কয়া বর্ম্মানা কাদুনা জেলদা লৈনরি হায়নস্ত্র তায়, ঐস্ত্র অদুম থোক্লপত্রা থনবদা মি- পাইদবা ভমদে, হৌজিক্তি কাহনবদি য়াপোংৎ নত্রে। বাখল অমা থল্লকই, লোম্না চঙবগী মরুৎতা ইন্ডিপ্রেসন ওফিসারদুদা ভাঙনরগা চঙবনা অশিংবগী থবক ওইগনি। অমরোমদা মথোয়গী ভেং

লৌরবদি খোঙচৎসি মায় পাকপন্থ হেনগনি। বাকমসি থল্লহুনা ত্যুরেল তোর্ব্বান নপ্পা চীংচেপ্পা উপাক্সা কৌপি হাহুনা শারিবা তামু ইন্মিগ্রেসন চেক পোষ্টকি ওফিস তম্লা চংলক্লে। তরু তনাম্মা চীংগী উমং অমগী মন্থুংদা ইঙ্গি শীৎনা নাল্লবা ইংখোল অহুদা য়ুমদোমপোক অমদা ওসিন্থু লৈ। সিফাই অমদা হায়নহুনা য়ুমহুদা চঙলক্লু। ওসিন্থু হয়াও হয়াও ঐবু তয়াম্মা ওকই ইংলিস লোম্মা ঐ লাকপগী মরম হংই। ঐনা ঐগী লোয়নরিবা অতিথীহুগী বারীহু লৌরুবদগী মানা য়ুমহু থঙই খিলহনগে হায়হুনা সিফাই অমদা ঐবু শিন্নয়ে। ঙরাং ওঝাহুনা পীরকপা এড্রেস অহুদা চৎননবনি।

য়ুয়োম্মবা লৈবাক ওইবগী অহুক থয়া ফাওদোক ফাওজিন য়ানবগী বানি নত্রবদি পাসপোর্ট লৌনন্দবা হোৎনরিঙৈদা অমরেমদা শেল থিনবা চেম্মরিঙৈদা পাক চৎপা ঙম্মোইদবনি।

সিফাইহুগী মতুং ইল্লহুনা চৎপা হৌরে, থল্লকই মিংসিবু তাশেংনা লৈরিব্রা, লৈয়মগনা করি লোম্মা করি বারি শানি অহুবু থম্মা থম্মা ঐগী অতিথীহু লোয়নবদনা মাঙলোমদা খোঙ থাংজিনবাদ লেপ্পা লৈতে।

# দেবী পূজা

য়া দেবী সর্ব্বভূতেষু মাতৃরূপেন সংস্থিতা নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমঃ নমঃ...... ... ।

চীংখৈনা ফাত্থুপ চুম্লকপা মতমসিদা পংলাপ লংঙুবা দেবী মন্দির অমদগী চণ্ডিপাঠ তৌরকই। বাহন্দোক্তি, হে মুপী মপাল-নাইদ্রবী মমা ওইনা শাইয়োনবী নখোং খুয়া খাদা পুনেমজরি।

বিজ্ঞানিক ওইবা মীওয়ুং অমদা য়েংলুরবসু য়াম্না চুম্বা বাফম অমনি। সমাজ অমা পানবদা য়ুম অমা লিংবদা মুপীগী থৌদাংসি তশেংনা মমা অমগী থৌদাংনি। মচল, মচে, মতৌমা নত্রগা মাগী মুপী ওইনা পোক্লুরবসু নিপা হায়বা জাৎ অসিগীদি, মুপীনা কৎথোকপদা থংত্তনা লাক্লবনি।

য়ুগ য়ুগ কয়াদা নিপা হায়বা জাৎসিনা মুপীদা ওৎনৈবা অমদি লঙজবগী পাপতগী কোক্লনবা চহী অমদা মুপীবু পূজা তৌবা ইরাৎপা মুমিং অমা লৈগদবনি হায়না মহাপুরুষ শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংসনা হায়বিখি। মহাত্মা লুহোংত্তনা মুপী ওইনা লৌরবী শ্রীমাবু দেবী পূজা মপুংদা মখোঙ হামত্তনা চরনামৃত লৌত্তনা বত্তি হাইরত্তনা পূজা তৌখি। অসিগুম্বা দেবী পূজা মপুংসিদা মুপী অমা মাঙত্রে হায়ত্তনা লৈবাক শরা শল্লি।

বিজয়াদশমি মুমিংনি, লৈকাই লৈকাইদা য়ুমথোঙ খুদিংদা দেবী পুজা কৎনরি। দেবীগী পুজা নত্তবদা কনাগুম্বনা পান্থোইবীগী ইরাৎ থৌনি তৌনরি। নহারোল কয়ানা লম্বেলদা থৎলুহুনা অচৎ অওক্কা ফিরাল য়োল্লহুনা হাউসি লোটরি লাওরহুনা পুজা তৌবগী অচঙবা শেল খোমজিল্লি। পান্থোইবী লাৎপা কাংবুগীদি লম-থোকপনি হায়হুনা শগোল লানথৌনা মাঙ্ড থারহনা চাক্তান ফি-দাম্লবা মুপী অঙাং, অহল, পাখং কয়ামরুম্মা তুং ইল্লহুনা লম্বী শোরোকসি ইনোম নোমই। ময়ামসি ইথক ইরাং অমদা লৈ।

অমরোমদা নিশাবন্দ কাংবুনি হায়বা মুপী ময়াম অমনা মকোক্কা শুমজিৎ থেৎচিনবিরবী মুপী অমা মমাঙ থাহুনা পুরহুনা লাওরি, নম্বর ফোর পোৱা অমা ফারে চন্দোন লাইপোৎ মমুংদা গোপাল সহস্রনাম মমুংদা য়েপ্তুনা লৈরম্মে। মথা তানা মুপীশিং-হুনা লাওরি য়ুগী হুকানি থংগাইয়ু নম্বর ফোর য়োনবা ফাঁসি তৌ।

সহর ময়ায়গী দেবী লাৎফমহুদি ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা ক্রক ক্রক ইংগ্রে। মথোয় শরনা ডাল্লু খুল্লু মঙক য়াওদবা ময়াম অমা মখুৎতা পায়রি মথে য়হুগী মঙক্তগী ঈ জোরো জোরো হৈথরি। লৈখোম্মা শাবা দেবীগী মুত্তি অহুদি লোন থোক্তবনিনা অহুম মোমোন্নু নোক্তনা লৈ অহুগা কনাম্নু অহুগুম্বা জিবহুগীদমক্তা মুংঙাইদিদবা পোকপা অমত্তসু য়াওদে। ফিভমদি অঙাওবা মাল্লবা ফীজোলসু, পংন্নান নান্দবা নিপা অমদি থোদোহু য়ানীংদমালে মথমোইদা খল্লম্বহু মচীন্দা ঙাওথোরকই,— মসিবু লাইপুজা তৌরিবরো,

শাহাংপুঙ লিংখৎলিবরো ? লৈবাকমচাশা জিববু মুংশিবা সেবা তৌবা হায়বসিনি, ঈশ্বরগী সেবা তৌবা হায়বসে, শা হাৎপনা ঈশ্বর নীংবা ওইবা য়ারোই।

দেবীগী সেবা কমিটিগী সেক্রেটরিদ্না ফি শেম্নদ্না অঙাওবা মানবা নিপাদ্দা চৈ থাংলরি মাদুম হলি তৌনি হায়দ্না মুংশি-হৈত্না চৈবিরি। অদুবু, অঙাওবা মানবা নিপাদ্দি হনবা লৈতে, হায়রকই,— ঙসিগী পৃথিবীসিদা খুনু হায়বসি শাস্ত্রীগী পাওজেলনি খম্নদ্না মালেমসিগী শাস্ত্রীগী শক্তমনি হায়দ্না ম্মানরবা অদুগুম্বা মরাল লৈজদ্রবা ঈংবা তপচবা উচেক্কুগী মঙক করুগা দেবীদা কৎপদি লৈপাক্কী শাস্ত্রীদা ফোংনা শীংনবা নত্রা ?

সেবা কমিটিগী নহারোলশিংনা অঙাওবা মানবা নিপাদ্বু মঙক লাক্লুনা ইন ইন্দুনা পুথোকখ্রে। মাদি মচীন্দা ঙাঙবা তোক্লে হাইরকই - নখোয় অশেংনা দেবী পুজাগী আর্থ খঙদ্রে। দেবীগী মিংদা হিংসা তৌরে দেবীগী মমা ওইবীগী শক্তমদুদি মশক খঙনবা হোৎনদ্রে। শিবরাত্রিদা গঙ্গা পংথক থকপা দেবী পুজাদা শা মঙক ককপদুদি দেবী ভক্ত কৌদে কঁাসাই কৌই।

ঙাঙ ঙাঙলদ্না অঙাওবা মানবা নিপাদো তাম্থোকপিখ্রে। সোমদনা ঙাম্নু খুমুদা নত্তনা হমেং ময়াম অমম্নু মে মে খোংবমথৈ চিংশিনবিখ্রে। সেবাশ্রি ময়াম মুংদাংদি ইশ্বাং হাওরনি হায়বগী মতাগুম অমোৎপা ময়াদু হিগৎলদ্না শঙলিংবগী মথুৎতা তারগ-দবা হমেংদু মনমদা চৈ থারদ্না মশানা য়াদবা হমেং অদু নমদ্না মখোংনা থোংনা বলিগী শদন তম্না চঙহল্লি।

মনাদগী সনাফাওবা লৌথোক্তি্রবা নিপামচা ময়াম অমা লাইবক ফবদগী আদিদাস খোঙঙ্‌পু, জিনগী সুট অমদি য়াম্না মোটর সাইকল লৈবিবা ঙম্বা মপা মমাগী মচা ওইরুবশিংদো আসাম রাইফলসকি লম্পাক্তা ইরোই বলি তৌবা য়েংলুনি চেন্নখ্রি ।

সহর ময়ায়গী লম্লোং মরি ফাংবা মী চিনগ্রবা মফমত্নগী অরাং-থংবদা ফম্লিবা হোটেল অত্নদা লাই তোংবগী শক্তম্লাংবদা চোকথ-রবী নহা ওইরিবী ইমা মাইবীত্নদি মাইবীগী ফিজেৎ শেৎনা শেংনা বেরী অমা চিংত্ননা ঙাইহাক্তং শোর হোন্দোকপর্তা ঙায়রি পান-থোইনা লাইবুঙগী পাখং ময়াম্না সিদা লৈরে সিদা লৈরে হায়ত্ননা চেনশিন্নখ্রে ।

ইমা মাইবীদো সোরোক্কী চৎলিবা মীয়ামত্ন য়েংত্ননা লৈরম-বনি । বেরী চিংনা চিংনা রাখলগী দলান অমত্ন শারম্বনি। মহাক রাধামনীনি ! · পুন্সিগী ইনথৎলকপা মতমদা মমা মপানা মতোমতা পোকচবা ইন্দ্রজিৎকা থেংনত্ননা পুন্সিগী লম্বীদা পুন্না চৎমিন্নরগনি হায়ত্ননা নোংমা চেনখিবীদো । মমাতোম্বীনা পোকপা মবুং অমত্তং লৈরিবত্ননত্ন দায়ি অমত্তা লৌবিদ্রবা ফিভম য়াম্না চাখিদবা মতমত্নদা মাগী মনেম্বোক ওইগদৌরিবীত্নদি মীনা মীশক মীমায় খঙব নি নিপানা মুপীবু নমথবা, ওৎনৈবিবা, লুহোংলবা মতুংদা অতোম্বী থিজিন্নকপদগী তাম্বোকপিবা, অউনপোৎ য়ামদবগীদমক্তা তাথী তাওইনা তৌবীবা পুন্নমকাসগী মাইয়োক্তা ভাষন কয়া পীরত্ননা

লুপীগী অধিকার কন্নবা ঋংথোকচরবীনি হায়না লাওথোকচরবী সমাজ সেবী অমনি। অতুবু, অতুগুম্বী সমাজসেবীহুনা রাধামনীবু থৌনাকবীনি হায়না থাগৎশিন্নরগা শোয়দনা লুহোংগনি হায়না খাজহল্লগা অকবা মতম অমা লেপ্পনবনি হায়তুনা শোইনাইরবী লুপী থম্মম অমদা থমজিনবিরগা মচানিপাগীদমক্তা খুৎচাবী মমৌ অমা খুনমক খিখিহুনা রাধামনীবু হিংনা হিংনা শিহল্লমই। মহাক মবুংগী মাক্তা হুনবম্ম য়াদ মরাগী নাক্তা চওবম্ম য়াদা মথন্তা হোৎনজহুনা, হিংনা হিংনা শিক্লরবদগী মীয়াম মরক্তা থোক্না হিংবা ঙম্নবা মাইবীগী শিনফম তমহুনা লাইহরাওবা অহুমথক্তংক য়াওবা ফংবদা ঙায়রি হন্দক্লিসিনা মরিরক শুর্বনি। মহাক চৎলিবা মীয়াম মরক্তা মাকুটি কারদা চৎমিন্নরিবা মতৈ মনাও উরুরগা মাম্থ মতুগী মঙ অমা মঙহুনা লৈরম্বহুদা পাখংশিংহুনা ইমা মাইবী হায়না কৌরকপহুদা খংপ্রেক হেক খংই লোইগদৌরবা বেরীহু লাক্নু লংথোক্লগা আক, অকাই ওইনা ফুক হৌগৎলি।

রাধারনীগা লেঙ্গা ওইগদবা নিপা অমনা হায়রকই,— ইমা মাইবী! রাখঙদবা তৌম্লকো, নহান্দগী মওোবপু খনবনে নাপীবু ক্লানবনে অহিং অহিংনগা থেঙনা তুম্বনে শিদৌরে, কৈদৌগে য়েন অনত্তদি পীজৌনে।

মন্নামম্থ য়া য়া তৌশিল্লি। চওক্লবদগী খীৎতং নে তারবী মাইবীহুনা খুমকই,— এহে অতুগী ওইক্লেকো, ঐদি শা লানকা লাক্লবোই নীংলুক্লে। ঐনা খঙনা অতুম ঙৌরক্লনি।

মাইবীহু লাইবুঙদা চঙ্লে। ইকুই কুইদনা লাইমাঙ কয়কই,—হায় হায় তাইবঙ ও ইমুংয়ায় চাওদবা য়েংকিনা লমদাংদি ওই-রিবশা তাওহে, নবেমা খোইয়ুম ঐনা য়াবা চাঙ্গোইবীরম্মগে লৈ-কাই চাকহোঙ ঙাহোওহনগে লৈবাক মন্না তপহনগে নবেন্মা ঐঙোন্দা কাংদোং ফারবা য়েম্বা তরেৎ য়েলহিং থারকউ হে তাইবঙ ও ইমুংয়ায় চাওদবা !

লাইবাউহু লোইকাত্রিঙৈদগী হৌনা পাথংশিংহুদি য়ুমথোঙ য়ুমথোঙ খুদিংদা চংহুনা য়েলহিং থাবগী য়েন লৈননবা শেলথায় তোবা হৌরে। লাইবাও মতুং ইম্না তৌবনিনা লৈকাইস্ত শেল-থায়হু য়াম্না চাওনা পীনরকই। তম্না কৈথেলদা চংহুনা পাঙন কৈথেলদগী খুায়দগী নোয় চাওরবা য়েম্বা কুনলোমহুম ফংলে। সহরগী লম্লোঙ মরি ফাংবহুদা পাখং অমমমনা য়েম্বা অমমম কোল্ল-হুনা মমায় অৱাং ওন্দুনা ফমগা ইমা মাইবীহুনা শরীক খীংলহুনা পাম্লোইবী কোরহুনা য়েলহিং থারে। ময়াম কুম্মৈ ওইনা গাড়ী অচৎ অওক পলহল্লহুনা য়েংনৈ, কনা অমনা থাদোরকপা য়েন ফাগদবগী শেম শানরমই।

ইমা মাইবী রাধামনীনা লাওরকই,— লাইরেমনাইশা, ইবেম্মবু নিংশিংদুনা য়েনশিংদু কৎলো অদুগা খুরুম্নগা পুশিঞ্জরো।

নহারোল ময়ামদুনা য়াইফরে হায়না লাওদুনা য়েনশিংদু পায়রদুনা য়েনশেন্মম অপাবীথোয়গী শজোয়ম্না তৌকনি হায়দুনা চেমরে। য়েন. লৈবদগী লেম্মকপা পৈশাদুনা য়েনগী মপাংদু

লৈনবা লাইরেমনাই থন্না গাড়ী অয়াওবী পুথোক্লুনা তরুং খুলগোম পাঙখ্রে।

মরক্লুদা মাইক্লা লাওরছুনা জীপ অমম্ভ লাকই, লাওরি, নহান লাইরেম্ম কুম্বা মুমিংতা লাইবুঙদা লাইশেম্নবা য়াওনি হায়না থোকখিবী মুপীমচা মশাগী চহী ১৮ লোম শুরবী পুংভৌ ফনেক ফিংভৌ শেৎখিবা, কুচুদা পুলৈকুচু ফুট ৫ রাংবা লৈশাবী অমা য়ুমদা হাপ্পল্লক্রে। কনাগুম্বনা থেংনরবদি পুলিসতা অমদি মমা মপাদা পাও তাকপিয়ু হায়রি।

নোংঙাল্লে ময়াম হরা চাবা চৎনবা মীশিংম্ভ ফনা য়াম্না চৎনরি। দেবী ঙরাং নোংঙাল্লমদাইদা কাপ্লে ঙাস মুত্তিপুম্বা ইম্ফাল তুরেন্দা থাদগ্লগদবনি। রাকিং চৎপা অহল অনিখক্লা হায়নৈ, হন্দক্তি জয়া কৌবী দেবী ইমা ইবেম্মা হিদা কুম্মরগা শগোলদা কাখি হায়রি, লৈবাকসি মহী লাঙদোরিয়ে।

তাঞ্জাসিদা পাও অমা শরা শল্লকই, নহান মাঙখিবী লৈশাবীদো মশাদা মফি অমত্তা পক্লনা ইম্ফাল তুরেন্দা শিরগা ভাঙছুনা লৈরম্নে। মশাপুম্বহু মহাক্কী, অশোক অপনতনা থম্না লৈরমই। মহাকপু ময়াম চঙছুনা ইচ্চৎ মাঙহনবিরগা হাংতোকপিরগা ঈশিংদা থাদবিরম্বা মাল্লি। ওম্মোক্লা শা-ঙাগী শাজংনি। পুজা লোইহনবা দেবীগী মুত্তি ইম্ফাল তুরেন্দা থাদবা মুমিংসিদা মুমিং মঙানি চঙনা ওৎ নৈবিরবী মুপী অহুগী অশিবা হকচাংহু তুরেন্দা থাদরম্বনি।

খঙহৌদনা নোং চুথরকই লম্বীদা চৎনরম্বা ময়াম অনকপা হুকান্দা নোংথুপ্পা চঙশিন্নরকই। ময়াম মরক্লুগী পুায়দগী অহল ওইবছুনা শোক্লকই,— নোং তারকইবসে! দেবী ইমাগী পি ওইরমালে। ও! ইমা ইবেম্মদো কপ্পা কপ্পা কাখিবোইদো।

# পীগুমখিদবা পোৎপাং

মীয়ামগী পম্বেং মরক্তা মতম কুইনা লেপ্লুরগা কোম্বংদা উচিন মাচিমা ফংলক্লবা পাস্ অহু পায়রহুনা সেক্রেটরিয়েৎকী থোঙ্গাল অচৌবহুদা চঙগে হেক তৌবগা সিফাই অহুনা লিখৎলবা থোন্দাম কদায়দা চঙগদৌরিবনো হেক হংলকই ।

ঐম্ম চপ লেপ্লমই রা অংহা হাঙফম থঙদনা খুংনা পাংরিবা পাস অহু সিফাই অহুদা পীশিল্লি । সিফাই অহুনা মহু তাপ লৌরগা নঙ ভাইখো হায়রগা অতোপ্পা ময়াম অমগা চঙবা য়াইগা য়াদেগা ঙাঙনার ।

কুইত্রি হাপ্তামুক্তা ঙাম্নরি ঐখোয়গী তেরামথোঙগী হায়ধুল লম্পাক্তা সরকারগী অঙম অথোনি হায়বা ময়াম অদনা লায়র অনংশিংদা লেম্না আইনগী তেংবাং পীগনি অমদি পীরি হায়না হায়রমই । মহুগী থ্বায়দগী চাওবা লোয়শঙহু অনৌবা ইম্ফালগী সেক্রেটরিয়েৎতা লৈম্ন হায়রম্বনি । বাফম অহুগী মতুং ইম্না আইনগী থোঙ্গুল লাম্নকপনি ।

সিফাই অহুনা মথং মথং চঙহনবা থোকহনবা পাম্নরবা মতুংদা ঐনা পীথিবা চেজেং অদুদা য়েংলগা হায়রকই,— নংনা উম্নগদৌরিবা সাহেবসিদি থম্ন! থেঙনা লাকনি, মপান্দা ভাইহাক্তং ভাইখো কোম্না চঙজি ।

ঙসিদি মাঙলবসু মাঙলগে হায়দনা লম্বেল মপান্দা খোঙনা চৎননবা থারিবা লম্বেল মচিদদা রুমাল অমা থারদনা কমথরে । খোয়দৌ শাওগৎপা অমদম পোক্লকই । ইম্ফাল য়োরক্লবসু য়ঃবনি । ডিস্ট্রীক্ট খুদিংগী এস ডি ও শিংনা আইনগী তেংবাং লে'য়শঙগী সেক্রেটরিসু ওইবনি । নহান থংন থংননা মুমিৎ হুম্নি চুপ্পা উন্ননলা ঙাইরুরগা কোম্হংদা উন্নবদি ফংলবনি । অদুবু, কোর্মকা অমত্তা লৈতে সেক্রেটরিয়েতা চৎলু হায়না মুংশি হৈতনা তাকপিরকপদুদগী ঙসি অয়ুক ঙস্তানা অহানবা গাড়ীদা তোংদুনা ইম্ফালদা লাকইবনি । ঙসি মুমিৎসিমসু শীৎপা তারবা । মুংথিল অঙাংখরা প্রাইভেট তস্বীবসু ঙসিদি শোয়বা তারে ।

অদুঙৈদা মতাং কয়া কয়াদা নোংমাইথেমগী চাওবীনা ঐনা ঙঃদবা মতাং কয়াদা ঐগী ইহুৎ শিন্দুনা অঙাং প্রাইভেট তস্বীরম্বা মত্তঃশিংদুসু নিংশিংলকই । ঙসিদি মখোয়গী অহল লমনগা ঐখোয়গী অহল লমনগা নিংঙাই শংদানবা থরদগী ইকোই কোইনরে ।

ঐনা ঙসি লৈরিবা ইংখোলসি ঐবু পোকপা ইপানা নোংমাইথেম ইমুং মমুংদগী লৈরম্বনি । ইংখোলগী ঙমথৈ খঙননবা ডিমার্কেসন কেস অমা তৌনরুবদগী লোইনদদুনা লৈরি । মদুনা চাওবীগা ঐগপী মরুপ ওইবগী মরীদঃ য়াম্না অপনবা ওইহল্লে । মাগা ঐপা হৌমিন কামিন্নরকপনি । তেরামখোঙ এল পি স্কুলদা অয়ুক অয়ুক বোরা অমমম পায়রদুনা লাইরিক তম্বা কামিন্নরকপনি ।

অমুম্না পাথং লৈশাবী ফানরকপা মতম্‌সিদা কেশ অমা থোক্লরকপ-সিদা মানা অমুক্তংদি হায়খিবনি, — হেঙ্গিমৈ হায়রিবা ইংথোলসি য়োল্লবদা লুপা লিশিং অমা মণায় শীংলবদা, ঐনা তানবা ঙমক্কবা মতমদা লুপা লিশিং অমা হঙিনগে নং নথোয়গী পাজীবু থরা থেম-জিল্লু। ঙসিদি পাজিস্থ লৈত্রবনি অহুবু, কেশ অহুদি অহুম চথরি। রাকমসি নোংমক্তবু থংরুদে।

ফনা কুইনা কয়ে জীপ কারস্ত ফনা য়ায়া চঙনগ্রে। ঙাইবা রারহুনা হৌগংলগা থোঙ ঙাক্লিবা সিকাই অহুগী মনাক্তা অমুক চঙলুববু হন্দক্তি ঙসাইগী সিকাইহু নংলমত্রে। ঐগী রাহংহু তারগা মানা হায়রকই, — ইনাঙনা লো ডিপার্টমেন্টতা চঙগে হায়ববু করি থবক লৈবগীনো ?

—বাবু ঐগী কেশ অমগী মতাংদা আইনগী তেংবাং লৌনবনি।

—মহুদি চৈরাপ্তা চংলুনা, মহুদা ওফিস অহু লৈবনি। সিগী ওফিস অসিদি মকোক্লি ডিষ্ট্রীক্ট খুদিংগী থাগংলকপা দরথাস্ত শিংহু থম্নবনি। ইনাওথোয়না হকথেংননা উনবা কায়রোই, মতম মাঙনবনি চৈরাপ্তা চংলু।

মানা হায়রিবহু চুমগদমালে থল্লহুনা ঐ চংপা হৌরে। হং হংহুনা লাকপনা চৈরাপ্তি য়োরক্লে। উয়ে এস ডি ও ওফিসকি থোজান্দা থেংপগুম জিথ মমায়দা ইহুনা মকমদগী থোজান্দন্থ থেং-লি "মায়বা খুদোংচাবা অমদি মায়বা রায়েলবিচার ফংননবা লোয়া শীবা আইনগী তেংবাং অমদি পাওতাক লৌবিয়ু। ডিষ্ট্রিক্ট খুদিংগী এস ডি ও গী ওফিসশিংতা তানবিয়ু।" চঙকমবু থংদে।

থোক্নান্দা লৈরিবা পুলিসকী কি শেংপা মী ওইহুন্দা হংলুবদা হুন্দকমুক্কি তাকপিররে, চঙবস্থ থিংদ্রে। মানা তারকপা কাম্বুদা চঙলুবদা কোর্ট অমুবা লীৎপ' ময়াম অমা লুকথনরহুনা মচি মচিদা জ্যার শান্নহুনা লৈরমই। মথোয়শিং অমু মথুংকি চেশিংদুদা য়েংলি মী কা চঙকপা অমম্তা উঁপোং নত্তে।

মতাই ইথং থংবা নিপাদুদা ঐগী রাহংদ্‌ হংলুববু য়েংবকাওবা য়েংবিরকপোৎ নত্তে। কান্নররোইদমাক্লে চৎলগে হায়না মায় হেক লৈথোরকপদদি নিপাদুনা কৌরক্রে। ঐবু অত্তোপ্পা নিপা অমদা শিন্নরগা ঐগী নীংবা থুংহন্নবা হায়রগা নীংঙাইদনা জ্যারদা পুক্কিং চঙদুনা লৈ।

নিপা অদুনা ঐবু কা অদুগী মপান্দা মচি অমদা পুথোক্লগা হায়বা হৌরক্লমই,—লেম্না পীবা আইনগী তেংবাং হায়বদুদি পাও থুংঙাইনবা পংহায় হায়বনি থাজরুমু।

ঐনা খল্লি নিপাদুদগী নাহোকহৌবত্তনা মজল ওইরনি। চৎ-লগে হায়দুনা খোঙ হেক থাংগে তৌবগা মানা অমুক খারকই। মান্না মখা অমুক তারকই,— নংগী লেম্না পীবা আইনগী তেংবাংসি লৌনবা হোৎনবদা শেল কয়াম য়াম্ন। তিংগনি খংলত্রা ঐ হায়বীগে —নংগী অা লরায়দুদগী বসনা বোর্ডকি ওফিস কাওবা চৎ-থোক চৎশিন তৌবদা ভাড়াদদা লুপা কোকথোং অমা চঙপনি। নংনা কোর্ম লৌবা লাকনি মদু পায়বা মীদু কাবিরম্লোই। নংগী কেশকি মচাকশিংদু ব্ররথোক্তুরা পীরকউ হায়রকখিনি, মদুমু

শেলনি। অদুদগী নংগী মেনশিল্লবা ফোর্ম অদু এম এল এ দা সোই তৌহল্লগা বোর্ডতা থাগৎপীরক্কবা নোমদবা য়ারোই মতুংদু ক্কা অমা ৈহ অমা লৈবা তাই। পুমনোই লোইরগা সেক্রেটরিয়েৎতা লৈরিবা বোর্ড ওফিসনা নংগী কেশ অতু মতেং পীবা য়াগ্রা য়াদব্রা য়েংলগা থবক পায়রক্কদৌরিবনি। বোর্ড অদুসু মেম্বর শৃহগা সুদেগা তৌদুনা কয়ারক য়েথোক্কনি অদুগা মমৈদা নংগীদু মতেং ফংগদ্রা ফংলোইদ্রা হায়বদু বোর্ডনা লেপকদবনি। নংগীদু মতেং শোয়দনা পীরক্কনি হায়বসু লৈতে। অদুগা মতেং পীরনি হায়বা য়ারেপ লৌরগসু নংনা মতেং ফংনবা হোৎনবদা চৎখিবা শেল অমদি মতমতুদি হস্তিনবিরক্কদবা লৈতে। অদুনা ওশি ক.ওবা লেম্না আইনগী তেংবাং পীরে হায়রুবদা শুম্ক্ৎখিবা লাইর অনং ক্কয়া শেল অমদি মতম মাওথোক্কনা হোৎখৈ হোৎনরম্মগা থাওতপ্রা তোকখিবনা অয়াম্বনি।

নিপা অঙনা ভাওলিবা ময়ামতু অচুম্বসু খরা য়াওরি, মরমদি ঐমকপু শেল ফনা য়াম্না তিংগ্রে অতুগা শেলনা লৈবা ফংদলা মতমসু ফনা য়াম্না মাঙখ্রে। অতুবু, তৌবিমল ওইনা চা গ্লাস অমকদি লৈরম্বনা চুমগদমালে হায়তুনা রাফম অমত্তং হৌদোক্কুববু মদি য়াম্না পাম্নবু লৈরম্মে, হায়রকই,— চাদি য়াজবে লৈবিরমগে হায়রগা চমেলি য়াউম অমত্তং লৈবিরমউ ঐ মফম চিংজগে।

রাফমদু ঐদি য়াম্না হৈনদবনি অদুবু, খুক্ষম খওক্রিদৈরো মাদি চৎপা হৌখিরমই। মানা চিংবা অচিকপা য়ুমক অদুবা মাগী মতুং

ইন্দুনা ফনা শাংনা চঙলক্লে। য়ুম্লক অদ্দা মীনিন অমা তারকই অদ্গ থংনবা মীকুপ্তা মীয়াম অমা কম্না চেংঙোক্লরকই। মদু উরু-বদা ঐগা লাকমিন্নবা নিপা অদুদি য়ুম্নক্তা চেনশিনখিরমই। ঐবুস্থ চেল্লো হায়রকই। ঐস্থ মকম মরাং খণ্ডদনা য়ুম্লক্তুদা ফাও ফাও-ন্থনা চেম্থোরকই। পুলিসনা যু থককমদা চঙথুনা ফাগদবগী তান-খায়রকপনি।

শোর থবেৎ থবেৎ হোনবমখৈ চেম্থোরকপন্থ চৈরাপ মমাঙদা অমুক য়োবে। ঙাইহাক ফাওবা পোখাদবমখৈ শদৌ থোংন্থনা থমোই য়াওব্রবা সহরসিদা থমোয় পান্দবা আইনগী খোঙ্গুল লীরক-পদি নীংন্থনবতা ফংই। খন্থবা হৌরকই লম মচেৎ অমগীদমক্তা য়ুম্নবা মুংশিনবা কায়নবা হায়বসিবু নোক্লিংবা বাফম নত্রা। বাক্সীনা কম্না কেশ তৌনরমই শেল কোকথোং অমা তিংথোক্লগা যোনবদা লুপা লিশিংস্থ শীৎলোইদবা হেক্তিন্নবা লম মচেৎ অমগী-দমক্তা মানা শিবদস্থ পুথিদে শিবস্থ পুক্লিং শান্তী ফংদনা শিখি। ঙস বাজি লৈখিব্রে ঐস্থ খন্থবা তৌদনা কেশ অন্থ মথা তাননবা লেম্না পীবা আইনগী তেংবাং লোন্দনবা হুই অঙাওবদৌনা ইথৌ শুবা তোকপমখৈ কাঙলম চেপ্নি খল্লুবদা নোক্লিংই। বাকম অমস্থ নীং-শি লকই নোংমাইথেমগী চাওবী ঙসিদি ময়ুম পানব্রে। কুইনা চং-নরুক্রবস্থ লুহোংবা মুমিৎ অন্থদি চঙলুই। মানা মমীৎতগী মপী তানা হায়রকখি,— মং-ঐ অঙাং ওইরিবৈঙদগী তিন্নরকপনি মন্থ থমোই শেংনা তিন্নরকপামক ওইরবদি নং কেশ অন্থ ককথংলো

কৈকাম্লনি মহুনা নখোয়স্থ মুংঙাইতে ঐখোয়স্থ মুংঙাইতে মহুগী-দমক্তা ঐবু শেল হুজ্জিল্ল হায়রবস্থ নং হায়রকউ কয়ানো ঐ ঙম্নবা হোৎনগে ঐগী অনীংবসি থুংহল্ল নংনা ঐঙোন্দা পোৎপাং পীগে খল্লবদি মহুনা ঐগী লুহোংবগী নংগী পোৎপাং ওইয়ু।

ঐনস্থ মুমিৎতুদা খুমখি, ঐ খনকম খঙদে নখোয়গী অহলস্থ ঐখোয়গী অহনস্থ চপ মান্নে।

মুমিৎ অহু মুংঙাইতবা বাখল অমত্তুম পুরগা লাকই। মাগী পামজবা পোৎপাং অহু ঐ মুমিৎ অহুদা পীবা ঙমদনা লাকখি। অহুবু ঙসিদি কেশ অসি তোকপা ঙম্বা ঐগী ইথুৎতা লৈরেনা পন্থবা কান্নদে খন্দুনা চৈরাপকি থোঙ্গান্দা অমুক্তং য়েংশিল্লমই। মো মীয়ায় চল্লবা অমনা কবোক অথুম অহাও কৎলহুনা নহা অমদা খুরুমহল্লি মচান্দা হোনা শোল্লি খংজিং লাইরেম্মা ইমা নশূসে মফমসিদা অমুক হলহনবিরক্লমুকো'। ঐস্থ ভাবনা খুরুমই বাকম-হুমক নিংশিংহুনা।

বস থাকমলোম তম্না খোঙ থাংবা হৌই খোঙথাং অনি অহুম অমুক থাংলগা তুংহন্না চৈরাপকি থোঙ্গান্দা য়েংলকপদা ঐগী মীৎ-য়েং তারুই থোঙ্গান্দা ইহুনা থেৎলিবা মথোন্দুদা মান্নবা খুদোংচাবা অমদি মান্নবা বায়েন বিচার ফংনবা লৌবিয়ু লেম্না পীবা আইনগী তেংবাং অমদি পাওতাক। পুলিসকি গাড়ী মপোৎ মপোৎ থো-জিনখ্রি কয়া অমস্থ চঙনখ্রি খরা অমস্থ থোক্লরকই মায়থোং লাং-শিনবা য়াওই, মচান্দা মুরুম মুরুম শোনবস্থ য়াওই খরা অমনা

মোয়োন নোক্লা চঙনখ্রি। ঐঙোন্দা কনানো অমনা তাপ পায়-রকপদা খঙংপ্রেক খংই। ময়াং কংলবা পোৎয়োম পুবা অঙাঙবা অমনা পৈশা অমত্তং পীরমউ হায়না নিবনি। লুপা চৎপী চান্দি অমা ফুরিংখাওদগী লৌথোক্লনা পীরগা ঐ চৎপা হৌরে।

খনবু খল্লুদে মশানা নিব্রবদফাওবা পীবা ঙমথিদবা চাওবীগী লুহোংবগী পোৎপাংচু ঙসিদি পীবা ঙমগনি খল্লবদা হায়রম তন্ফম খঙদনা মুংঙাইবা অমদি ফাওরকই অদুগা গাড়া থাকমস্থু য়ৌশিল-লক্লে। ঙসিগী অরোইবা থাগদবা গাড়ীচু চৎকদবগীদমক্তা ঙংবা হৌরম্লে। ভাড়া লৌশিনবা অঙাংচুনা লাগুরি লাষ্ট বস! লাষ্ট বস!

# ইমে নত্তে তৌরানি

অঙাং অমনা মোটোর মনীংদা থিনবীরমত্থনা ইরা বাদনা মুংশিথোই গোরোথোয়গী লৈকাইত্থ য়োরে।

চৎখিদবব্ৰু ফনা কুইরে কোম্থোং চঙফমসি অমত্তবু নিংশিংত্রে লৈকাইত্থ ফাওবদি চুমই খঙই। লৈকাইনি হায়ত্থনা তোরিবসিম্থ নাহুৎকম মফম অনি অহূমত্থম শুবগুম তৌই। কনানো অমদা হংবা হায়বত্থনি, খল্লি গোরোনা শোযদনা য়াম্না হরাওরনি। মথোযগী ইগাত্থ য়াম্না অহল ওইরম্নি অত্থৈদা মথোয় অনিনা বানা বোলী বোল শাম্নরুরগা হম্নকপদা খোংক্রুম চম্ফূৎ ফুৎলত্থনা ভাইরুংদো, ইচাশিং বারম্নি ইমানা খোংক্রুম চম্ফুৎ ফুৎপিরম্নবনি। ইমাত্থনা মঙ্গ্ৰা অঙানবগা খোংক্রুম চম্ফূৎকা পীজবদো চারুা লাম্নবা মতমদা ওম্থোরুা হাওখিবনি। মথোয়গী মমাত্থ য়াম্না অহল ওইরম্নি।

মথোয়গী চঙফমদা হৈনৌ পাশ্বী অমা হোবত্থ হেক উরবদি নিংশিংগনি। মাতা নত্তে ফাউৌ শেৎপা কয়াম্থ হোবে হোবে তৌত্থনা চৎনরি। মফম অমদি য়োরে। পঞ্চমী মুমিং হেবাসিদা নাহুৎ নারেংসি ফাংনমনগ্রত্থনা যজ্ঞদা ফম্নবঃ বামোন থিবা ফংদত্থনা খা রাই খঙদবমথে চেম্নরিবনি। য়ুমদম্থ অয়াম্বা লোইনমক বার্ত্তান ফংনত্থনা চৎনগ্রবনি।

যজ্ঞ মফমত্থগী কোম্থোংদা থিৎজং চেপথরগা য়েংগে হায়ত্থনা মুংশিথোইনা খোঙথাং অমা অনিদং চংশিল্লবদা ভায়রি পাথং নচা

অমনা, কাকা চঙবিরকুও কাকানা চঙল্লকপদা চঙ্কক, খঙলরোই হায়রুনা ঐ ঙাইজরম্লিবনি, ঙসি ঐখোয় লৈকাইদা যজ্ঞ মফম অহন্নি মত্তুনা মফম মরাং খঙনরোই হায়রু ঙাইজরম্লিবনি হায়রুনা হেক হায়রকই অঙাংত্রু কনানো হায়বদি খঙদে অহরু, মচীন মখাক্ষু মুংশিবরুদা মান্নু করিমত্তা খুমদনা খিৎতং নোক্লমই। অঙাংত্রুনা তুরম তরাম তৌবরুদা মানা চঙগদৌরিবদ, চুমত্রা হায়বা ফাওবা হংবা ঙমদ্রে। মপুক্লিংদা খল্লকই গৌরোখোয়গী অঙাংশিং ওইরম্বা তারে অমুক খঙনা তৌরিবসে। অতোপ্পা মী খরম্মু লাকই অঙাংত্রুনা মখোয়বুম্নু ওক্ত্ননা পুশিল্লি। তাঞ্জারুদা মীচঙ মীথোক মুং-ঙাইগ্রবা অহল অমনা হায়রকই,— ইবুঙো লেঙঙকএদনা, পম্বা কান্নদে চাক চাও মাঙ থাও হায়বা লৈবনি, ময়াম্ম ফম্নগ্রে, বামোনশিংসে সি লোইরম্লগা মফম অমা লৈরি হায়রি, মীম্নু য়ামদে অন্তুনা ঙস্তানা লোইশিল্লবনি।

ঙাঙল ঙাঙলত্রুনা অহলত্রুনা মুংশিথোইবু যজ্ঞ মফমত্রু তানা পুশিল্লি। লা থারত্রুনা চাক তাক্তুনা ময়াম ফম্নবা হৌবা মতাং চপ চানা থোক্লে পোয়েংমক নত্রবম্নু নাহুৎলিবা অঙাংত্রুদা। লুপা তরাদং পায়হনবদি চুমই বিস্কুত ময়োম অমত্তম্নু লৈবিরক্লে খন্দুনা অঙাংত্রু কদোমদা লৈবগে য়েংলুবনি অহুবু মত্রু কান্নদ্রে ময়ামদি হুকপা হৌনগ্রে। ফুরিং খাওদা মারুবদা মহাক খাই লাওই পৈশা হাপ্পা বেগ অত্রু হাপ্লকপা কাওরে। হোরেন্দি অঙাংত্রুদা পৈশা অমত্তং পায়হনগদবম্নু কদায়দগী লৌক্লনি।

চর্ময়বা বাখল অমগা লৌয়ননা মুংশিথোইনা মচীন ইথং থংবা চাক্লক অমদা কমথবদা ভায়রি বামোন্দুনা শরেং থোংবা খাবে অমা :ক্পাং ফোং শাবা থাদরকই। চাক্কগা লাম্বনে ময়ামমু কিং কিং নমহুনা চাখংনরকই মাম্থু কনামত্তদা হন্না য়েংলুদনা চাবা হৌরমই।

অকোয়বদা নাক য়েংতা কম্লিবা অয়াম্বা নিশাদা ভাওফিং ভাওফিং তৌহুনা মখোয় ময়ামদগী থোক্লকপা তোঙানবা লৈনম অমম্থ য়েল্লকই। ময়াম হাৎইদা পঙহায়দা হায়নৈ। নিশা য়াওদবা মুংশিথোইদি থরা থুনা চাশিল্লরমালে থংনবদা কম্লিবা ময়ামহুনা বামোন্দা চাক লৈত্রে হায়গুনা মাগীদমক্কা লাওবিরি। তশেংব-মকস্থ বামোন অমুক্তুং লাক্লনা চাক থম্না হাপ্পা য়াবা মতাংদি য়ৌরে মরমদি মাগী চাক্লক্লো চাক মঙ্গ অমত্তা ভাদ্রে। ময়ামপুম্বা মডোম্দা পংয়েংদা য়েংশিল্লকই অহুগা বামোন পংকোদা কৌই।

ময়াম্না কোনবহুদগী বামোন্দু চেল্লক্কে অত্তুবু চাক্তি হাপ্লক্কে ইপ্পুদং ওইনদি হাল্লকই, লৈয়েং কাইনা ঐঙ্গা বামোন্দুনা হায়রকই চাক হায়বসিদি য়ুমদা মী থ্বায় পুম্নমক চানরিবা ভাকনি ঙসিগীসিদি ময়াম হী হী মোকশি হায়জ্রনা তৌবনি অহুনা বারৌবা য়া-দেক্কো।

মুমিৎতু চাক থরা কৌরবা জাংনি। মুংশিথোইগী চাক্লক্কে ময়াম্মা কুম্মে ওইনা য়েংনরে। তশেংনা মহাক মীমাঙ কম্মে। খীৎ থুনা য়ুম লাকপা ভাইজরি। মুংশিথোইগা থংনবা মীহুনা

মঙোন্দগীদু লৌশিন্দুনা খরা চামিন্নসি হায়দুনা হৌনা হৌনা হায়-বদুদা ময়াম অমুক্তা হেন্না য়েংদুনা লৈরে। নিপাদুনা হায়,—অঙাং মপাসি য়ান্না আশা চাওনা ময়াম পুম্নমক পেলহনগনি হায়দুনা তৌজরম্বনি, অদুগা কদায়দগী লাষ্ট ডিভিট লোটরিদা পুম্নাঙ মাঙদুনা ইমুংগী লৌরি ইখোল চৎশ্রবনি। ঙসি মচাগী যজ্ঞকাসি য়াওবিপোৎ নত্তেনে লোটারিদা ঙাওখিদুনা অদুম হল্লক্ত্রবনি। অঙাং মমাসিনা লৈত লৈত হোৎনজরিবনি।

মুংশথোই ভাব অমা ইতা তাস্রে, হংলকই,— ঐখোয়গী গৌরোবুরা হায়রিসিবো

নিপাদুনা খুম্নকই,— গৌরো হায়বদি?

—হেরা না হুৎলিবা অঙাংগী মপাবু হায়জরিবা।

—অঙাংসিগী মপাদি গৌরো কৌদেনা, মেজোর কৌই।

শানরিবা বারিদু তাবগা মায়োক্লনা কম্নিবা হিদাক ঙাওরপ তৌবা নিপা অমনা য়াওশিন্নকই,— অবাং লৈকাহ গৌরোনিনে, মাম্নসু মচাগী যজ্ঞ তৌরিবনি ঐসু বার্তা ন ফংইবনি অদুদা সোম্না খরা নক্কে হায়দুনা য়াওরিবনি।

নিপা অদুনা মী ইকাইনি ইকাইরোই খঙদনা অমুক হায়-রকই,— চাকসু খরা কৌনা উরে, গৌরোখোয়রোমদা অমুক হনং বিক্ররগা চপ চারনি।

ময়ামসু নোকপা য়াওশিন্নকই।

ময়াম খঙনবা হৌরক্লে, মকম ওন্নন চাক চাররিবা পুকচাওবা অমা য়াওরে হায়খসে। মুংশিথোই ময়াম মমাঙদুদা চঙশি

শিরে। লৈপাকমচা তাবা মী্ওইশিং থরনদি হায়রোই,— য়ুমুসি ওম্বোক্লা মরাইবক কপ্রপোৎনি থমোইশেংনা অ্যতিথী অমনা মখোয়গী অন্নদান লৌবিগ্রবনি, কা দক্ষিনা চাওনা তৌরগা বর নিজহৌ হায়রু। অরাংকরস্থ যুংশিথোইবু থিরকই।

মহুকা ভাইরুবা য়াপোৎ নত্রে যুংশিথোই থুনা যজ্ঞ মকমতু-দগী চেপ্টোরক্লে। থরকই, হৌজিক্তি গোয়োখোয়গীদা চঙলুংগী কান্নবস্থ লৈত্রে। যজ্ঞ মকম অমদা চোপ্লিবসে ওক্লে। অমুক অতোপ্পা মকম অমদা চঙলুরবদি, মায় থকপদগী কংলকপা র,রী অসিনা মকমতুদস্থ অমুক ময়ামগী কুম্মৈ ওইনরনি। মহাক খোঙ-থাং অথুবী থাংগুনা লমজাওরোমদা থোরকই।

লম্বী লমদাংস্থ চাকাৎতবা ওইনা তৌবজুদা রিক্সাকা অমত্তা কংদে, কংলবস্থ কাম্নদে, ভাড়া পীননবা পৈশা অমহুকাওকা য়ুংও-দ্রবনি। লমজাওস্থ মরক মপ্পক্তা গাড়ী অচোবা অমা অনি লাকপা নস্তুনা লম্বীস্থ থপ্পা লৎপা মতম্নি। থঙনবা কনাগুম্বকা গাড়ী পুদ্না লাকপদা তোংউকা হায়রক্লবদি যুংভাইনদা হায়না থল্লি অহুবু কনামক্তদি লাক্তে।

খোঙনা অস্তুম লাকপনা মাঙদা মী য়াম্না ওমশিনবা অমা উই। খোঙথাং অথুবা অমদা যুংশিথোই প্রপ প্রপ চঙশিল্লি। নুক্তা নকশিল্লকপদ্দি মতোস্থ উবদা থায় লাওই! অঙকপা দৃশ্যনি! লমিজাওস্থগী মতাই ওইরম্বা লুনা অমা ভুহ্না লৈ অহুগা লমজাও মথক্তুদা লৈশাবী শলবার কমিজ লাংপী অমা লোংনা তাহ্না লৈ।

মশম অহু ইকা ফানা ইচাই চাইনা তারি, লেঙ ওংপা অমত্তা তৌদ্রে। ময়াম অমনা লম্পীগী নাকন্দা কুম্মে য়েংহুনা লৈরি। কনা অমত্তা মুপী অহুবু হৌগংপা নত্রগা কোনখংপা তৌদে। মাগীহু গাড়ী অমনা থেঙ্গাইরম্বগা চেনগ্রবজাংননি। তৌরিবা মতৌ অহুদি হিংলমগদবদি মাদ্রে। অহুগা ময়ামসিনা কুম্মে য়েংলিবসিনা করি- পীরেো। মুংশিথোইনা থল্লকই, ময়ামসি হয়েং কোর্টতা শাক্ষী ওইয়ু হায়রকনি হায়হুনা তাহুনা লৈরিবী মুপী অসি য়েংবিদ্রবনি। মপুক্লিংদা শীংনবা অমা ফাওরকই, ঐ চঙগে, ঐ কোনখংকে শাক্ষী ওইয়ু হায়রবমু ওইথোকপিরগা লোইরে।

থন্না থন্না থোঙথাং অথুবী থাংজিল্লকপনা ময়াম কুম্মে য়েং- লিবা মফমহু য়োরক্লে। মুংশিথোইনা রাহে অমত্তং হৌনা হায়- দোকখি,— ময়াম সি য়োর ফাওবদা কুম্মে য়েংহুনা লৈরিবসি করি- ক্সিে।। মুংশিথোই তুহুনা লৈরিবী মুপীহুগী মনাক য়োথ্রে। উই- শিল্লিবা মমীৎ অহু কাক্তোক্তুনা মীৎ নহাহু অমুক্তং য়েংগে তৌ- রুবদা মুপী অহুনা মমীৎ পাঙথোক্তুনা য়েংলকই অহুদগী ফাক.কাক নোকথোরকই।

মহাক চমম্নবগী মথক্তা জ্ঞান মাঙবা অমগা য়াওরক্লমই। অকোয়বদা কুম্মে য়েংলিবা ময়ামহু বা লাওনা অমুক্তং নোক্লকই মথংদা'থোয়দাওনরবা নহা কোই'থাকপা অমনা চেনশিলক্তুনা মঙান্দা লাওররি— কৈনো তৌরিসিবো ?

মুংশিখোই ভাব অমা ইত্তা তাৱমদে। অতোপ্পা নহা অমনা কাকা সোমদা খোকপিরো নকশিনবিরকস্থু হায়না মথুদাং পায়হুনা ময়াম কুপ্মৈ য়েংলিবা অদোমদা চিংখোকপিপ্লে। মকোই চোথহুনা ভুৱিবী মুপীহুদা লাওই, সে রেডি, গাড়ী লাক্লনি থুনা তৌসি এক্লন।

মুংশিখোইনা, করিনো তৌৱিসিবো হায়না মথন্তা শোঞ্জবদা তারদনা মীয়াম চল্লবী মুপী অমনা হায়ৱকই,— হো ইবুঙো মখোয়গী ভিদিও হায়দনেয়ে।

হেৱা পাপীগী মচাশিংসে, ঐদি লুভোন শাৎশ্লেনে, মখোয়বু চে অমত্তস্থু ইদনা থেৎপা য়াদে হায়বরো, মুংশিখোইনা চৈৱমই অদবু, কনানস্থু মঙোন্দা বা ওইনা তাবিপোৎ নত্তে ভিদিও নম্বদা পূক্লিং লুপশিন্নৱি।

অওৎ অপা শাদনা প্রজাগী সেবানি হায়দনা পাম্বোম তিংলুৱগা মায় থকপদগী চোপ্পা নংদনা মুংশিখোই ঙাওদনা খোৱকই। খোঙনা চৎপা হৌৱমই। কৈজোম শেৎলগা তোয়না চৎপা নত্তবনিনা খোঙলৌবনা তুগে তুগে তৌহুনা চৎপহুদা খুনীং ফাবী খোংউপ অহুগী পেটিগী য়োৎ অহুনা খোঙথাং খুদিংগী ক্রিং ক্রিং হায়হুনা খোংজিগী মখোলগুম খোকহনবহুঝদি লৌখোক্তনা হুন্দোকশ্লবদি হেক বাই শংলনি খল্লি।

অম্নুম চৎনা চৎনা মুংশিখোইনা জীপকি হোয়োন খোংবা অমা তাৱক্লমই, হন্না য়েংখোক্লই। মহাক্না খোঙনা চৎপা উবহুদা জীপ অহু খোঙজেল তপথৱকই অহুপা খৌৱিবা নিপাহুনা

কৌরকই,— তামো কদায় য়েৌবিগদবনো ননাওগী সিদা তোংখৎ-পিরকট য়ানিরে।

মুংশিখোইনা মুম থম্বদা নিপাম্ব কনানো খঙদে, অদুবু খুঙনখিবা মী অমদি মাল্লি। মানা অমুক মুমা খঙনা কৌরকপা ইথঙ খঙান্না কনানো হংলুরবদি মা য়াম্না মুংঙাইরোই। ওইনীংবা ওইসমু মুংশিখোইনা খুমই,— চাক চাবা অমা চৎলুরানি, মাম্নেদা ইয়াম্বা খোঙনা মুম চৎলগে। ইনাওগীসি মীমু য়াম্না চিন্না উহ। নিপাহুনা থামগা হায়ুরকই,— মকম য়াম্না লৈরিদা অদুগাবুদি, মুম য়ৌবিগদবা নত্রো নুনাওগীদা তোংবিমু কৈদোগে।

মুংশিখোই খিৎতং বাই শংলমই, মকমসিদগী চৎপ্রবদি ইকাইবা থরা কোকদবা মাল্লি থমকই, মাগী মুকাইবদু কোক্সনবা লাইমক্কা জীপ অদু থাবিরকবনি। মহাক জীপতুদা কাথৎলে। গাড়া খোবা নিপাহুনা মাবু মমাঙদা কমহল্লে। গাড়ী অদু খোবা হৌরে।

ড্রাইহাক খোরবা মতুংদা মনীংদা তোংবা নিপা অমনা খাম-বাক্লো য়ারে হায়ুরকই। জীপ অদু খায়নই। নিপা অদনা কুম-থরগা লুপা অনিচৎপী অমা গাড়া খোবদদা পীরমই। গাড়ী খোব-দনা মখায় অমতংগা হাপ্পীরকউ পেট্রোল মমল হেনগৎখিদনা তৌরবি হায়দনা পৈশা হাপ্তোক হাপচিন তৌরমই।

মুংশিখোই হৌজিক্কেদা থঙলকই জীপ ড্রাইভরদনা মাবু তোংলরাও হায়রিবা জীপ অসি টেক্সি চেনবা জাৎনি। অদু

ওইরবদি মাস্থ ভাড়া পীবা তাবা নত্রা পৈশাদি অমত্তা য়াওদে হৌ-
জিক মহাক করি তৌবা তারি। মহাক ফুশ্বংনরমই। নিপা অদ্না
মাবু হরাও হরাও গাড়ী তোংলল্লাও কৌবদি খঙনহনা কৌবা নত্তে
পেসেঞ্জর কাবনি।

জীপ অদ্ খায়ম্বদগী মাঙলোমদা থৌবা অমুক হৌখিরমই।

# ফোঙখ্রবা

**ৱারীমচা ঃ**

১। খোংখোং কৈথেল

২। শামু ময়াগী কংক্র ঙাম্বক

**উপন্যাস ঃ**

৩। নাওশুম

**ইংরাজী অনুবাদ ঃ**

৪। ডি মেন হু কিল্ড গান্ধী